Nong-ngal-lamdai Sajik

By : Kayamuddin Pukhrimayum



অহানবা থুংনম : নবেম্বর, ১৯৮১ ইং

অনিশুবা থুংনম : জানুয়ারী, ১৯৮৮ ইং

অহুমশুবা থুংনম : জুন, ১৯৯৬ ইং

[illegible] : ৫০০



মখুৎ শেমপা : সনাম আর্টস, ইম্ফাল

মমল : লুপা ৪০/-

Printed & Published by : B.J. Pukhrimayum, Keirao Makting at CITY PRESS, Paona Bazar, Imphal.

# অহুমশুবা খুৎনম য়ৌরকপদা

"নোংঙাল্লমদাই শক্তিক" ঐহাক্কী অনিশুবা উপন্যাসনি। বারী অসি নৌহৌনা পাক্লরগা ইপূক্লিংদা নোক্লিংবগা লোইননা ব্রাহং অসি হংজরি—'পুন্সিগী করম্বা চরাংনবা চহী মতাংদা ঐহাক্না লাইরিক অসি ইথিবনো?' অহুবু, পুন্সি খোঙচংকী শেম্লহৌদ্রবা মিকুপ অমদা থম্মোয়দা তাহৌবা চৈনাখোলগী দাগকম অহুদি কোকলমদ্রি। ঙসিদি লাইরিক অ'সগী মতাং কয়ামুক্তা শেমদোক্লিংবা কোক্লায় লৈরবস্থ হায়রগুম্বা লেঙদনা থম্ফম থোকই থম্দুনা অস্তম্মক থমজরে।

অনিশুবা খুৎনমগী তুংদা মতম থরা মীয়ামদা মশক উহনবা ঙমলুদ্রবগী তুংদা হন্দক্তি ইথা-থাজদনা উন্ভিন-নাচিম্না মমিং-মমায় পাঙবা ঙমজরে।

কৈরাও মাক্লিং

জুন ১০, ১৯৯৬ ইং

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম

## ॥ ১ ॥

নাইতোম ঙাল্লম্বী নোংঙাল্লমদাই শজিক
চিকমাঙনখি – চীঙ্খেনা ফিদূপ হুল্লকপদা !!

নিনীগী তেল্লবা পুন্সিসিদা অসিগুম্বা শোক্ল চৈনা-চৈথেংসে নোংমতা ওইরবম্ব কংগনি হায়বসি নহালনা খঙজ-রম্লবা— হিংলমদবনা করিগী শরুক চামা হেম্না করম্রোইদপে ?? অতুব, পুন্সিগী পোলোইদা অরা-পীরোইনা মুংহিক মুংলেম্ন নোংদমখিবনা ইপুন্সি অসিদা স্নপ্নগী মীকুপ অমতা স্নপ্নগী মীকুপ অমফাওবা লীথোক্তুনা লোম্না নাথৈদুনা চেঞ্জহৌনবা তাঞ্জা অদু ভাইনা-গ্রাইনা অম্নম্নক কংঙমখিদবনি ।

অরা-দুংঙাইনা চোল্লবা পুন্সিগী খোদোক খুদিংমক— নহালমুক্কী মপোক্তা ঐ-ঐগী লাইবক্তা নোংদম্বনা চেকশীম্না শীল ওইনা নম্বীখ্রবনি ! কনাগুম্বা জ্ঞানী-মহাজ্ঞানীশিং হিরম খুদিংমক্তা মীকোক থোংনা হৈ-শিংলবা মখোয়দুম্ন মশাগী লাই-বক্তা তম্লক্লবা পুন্সিগী ময়ি অদুবুদি কৈদৌমুংদম্ন শম্না অমগী মফৈ ফাওবা খৈদোক-খৈজ্রিন তৌবা ওম্বগী শক্তিবু লৈখিব্রা ?

কল্লবা মতিক-মগুণ লৈখ্রবা, অমদি শস্ত্রী লিশীং লিশাংনা অমদি অকি-ভুজুং শক্তম্লবা চীংলাই নোংশানা খোঙাকপা নিং-থৌরেল কয়া কয়াগী অঙকপনা লৈতেংলবা কোম্নংম্ন তমথীরবা নোংদম্বগী নোংলৈ মুংশিংপু মায়য়োক্লবা ওমদনা উফুল ওইনা

মতমগী ঈরোলঙ্গুংদা ঈতিনখে । কেমথবগী তুংদা মহৌশাগী লেমহৌবা মফম অদু নোংহৌনা উরুবদা কাউবা ঙমদে —

"লৈরম্বদো কাউবা ঙমদে,
লৈরমদবগী ঙুংনাংবদো খাঙফম খঙলক্তে !!"

আহ ! ঙুংশি খোঙহৌ খোঙফমদা খোঙদামিন্নবকপী চান্নখোইরবী, অমুক কুইথুবা মতমসি নহাকপু ঐগী চক্লবা থম্মোয়গী নিংশীং লায়ুমসিদা নোংমতং স্নপগী মীকুপ অমগী তেল্লবা মতম কাওবা লোম্না কাউঙমখিদ্রবনি ; নঙগী ইংলবা শরত ঋতুগী উমং লৈমা রাহোংবু ঙমজরবা নিংখৌরবা শককমগী মমি অমা ঐগী থম্মোয়গী ফিজংদা লানা মচু শংজৌরিবা অসিমক্ল-নিকো লাংতক্লব্রবা ইকমদগী খায়দোকফম খঙজদ্রবা অরা-পোৎলুম অমা ওইহনবীরম্লিবসে — !!

মহাক ঐহাক্কী কাইরেল ইকং-পাম্বাগী লুনা ফিভম শোকথরক্লবা পুন্সি দত্তিন্নাদগী খঙহৌদনা ঈচেল-ঈরম অনিথোক্না ঈথায়নথিবগী অরা-মীকপ্নরবা, কাউঙমদ্রবা মহূ পুরবা পুংফমদো ঙহা-তহা য়োশিল্লকখিব্রা —

"...................... ঐ, ঙসি চৎলগে
ক্রিগুম্ব: ঐগী লাইবক্তা, তম্লম্লবা — কল্লকেনে
অমুক ! ইশাদা য়াওরিবা নঙগী খান্দানগী
মুৎকদ্রবা খোঙ্গুলসিঅদি অমুম্মক পুরগে ।
মসিনা নঙগী শক্তম্মু ঐগী পুন্সিগী অরা-ঙুংঙাই,
শিন্না-চৈরক্তা, মতম থুদিংদা নিংশীংজবা ঙম্লবা
থুদম অমা ওইক্লরগে । অদুবু, ননাউগী পুন্সিগী
হয়েং অরোইবা মীকুপ্তা — ঙুংশিখোইরবা নহাক্কী
নতম্পাক্তা ইকোক অসি থম্লগা, নঙগী মায়থোঙ
পাংনা য়েংজরগা অরোইবা য়াহিপ তাক্লগে ।
নহাক্কী সেবা থাদোকই খন্না মীরাইবীগনুকো ননাউবু !"

স্নপগী মাহৈপরেং খরসিননি মতম চুপ্পদা ঐগী থম্মোয়বু তমথোকং কম খঙদা হন্না-হন্না ওৎলিবা ! হন্না কায়হৌরিবা !!

আহ থম্মোয় ! নঙবু শেম্লকপা মুমিত্তগী নঙগী অরাবস্ম শেম্লক্লে। ঙসিদি নঙগী ফিজমসি ওইথোক্লা শাথীনস্ম শোকচিনখেদা। অসিমক্লনি— ইপুক্লিং অসি মীকুপ অমতা য়েনা নিংথীনা লৈতাবা কংলক্লিবা ! অদুবু মহাক অদুদি রাহৈ পরেং খরাস শৈরেং থীবগুম মতৎ-মতৎ ৎইনা হায়রম্লগা শুকথরবা ঐগী মায়থোঙবু অমুক্কং চিংনা য়েংলম্লগা, পীরাংনা থুম্মৎলবা মায়থোং থম্বাল অনীডু ঐব কাওবা য়েংহন্নংদবগুম; চেকশিন্না ফিজনা থুমজিল্লগা ঐখোন্দগী য়াং নিজবা ওইনা ইমাচমক্তা চঙশিল্লক্লুনা, মকোক নোম্থুনা ঐগী খোঙদা মথুৎনা শোক্লগা চিক-তিক কপ্লকখি।

ঐ, অহানবদদি অম্মা অওইতা অওইননা থোক্লনি হায়বসি কবিগুম্বা মতমদা নোংমতং মঙলান্দা ওইরবস্ম খল্লুবা লৈখিব্রা !! অদুবু, মীওই' পুন্সিগী অরাবা, খুদোংথীবা থোদোকশিংদি "চেকশীন্না, বা'ওই-থওইনা শেম্নহৌদ্রবা, মমল য়াওদ্রবা মীকুপশিংদতা থাজদ-থাজনা থোকখিবা ঙাক্লনি" হায়বসি ঙসিদি ইশাদা তেনবাল্লববনিনা ইথস্তা খঙজবক্লে।

খুদক অদুদা ঐগী থম্মোয়দুংদা করি রাফস্মু খনখিবা ! মসিগুম্বা মতাংদা ঐনা লোক্তুনা থমহৌরগা ইরম্মাই কান্নিংঙাই ওইবা হীরম অমতা হউ উদে। অদুদি, করিবু খনবা হৌনবগে ? "মতম কযাগী মমাঙদগী রানা মতম চঙনা হোৎনদুনা, তক-নান্দুনা লেপশিঙ্গখিবা মমল নাইদ্রবা', তাঙলবা লন অমবু কনাগুম্বা মহৈ যাদু হৈবা অমনা ইশাদা ময়াই কল্লবা মন্ত্র অমা থাজিন্দুনা পঙথহল্লগা তেহন্দুনা থেম্লগা লৌখিবগুম থোকখে" হায়রবাস কাইনথংদতা খঙজরকই। মান্নী, তশেংনমক হায়রবদা—ইশাদা ময়াই কল্লবা মন্ত্র অমা থাজিল্লগা, ইচৌনসিবুনা রা ঙাংবা, শকপা

ঙমহক্সিৱৈঙে চৈরক্তনি মানা ঐবু থাদোক্তনা ছৎ হায়দোক্লগা চৎ-খিব্রা! ইস: মতম অতুদা ঐগী থম্মোয়সি মচেৎ-মচেৎ তানা শেৎ চিঙ্খায়খিবনি। ইশাগীদমক্তি কায়রবম্ব কায়না মতৌতুদা মনীংতদি থুংহল্লগে কায়বসি থল্লক্তনা, তুংগী পোলোই করিমতা থম্বহৌদনা য়াথোকলুবনি। মনীং থুংহনবা/থুংহম্দবা হায়বসি তাঞ্জা অতুদদি ঐগী খূত্তা লৈরম্বনি। অং! মতম অমদা মাগী মনীং থুংহনগনি হায়না ৱাশকখিবা অমা লৈ। ৱাশক অতু ঙাক্কে হায়না ঐম্ব হোয়াখি। ৱাশক অতু মানা থৌরকপনি—তাঞ্জা চপ-চানা':

"……………… ছালিমা, নঙ ঐগী
অনীংবসি অসি অমুক্তদি থুংহল্লু কৈদৌবগে?
নহাক য়াওদনা ঐ হৌজিক্তি হিংবা ঙম্লরোই!"

"ঐগীম্ব হয়েং মতম অমদা ইনীং থুংহল্লুকো?"

"ঐ শোয়দনা নঙগীম্ব নীংবা থুংহনগনি—!"

নোংমা কয়াদা থৌনা ফনা অম্মা মাবু থাজনবা ৱাশকথ্রগা মাগী চিরবা খোঙফম লাক্লবদা করিগী মাগী মনীং থুংনবা ইশাগী ৱাশক ঙাক্লোইদগে?

ইফাইগন অনীসিদা মখুৎ অনীনা চেৎনা কোল্লতুনা মমাযনা থুকউ অনীদা হম্না-হম্না তক্তনা কপ্লকখি। ঐগী মীৎলুদগী শীম্ব-ৱকপা ফোঙ-ফোঙ শারবা পীগী পীরিক অনীথক মাগী কোকথক্তা তপ-তপ তাখিবরা?

"নয়াথং পীনবীরোনে ঐ চৎলগে!"

ঐ মসিগী ৱাহৈসিবু ময়াই চমহনবা ঙম্বা, ৱাপা চাবা অমতা পীবা ঙমদনা "ছালিমা!" হায়তুনা অম্মুক লোইশিল্লে। থৌনাউ মরীলসে থ্রক কংথ্রবগুম্লে।

"নিংশীংবগী রারী কয়া থল্লম্লে মক্কমসিদা
মাগী রারী, মহাক্কী রারী, মক্কমসিগী রারী কয়া-কয়া!
চৎলবনি ঐস্থ—নিংশীং পোৎলুম ময়ামসি থম্মোয়দা পুতুনা
নঙোন্দস্থ পোৎলুম থরদি থাইদোক্তুনা থল্লম্লে
অতুবু, করম্না লেল্লুগদৌরিবা হায়বদি নোংদম্বা মাতনা খঙিভি!!"

ঐনা খোংগ্লেলসি ফাইরপ তৌনা অস্থুম্না থুমথিবরা:
"ছালিমা! ঐবু করি মতৌনো ঙসি তৌরিবসিবু
কোক'সি ঙাওগ্রেনে!"

মহাক্না হিক-হিক বপ্পা খোন্থাংদা মগী শমথরকই:
"সুংশিবা! নহাক লেঙদনা পোথ্থারম্লো।
ঐবু অমুক থিরকপা তৌবীরম্থু। করিগুম্বা
থিরকপদা ঐগা ফংনদ্রবদি নহাক সুংঙাইরোই।
অতুগা অমুকস্থু—নহাক্না ঐবু থিরক্নি হায়বসি
খঙলবদি ঐস্থ সুংঙাইরোই!!"

অস্থুম্না তুমিং অতুমক্তা মহাক ঐগী য়ুমদগী থোকখি। ইপুক্লিংসিদা হায়ফম খঙদনা খোইরাংজরবস্থু মাগী পুন্সি লম্বীদা অপনবা থোক্তনা মনীং থুংজরুনবা আশীর্বাদ পীথ্রবনি। ইচীনসিনস্থু থক-থক নীকপমথৈ হাযদোকখি। ঙসি মানা চৎখিবা কয়া কুইরবগী মতুংসিদা ঐগী পুন্সিগী মশক-মচু কয়া থোক্না শকহোংলকখি। নিংশীং মমি অমা খঙহৌদনা রাখলগী ঈপাক নাকচি অমদগী লোম্না কুফেৎ-কাফেৎ ফাওগৎলক্লে। ওহঃ পুকচেল তপ্লবী অতুঙৈগী মহাক অতুনা নোংমা হায়রম্বা মমল নাইদ্রবা রাহৈ পরেং শরতু কাউডমদনা হন্না-হন্না ত্তুনতা মলৈরে:
"… … … চান্নবা! নহাকপু ঐগী ওইবমক ফংজদ্রবস্থু সমাজ অসিদা হীরম থুদিংদা শোথতুনা লৈহৌরবা কাংলুপ অসিগীদমক থন্দুনা নহাক্না সমাজ সংস্কারগী লম্বীদা খোঙদাতুনা অনৌবা রাখল অমা মীয়ামদা পোকহনবা ঙম্লবা লোয়ননা সমজসিদা মতিকচাবা, মীনা শকথঙ-মায়খঙবা,

৬—নোংঙাল্লমদাই শক্তিক

শক্লাইরবা নহা অমা নঙনা ওইহৌবা অতুতদি ইথম্মোয় শেংনা পামথৈনে। ঐনা নহাকপু থম্মোয় শেংনা নীংজ-শোঙ্গবী অমা ওইরবদি—ঐগী অপাম্বশিংসে হয়েং মতম অমদা মঙফাও নরকপা ওইসনু !!”

অতুক মথম্মোয় শেংনা ঐগী হুংশিজবদা লময়৷না মপুন্সি কথোকপা ঙমখিবী মহাক অতুগী চেংলো শকক্ষমতু ঙসিদি কদাই-? শকমাঙনগ্রে, উবা ফংবা কৌবা লৈখিদ্রে। অতুবু, মহাক্লা পামজনা, নীংজ-শোঙ্গরম্বা আশাগী মঙলান খরত্থদি ঙসি তাইবঙদা মাম-শামি উৎপা হৌবগুম থোক্লব্রা ? হুংাতগী থম্মোয়না তেংথাজবা লেপ্লে :

“নিংঙমহৌদে পুন্সিসে
হুংশিবী ! লৈরম্লবদি নহাক্লা
ঐগী নাক্তা লেঙদনা—
ফংলম্লোইকো শোক্ল’মুংশি—চৈনা-চৈথেংশিংসে !
কয়াদা হুংঙাইবা ফংগবা
অরাবা পুংফমশিংসিদা
নঙনা নোংমতা লাক্লম্লবা
নিনীগী তেল্লবা পুন্সিসিদা,
ঐগী নাকন্দা লেপ্লুনা
পায়রমগনি শোয়দনা—
নথূৎনা চূথৎলম্বা থৌনাগী মৈরীসি !!”

ঐগী পুন্সিদি নীংবা কায়বা অমগী মথংদা নীংবা কায়বা তরানা মরৈ-মরৈ য়েৎশিন্নতুনা, চনৈননা ইশিনগ্রবা পুন্সি ইতিহাসনি। ঙসিদি ইনাক্তা কনাম্ব লৈত্রে, ঐগীনি হায়বা হন্না য়েংবদা কনা অমতা লেপ্পীরবা উদ্রে। হৌজিক হিংলি হায়বা খঙলবম্ব মশক-ইশক্তি উম্নবা ফংঙমখিদ্রবনিনা অরাপ্পদা লৈথিবমক নল্লগম্ব মহাক অসিবুদি করম্না ঐগীনি হায়না মীশিং থাগদৌরিবনো ? ইকোক্তা পুবা পোৎপু ইথূৎনা লাম্বা ফংদবা হায়বতু ঐঙোন্দা

হন্জক চপ-চানা থোক্লবনি। তৌইগুম্বসুং হায়বগীদি মহাকম্বু হায়রম্মী। নোংমা মানা য়ুমদগী মথোঙ থাংহ্নুনা থোকখিবা সুমিৎ অহ্নদাঃ

"... .... ... ... ঐ, ঙসি চৎলগে
করিগুম্বঃ ঐগী লাইবক্তা, তম্নম্নবা — হল্লক্কেনেঅমুক !
ইশাদা য়াওরিবা নঙগী খান্দানগী
মুৎকদ্রবা থোঙ্গুলসিমদি অম্মুম্মক পুরগে।
মসিনা নঙগী শক্তম্বু ঐগী পুন্সিগী অরা-মুংঙাই,
শিম্মা-চৈরক্তা, মতম খুদিংদা নিংশীংজবা ঙম্নবা
খুদম অমা ওইক্লরগে। অহ্নবু, ননাউগী পুন্সিগী
হয়েং অরোইবা মীকুপ্তা— মুংশিথোইরবা নহাক্কী
নতম্পাক্তা ইকোক অসি থম্নগা, নঙগী মায়থোঙ
পাংনা য়েংজরগা অরোইবা য়াহিপ তাঙ্গগে।
নহাক্কী সেবা থাদোকই খম্না মীরাইবীগনুকো ননাউবু!"

কয়া কুইনা লৈরুরবনো—? ঐনা ভাব তারকপদা কমুংদা হিপ্তুনা লৈরম্লে। চৈরক অহ্নদা করি থোকখিবনো ঐ করিগুম্বা অমতা খঙহৌবা লৈতে। করে, খঙহৌ-উংহৌদবসিমক ঐগী খ্বাইদগী লাইবক কবনি হায়না লৌবদা করি লানগনি?

মথংগী অয়ুক্তা মহাক চৎথ্রে হায়বসি তশেংনা কাউথোকলুরবগুম :

" নঙবু তারিত্রা
ছালিমা, ছালিমা .... .... .... .... .... !!"

থোঙ্জেল লুম্না মহৌশাগুম মহাকপু কৌরুই। অহ্নবু, মহাক্না কা মনুংদা চঙলকপগী থোঙথাং শউমদি তাবা ফংবা কৌবা লৈথিদ্রে। ছাইহাক কাম্নরবগী তুংদা নুংহিরুব সুপীগী থোঙ্জেল অমগা শউম্নহ্নুনা কনাগুম্বা অমা ইনাক তম্না তপ্না-তপ্না ঐগী কম্মাঙদা চঙলকখি; য়েংথোকলুবদা মীৎলু নাপোম অনীমক মায়থোঙগা কোম্মনা ঈপোম-পোমখৎলবী, ঙরাংদগী কপ্পদা মথোল

শেল্লবা ইচলনুপীনা লেপ্তুনা হিক-হিক কপ্লম্মী। নুপীমচাহুগী মতৌহু হেক উবমক্তদা ঐগী পুক্নিংদা "থূক" লাউবা রাখল অমগা ঈরোইননা ঙরাং নুমিদাংরাইরমগী অরাক-অশঙনরবা থোদোক অহু নৌহৌননা নিংশীংহল্লক্লে। ঐস্তু মীত্তদগী পী শীন্থবা হৌরক্লে। অমুক হন্না মসিগীদমক খল্লরোই, পী তাগ্ররোই খল্লহুহু যারক্তরে। ইশাগী থম্মোয়নুংদগী হৌরকপা খাঙওমদবগী চৈনাখোলদি ফাথগে ঙমদা ইচন-নুপীগী থম্মোয় শোকপা খোন্তোকপুদি খাংজিনগে খন্নঃ

"ইবেম্মা! কপ্লুদনা কৈ-কান্নখিনি? পুন্নমক নঙ দাদাগী লাইবক্তা তমগ্রবননি। ফরে, মহাকস্তু অপীকপা মনাউ, মপ্রাশিংহু কোন্দুনা মনীং থুংজরুরসহু!!"

ইচল নুপানা উপায় লৈত্রবা মীশক অমদোনা ঐগী টেবল মনাক্তা লৈরিবা চৌকিগী পাম্বোমদা মখুৎনা শৌহুনা খোঞ্জেল হৌনা অমুক কপখৎশক্লেঃ

"দাদা ইনম্মহু অমুক হল্লক্লরোইদ্রা? ঐগী ইনম্মহু অমুক হল্লক্লরোই হায়রম্বরা .... ... .... ....?
'ইনম্মা' হায়না অমুক কন্না কৌবা ফংলরোইদ্রনে?"

অকক্লবা পাউথুম লৈতবা রাহং অহুনা ঐগী থম্মোয়বু খাঙকম খঙহন্দনা কয়াদা নৈশীন-নৈশীন ঙমচারুহনখিবা—"ছালিমা" নঙদি খঙলিরোইদো ঐনা ঙসি ফংলিবা তন্ফম খঙদ্রবা খায়না মৈচাক্তা নুংঙল-রারীসে! মহাক্না চৎখিবা নুমিত্তগী নোংমা ফাওবা তাবা ফংখিদ্রে—ইচল নুপীগী মচীন্দগী—"ইনম্মা, ইনম্মা...!!" হাযবা খোঞ্জেলহু। নপচ-তাংক্তবগুম লৈকাইগী মনম্মশিংদা "ইনম্মা" কৌবা তারগা নহাকপু নিংশীংলম্লোই হায়না খনব্রনে? নচন-ননীতা অরোলবা রারী শানরগা শেং কায়বমখৈ নেংক্লম্বহু ঙসিদি ইমুংশি পুমচিক-চিকগ্রে। ঐনা অস্তুন্না খল্লি—নহাকস্তু নচল নুপীনা "ইনম্মা! হৈ চাসিদে!" নোংমনা "ইনম্মনা ঈশিং শোকপা ঐনা কৌ শুবা কনানা হানবী তাম্নসি"—অহুদগী নোংমনা চাক থোংবা নচন ননীমক য়েঞ্জাং থুম খাকপদা— ইনম্মনা খাক্তি-

মাল্লে খন্দুনা মরম্মা লৈল্লিভৈদা ইবেম্মনা অমুক থাকপা; মহাক্তম্ ইবেম্মনা থাক্তিমালে হায়দুনা থাকপদগী ঙা থোংবদু খরি ওনবমখৈ চাবা য়াখিদব: অসিগুম্বা থৌদোক কয়াসিবু মহাকম্ ইরায় লায়না কাউথোকখিবা য়ারিব্রা??

"মহাক্তা ঐবু নিংশীংবা মতম লাক্লবদি নঙগী নচন-মুপী চোচে্রবী হায়নি-হায়রোই খঙদবা অসিবুম্ হেক-হেক নিংশীং-বীযুকো ছালিমা! নচন-ননী শাউনখিবা কোঙ্গাই লৈরবম্ মাদি অঙাংনি, মাগী মরাল ঙাকপীযুকো। অঙাওবী অসি ঐগীদি অমতা ঙাইরবী ইচলনিনে॥"

হুমিৎ কয়ানিবোম চাকম-থককম মুকথঙ-থঙখিদে। ইবেম্মনা ফনা নিংথৌজনা ঐগীদমক্তি সেম-সাদুনা মথেল-লুকোই লাঙখি' মহাক্তা খঙলিবদুমঙাই—পেন্নাইদ্রবা, চাবদা পেৎকনগ্রবা ঐগী ইমোনসিনা করম্না নিংঙাইদনা হেক পেন্থোক্লসিগে? হান্নদগী হেন্না চিলহাউ থিরে, চাবা পেৎলে:

"'নোইরোইয়ে, নোইরোইয়ে! কনানবু চাবদা অমুক য়াম্না পেৎলগা ... ... ... ... ...।

মবেম্মা ঐনা তৌরিকম্নম্না কনানম্ ঙম্লোইকো!!"

ঙসিম্ মহাক্তা ঐগী চাকলুক মাঙদা কম্নগা নোকমি-নোকমি হাররিয়োই ঐগী ইনাসিনা তাদুনতা লৈরি। পীক্লিভৈদগী হৌনা ঐদি চাবদা খম্না পেৎকল্লি, চিলহাউ থি। মসি মঙোন্দা য়াম্না হৈনদনা অমা ওইনা থোকলুরমাল্লে। অঙইবমকম্ ঙসিদি মাগী য়াথুন্দা তাক্লিব্রা, মানা সেবা তৌরম্বগুম কনানম্ তৌবীবা ঙমগ্রে হান্নবসি চপ-চানা থোক্লিব্রা? মতম খুদিংদা নোকমি-নোকমিবা মায়থোঙ অদুগী নাকচিদা তত্তনা ইকাই মুংশি য়াম্নগনবী মহাক্লী মমি অমা ঐগী থম্মোয় খিংশেলদা তাহোনবগুম উরি। থম্মোয়দা "পীং" লাউথিল্লবা অম্নগা লোয়নদা:

"নোইরবনে, হান্নদগী য়াম্না নোইরুদলবজাৎনি।"

মরৌ লৈরবা মীৎয়েংনা, হায়রপ নোকপা খোই-খোই মীৎচি মীনোক পুরহুনা :

"নোইররিনি, ম্লাচেৎতা মীহুল হেক হল্লবনিনা !"

"নঙনা উই, ঐসে হান্নগী কিভম অহুতা ওইনা

লৌতিক্তি ঐ য়াম্না নোইখৎলবক্তাৎনি !"

মাম্নখোঙগী শমক্ত মকুপ ময়ামহু মণি-মুক্তাগুম্না ইলং-লংবদোনা মথন্তনা কনাগী খুৎশেম য়াঙদনা কুত্তক তানা :

"ইসঃ য়াম্না নোইরেদা— ! হান্না চপ চারম্বা খোংগ্রাউ

অহু খাংকদি চিনমন্বনা পোবখায়হুনা হোক-হোক

লাউহুনা শেৎপা য়াদ্রবনিনা !"

অসি হায়হুনা ঐঙোন্দা য়েংলগা থীক-থীক পংনোক্তা নোক্লম্মী।

"হেই : অহুম্না নোকহু, খোইদো শাউগৎলকই

কৌন অসিনা হেক স্নুজিল্লকপবু ...................... ।"

ঐগী শাউ.নংবা ইতৌবু উরগা খোইনা হেনগৎখিহুনা :

"কৌন অহুবুদি কৈম্মু কিবিদেয়ে, শক্ত অহুনি

য়াম্না কিজারিবা ... ... ... ... !"

মসি হায়রগা মথন্তা পংনোক্তা নোক্লম্মী। হুমিৎ অহু মঙাই মানা য়ুমসিদা হেক লাকপদগী মায়খোঙ মকা লাম্না ঐঙোন্দা ওইনহুনা নোকচখিবা হায়বহু। হোই, হুমিৎ অহু ইমুংগী মী অতৈ কনা খোইদোকপা লৈরমদে। ইমাখোয়নচিংবা মপামদা চৎনখি। বাবাম্মু কদাইদনো চখোকখি।

"কৌন কিবীদে হায়বা; ঙসিদি মী অমা খঙপদবা লৈরে !"

ফুগে হায়হুদা খুৎ তিংখোকপা মতমদা মাদি ঐঙোন্দগী হান্না মাঙ থাহুনা চেম্মোকখে । ঐম্মু ফুক হোৌগৎলগা ইবান্নিমক ইমুং অকোয়বাস উরাঙবা শান্নবগুম তান্নরে। ঐনা ঙমহুনা মাবু কারবদা :

"কৌন অসিনা নমায়দা থাজিল্লকউরা ?

থীক-থীক নোক্লা-নোক্লা ঐবু করেম্নবগুম হান্নরকই :

"ফুজোনে নিপা থোক্লগা !"

"মী উশিন্ত্রিবা হায়বতুরা ? নঙ ফুৰীমন্দবাসিদা নরাংলবনিহে!"
ঐহাক য়াম্না শাউরে হায়বসি খজিল্লুদবগুম :

"ঙমম্বু-ঙাম্রাইদবদা—অরেম্বদা চাকল্লুক হুন্দোক্লগা হৌগৎ-
লক্লিবসি তন্রা— ?"

অসি হায়রগা নোক্লম্বতু খাঙজিল্লগা করিগুম্বা অমতা হেক নোকখিদ্বগুম চনীং-তানা, খোইশাউনরবা ঐগী ইতৌ য়েংতুনা লৈখরে ।

তশেংনমক ঐহাক মঙোন্দা খুৎ খাবা ঙমদবনি। ইখুৎ তিংখোকলুববনি খাজিল্লগে খন্দুনা। খঙনীং-নিংশীংলকখি—নোংমা ঐগী ইফমদা মানা করিগুম্বা নমথাক অমা তৌরম্বগীদমক শাউ-নিংমনখিবনা ইপুক্লিং কাথবা ঙমহৌদনা মথংগী তুমিত্তা ঐনা ঈশিং থক্কে হায়বদগী গ্লাস অমা পুরগা থোরকপদা ঈশিং গ্লাস অহু খুৎ ওইনা লোরগা খুৎ য়েৎনা মাগী খজাইদা খুবাক্লা শেৎ লাউনা খাজিল্লম্বগীদমক চহী কয়া অমা ঐনা ঙাংবা শকপা তাশিন্নদনা মাগী য়েক্লবা অমগুম শাউতুনা লৈখিবা ... ... ... .... .... ॥ "ঐনা লাপ্লে" হায়বদগীতা মায়থোঙ খে-গুম্না লাংশিন্দুনাঃ

"... ... ... করিগী নহাক্লা লানগদোরিবনো ?
অতোপ্পা কনাগুম্বী অমগী মফমদবু নহাক্লা
অতুম্না হেক্তা ফুক্লবা য়াগদ্রা ? ঐবু মুংশিবগীদমক
কনা নঙ্গে খন্দুনা ঈরালগী মতিক চানা
ফুবনি, ঐনিনে লাল্লিবদি…!!"

অসি হায়তুনা খুমদোরকপদগী ইথত্তা ইকাইজতুনা মঙোন্দা মতুং খুৎনা খাপ্ররোট ল্লাশকখিবতু !!

অমুকম্বু কদোমদগীনো নোকমি-নোকমিরা, শংবাম্নরবী ফিজোলনা লৈত্তেংলবী, তবারবী প্রতিমা অমনা ইমাঙদা চঙশিল্লক্লুনা হুৎ লেপ্লখি।

"অয়োঃ পারা ফাদবগী ফুরিবরো ?"

"অং ! পারা ফাদবা, লাঙশান্নবগীনি ।"

তইং-তইংলবা মায়থোঙ অতুনা মাঙদা শং-শংনা লেপ্লরবদা—ইথম্মোয় শান্নি-থুংনা খুরু লাউখিবা চৈরক্তুদা ঐনা করম্না থুৎ থাবা ঙম্লুগনি ? প্রতিমা অতুনা হন্দক্রা অম্বুম হায়রকখি :

"নঙনা ঐবু ঙসি ফাওবা হুংশিবীরিব ওইরবদি
মহাকপু ঐমক্লি খম্না লুনা-চান্না তৌবীয়ুকো !"

অম্বুম্না প্রতিমা অতুগা কয়া ফুইনা ৱারী শান্নরুরবনো ? শংবান্নবী ফিজোলতনা লৈতেংলবী প্রতিমা অতুনা ইমাঙদগী শকমাঙনথ্রবদা ছালিমানা ঐগী মাঙদা শকমাঙনথ্রবী প্রতিমা অতুগা মরুম থূপ্তুনা লেপতুনা অঙকপা মীৎয়েং অমগা লোইননা লৈরম্বদো—??

"সেঃ চাক অসি চাবা লোইশিনবীরো ।"

ৱাহৈ অসি কয়ারক হন্না-হন্না ছালিমানা হায়থ্রবনো ঐহাক হৌজিক ফাওবা নিংশীংবা থোক্তরি । ইশাদা কোনশিল্লগা ঐবু চাক চাফম তাক্না পুশিন্নবা হোৎনরকপা মীকুপ অতুত্তদা ইশাদা ৱাথল লাকখি । ঐনা ছালিমাবু কোঙদোকখম হৈলে-লৈত্রবদোনা ইথাদা চেৎনা কোনশিনবীখিবা ... ... ... .... ....

"দাদা ! করিনো চাক-চাবা থমতুনা কদাইদনো য়েংলিবতুবো ?"

ইবেম্মনা অসি হায়রকপদতা হৌখিরা থোদোক পুন্নমক অক্নবা, লেঙদবা ঈমায়থক্তা-তারম্বা ইশাগী ইমিত্তু কনাগুম্বনা লৈতুম থাদরকপদা ঈথক্কী শাফুনা খঙহৈদনা তনিক-তনিক মায়কৈ শিন-থুংনা থক্তোক্তুনা মাঙহনখিবগুম—অমতা হেক নিংশীঙবা থোক্তবমথৈ লোইনা কাউথোকশে । ঐগী থাঙজম খঙদ্রবা ইত্রৌবু য়েংলগা ইচন-মুপীনা মথৱায় শোক্না লোন্না মমীৎকী পীরাংবু ফিজিনা তৈথোকচখিত্রা ? পুন্নমক কাউজল হৈবা থম্মোয় অমা ওইরম্নবদি মতম কুইরবগী তুংসিদা ঙসি করিগুম্বা নিংশীং মমি অমতম্বু থম্মোয়গী মিংশেলদা তারমদনা পীরাং-পীরাকশিংসিনা থুদাং পীক্নম্নতুনা—ৱাথৈরম্লোইদবনি !

## ॥ ২ ॥

ভার্য্যঃ পতিঃ ক্ষান্তির্নারী, ক্ষমা সাচ স্বয়ং তপঃ।
ফলং পতিঃ সৎক্রিয়াসা, ধন্যৌ ভো দম্পতি শিবে।

চিবোন-চিবোন লৈকাই শন্না-শন্না ঙাংনবগী পাউনীলখোল্দি ঐগী নাপদা তত্তনা তাবা ফংখি :

" ... ... ... ... ... ... মোতপু ফনা তিমজঙ্গমাল্লেনে নোংমত! মনা-মনীল নাইনদে ইমুং-মনুং .... .... .... !"

" করিগীদি মনা-মনীল নাইনগনি, মমো ইবেম্মা লক্ষ্মীনা ময়ুমদা লেঙলক্লবদা .... .... .... .... !"

লৈকাইনা হায়নবীবগুম্লদনা, তশেংনা মহাক ঐগী ইকমদদি য়ুমগী লক্ষ্মীনি হায়রফাও য়াই। ঐহাক্না হৌজিক্তা থাজবদি—'অমুক অঙনবদা কোক্নৌ মশেক্না তরু-তরু, মৈদা ফুদোংলবা সনা অহিংবগুম ঙাঙ্লানবা মচুগা লোইনম্না ছন্দোরকপদা ছাল্লিমাগী মায়থোঙ থম্বাল অতুপ্পা পুংবা চানা উথিবা, মুমিৎশিং অতুদা ইমোনসিনা পামজবা, অনৌবা বয়া লায়না পাংথোকপা ঙমখিদববু লৈখিত্রা ? অমুকন্ ঐনা, চথোক্নদাইগী ঙাক্কাদা মানা ইনাক্তবু লেপ্পরবদা ঐগী অহাং-অপাবু করম্না লৈখিবগে ? কি-রোল শেংপা লোইশিন্নক-পদনি—মাগী পুম্মুম্নরবী খুজেং অতুদা তাপ পার্মশিন্দুনা মানা কা মনুংদগী থোকখিদে তৌবদা ফাজিল্লগা :

"ঙাইহাক্তং ঙাইখোমী, ঐনা চৎখিবা কাওবদংদি
নৈখো ... ... .... ... !"
"কবি রাংলিবগে ? ইবুংঙোগী চাক থিদোকপীরুগে স্কুল
চৎলমদাই য়ৌবে।"

মোং-হাদনা হংনা খুম্লকখি।

"ইবুংঙোগী চাক চাখোম অমা থিদোকপত্নগীবু
ইবেন্মখোয় নৈত্রনে ?"
"নৈতে, কদাইদনো চখোকখিমাল্লে।"

অসিথক হায়দম্লগা ইমুংদা অমুক চঙখিগে তৌই।

"ইসে : চঙগ্রমাল্লেনহে, নঙবু ঙাইহাক্তদি ঙাইখোমী"
মানা শেম-শাগদবা রাংলিমাল্লে থন্দুনা অমুক তকিং তকিং ইনাঙা
চৎশীঙ্গরকপমক্তদা বরিমত্তা ভাব ইতা-তাদনা ইথাদা সুপক্ষোন
কৌনশিন্দুমা থম্লে। মীকুপ কয়া রাশ্লান অমতা ঙাংনরমদে।
নুংশা থীবগী খোঞ্জেলনা শংম্নরত্নুনা মহাক্লা হায়থকই :
"সে : ঙাওববত্রা কৈনো, চখে রুমদাইসিদা ... ... ... !"
ঐনা কৈনু খোশ্রা শাদনা ইযাং-য়াংনা খুমখি :

"কৈদৌববগে, চখোরুমদাইদা নশক য়েংলম্লগা
চৎপসিতনা পেল্লক্তরবা .... ... ... !"
"পেল্লরিনিসিনদি ............. ... !"
"পেল্লে, ঐ পুংম্পল পেল্লে।"

ঙাইঙমদবা, থম্লল চাঙবা, ঈখোল্লাংবা অমগুম খুদক অহুবা
হরাউ চীনবাল রাকা তম্নুরেম "হোধী-মুন"গী লম য়ৌনা ঈথক-
ঈরৈ কল্লবা ঈচেলমা ইবামীগী মুংশি তোর্থাল বাংম-রাংমগী
নৈকীন কারবা নৈরাই অনীবু হম্না-হম্না হাবক্তিমহন্দুনা কীম্বহল্লম্মী।
কনা- কুইনা রা মচেৎ অমতা ঙাংনরমদে। মীৎ মরীমক কুপ্তনা
মুন্না য়েংনরগা মীৎ মশেল রারী শামবগুম :

"লাইমতং মথোং চাদে হৌজিক ফাওবা! অক-কত্তা করিনো হায়বসি রাখল মচেং অমত্তা শন্নদবরিনু!"

"হেইনপঙবা! অসিবু কৌই-ঘুম পাঙ্গী পুলি ... ... ... নঙনা হনুবা শাহুন ভাংবত্তু তারগা চৎকে হায়বা নত্তেনে!"

"যাইক-মঙ্গল ওইরকনবগীদমক হাংজবনি।"

"ঐ পুন্নমক খঙজি ছালিমা। ঐনা চথোক্লুরদাই থুদিং নঙনা ঐগী মঙ্গলগীদমক তুরাহ তৌবত্তু—থৌজাল হৈরবা পররবরদিগ্গর মপু মহাক্না ববুশ ত্তৌবীমাল্লে!"

মথুং থুংশা অত্তু চেংনা পায়শিনবীবগা ইখূং নাম্মনা মথূঙ্গেংদা তপ্পা-তপ্পা, শীং-শীং নানবীখি:

"ঐবু অত্তুম্না থাগৎপীগনু, ঐদি নকুম থুপ্পা হিংজবদা মতিক চাত্রবনি। ঐনা নকাক্তীদমক লাওজবদি খরদনি! ঐবু থাগৎপীবনা শরুক লিশীং অমা চেনপ্রেনে। মসি তে ল্লবা ঐঙোন্দদি চাউরবা গুনাহগী পোৎলুম ওইরোইদ্রনে— ?"

অসি হায়ত্তুনা ইমাগী মীৎতা মাল্লবী মীৎলু অনীমক্তা পীরাংনা থুঙ্কাৎখিবা!

"থাজদ্রা ছালিমা! নহাক অসে ঐগী ইকমদদি মমল নাইত্রবা মণি অমা ওইররেনে

ঐগী চীন অসিবু মাগী খোৎ-কৌরবী খুবাক অহনা চেংশা মেনশীল্লকখি। মমীত্তগী শীম্ববকপা খুববা পীগী ঈচেলগা লোয়নন্না ইথাদা চেৎ-পক্লা নপশিল্লকই:

"ঐবু অস্তুম্না ঙসিগী তাইবঙসিদা থাক ৱাংনা
থাঙ্গৎপীরিবদি ইবুংঙো নহাক্তনি। নঙতননি ঐগী
পুন্সিগী থাউমৈদা মঙালগী মশক ঙইরিবা—!"

মাগী খোই-খোইরবী চোইজাইনরবা শম্নাংবু খোঁমগৎপীত্বনা:

"মপুরোইবা নত্তনা মাগী লোইনবীগী মতিক মগুণ
শীংথাত্বনা থাগৎপীনবা মালেমসিদা কনাবু লৈরিবগে— ?"

বাঙ্গালী সুপাশিংগী মোংতা মশক থীরবম্নু ময়ুম-ময়ুমদা লৈমিন্নরিবা, মাগী-মাগী তালোইশিং অহৃতনা জগৎ-সংসার অসিদা থ্বাইদগী মশক-মতৌ হেল্লবীনি' হায়না শীংথানৈ। মসিমক অচুম্বা ৱাকমনি। হায়নজসম্নু ঐবুন্নু—"পৃথিবীগী মতু নীংবশিংগী কাংলুপ্তা! ঐগী সুপীনা পুন্নমক্তগী কজবা নিংথীবদা হেল্লবীনি"— "সুপীগী কজবা শক্লোন— মপুরোইবতনা মুম্না থঙগদবনি। অশেংবা শক্তমদি কনানম্নু উবা ফংদে। অঙকপা মথলগী মকজ অসিদি মীচম্না কৈদৌগুংদম্নু য়েংবা ঙমদে।" লৈকাইগী ৱারেম ঙাংবীশিংগী মচান্দগী মহাকপু অম্নুম্না হায়নখিবা ৱাকম অমা ঐম্নু নাশোল ঙইনা তাবা ফংখি:

"শাবানবুদি কজয়ে হায়ববু
পীদাকমগী শমক্র অসিনা ...................... !"

ঐঙোন্দা খোইনা থঙ্গাম্নরুদে, হায়নজসম্নু। মিপাইনিঙাই মরম করিবু লৈগনি—? মথোয়না থঙদ-উদবননি—ঐনা উবা চান্নবীগী নিংথীবা অশেংবা কজবন্নু। মথোয়্নত্নু উদসম্নু, থঙদসম্নু, য়েংহন্নিংদে, থঙহন্নিংদে, উহন্নিংদে। মিপাইবনা হেক্তমক ইশাসি থক-থক নীক্লক্লখি। থঙদে, মম্মি কৌবরা থম্বন, চাউবা? পুন্নমক্লা শকথীবীনি হায়নসম্নু। অত্নবু, ঐতনদি মাবু ফজে হায়বসি য়াম্না মুম্না থঙলিকো, চেৎনা থাজরি মাগী অশেংবা থম্মোয়গী মক্তরবা শক্তম:

"নহাক্কী চানবী মীৎয়েং থাদগী তোল্লবী ননাই হুপীবু
হয়েং হসরগী মুমিত্তম্ব লাপথোকহনবী মুকো
হুংশিথোইরবা ইবুংঙো! নহাকপু ঐগী ওইবা ফংজবসিনা
পাঙন্রবী' ইকমদদি ভম্লৎতা লৈরগুম খঙরেনে!!"

মোন থূনিং অমদা তুম্মিন্নরম্বা মুংশি চেংলোম্ব উখিন্রে।
থবাক্তা থেংথু-ঙাথু লোৎলন্রে নৌজরবী মায়থোঙনা। আহ,
করম্না থাঙলসিগবা ওমচাক্লরবা থম্মোয়গী মুংশি চৈনা-চৈথেংসে!
ইম্নিগী ঈথো লাংলকপা থুদিংদা পান্মুবী—নথম্মোয়মুংগী মৈচাকপু
করম্না থাঙলিগবা! ওহ: থৌবলগী লাইরেম্বীনা নিংশীং-নিংশীং
কাইদোংলবা থুদিংদা ফংন্রেদকো—মতম নাইদনা শান্নমিন্নবদি।
তাইবঙ কনানা খঙন্রিবা—মুম্লগী ঐতনা খঙজবা নিংথীবী নঙগী
অরোলবা শক্লোল, ঈথক-ঈরৈ কল্লবা, ঈন্দ্রিগী ঈচাউ ঈহৌরকপদা
থবাক্কী ফজবা মওং, শোকলু-থেংলুবদা তক্ষম খঙন্রবা মুংঙাইবনা
পঙথগ্রবা দেহে, হায়দোক্লিংন্ত্রি ঙসিফাও, তমথোকনিংদে কনা অমদা
ওইজনিংখি—ঐতগী পুন্সি চুম্লগী লেঙদবা ইরল!!

"ফরে, কৈদৌবগে, ঐগী অপান্বদা নঙনা ম্নানিংন্রবদি ঙসিদগী
ইবান্নি হিপকম থায়দোক্লরসি।"

"মতুমক্তি ঐ হায়খিদেনা?"

"হায়ন্রবম্ব ................ । ঙসিদগী ঐ মথাদা হিপ্লুরগে।"
শাউশিন্নবা অমগা লোইননা অহিং অতুদা ইবানিমক হিপকম
থায়দোক্লখি। মথংগী অহিংদনি ঐস্ব উইরোল-উইরোল তৌরুরম্রা
মীকপ থোরকপদা ঐগী থূয়াদা মাগী ইম্নকিতুনা মশাপুম্বা
থুংবোই-থুংদবোই ইম্লগা তাশিন্দুনা হিপ্লম্নে। ঐ পীং লাউখি।
ফুক হৌগৎলগা:

"কাংথোলদা নিংথীনা হিপ্লুবা য়াম্রা? সিদা হুইনাউ মচা
শাতুনা কুল্লরবসিবো ... .... ... ...?"

ঐনা হায়বতু তাদে। মশা নোমতুনদি হৌদোক্তে। থোন কল্লপা:

"নঙবু কাংথোলদা হিপলুবা য়াম্রা?"

মমীৎ অনীমক থঙপাং পাংথোক্লগা, ঈরা চেন্দুনা ঐগী খোঙদা মখুৎ অনীনা চেৎনা কোল্লগা :

"করিম্বু থঙজন্নবী ঐগী ঈরাল ঙাকপীয়ুনে, ঙসিদি তাজরে
হদিছ শরীফকী পাউতাক—মপুরোইবগী অপাম্বা, অনীংবা
দাবী তাল্লকপদা য়াদহুনা থাঙলিবা নুপী অহুগী
নমাজ অল্লাহ-তাআলাহুনা কবুল তৌবীদে হায়না।
নঙোন্দা লাল্লে হায়েনা নীজরি ঙাকপীযুনে ঐগী ইরাল।"

অম্মুম্না কাউবা য়াদবা মমল য়াম্নবা থৌদোক অমম্নু লৈখি :

"কৈদোংবগীনো অম্মুক হাথুনা লাক্লবসিবো … ?"

ঐনা পোষ্টীং চীংদা লৈরিঙৈদনি। মকম অহুদা লৈবা হৈনরক্করহুনা হুমিং ৩/৪নিরোম লৈরগা তম্না হল্লকপহুদা মানা ফাগী তৌরকই।

"হেরা, নঙ অমা ইচাউ-চাউনা লৈহৌরগা
ইথম্ভা করম্না মকম অহুদা লৈরু হায়রিবা
নঙবু ঙম্মীনে ? অতোপ্পা নুপীদা মিতারুবগা নঙতনি…… !"
"অহুবু ইমা বাবাথোয়না করি হায়না থম্নরমগনি !"
"এঃ থম্ননিংবমথৈ থম্নজম্নম্নু মথোয়গী ব্রাবুদি
অহু নঙদি—ঐ লৈত্রিঙৈসিদা কদাই-কদাইদা চৎচহৌই ?"
"নহাক্কী ইজাজৎ লৌহৌদনা ঐহাক ঙসি ফাওবা
থোঙ্গাল ব্রাংমা লাক্কত্রি। আলিম-উল্মাশিংনা তম্বীবদাই
মপুরোইবগী ইজাজৎ ফংদনা নুপী ওইবীশিংনা
চথোক্লবদি নুপী অহুগী ফিক্তি-ফিনানা শোক্ল-থেংনুবা
উনা-রান্না পুম্বা কংশিল্লি। ঈশিং মনুংদা লৈবা ঙা ফাওবনা
নুপী অহুগী মথক্তা লাঅনৎ থাই হায়হুনা।"

কয়াদা মপুকচেল শেংনা ঐগী ইফমদা কথোকপা, নোল্লকপা, হায়বা ইনগ্রবী অমদি কিনা চৎচগ্রবা ! নিপা অয়াম্বনা লম্বী চৎপী নুপীশিংবু য়েংনৈ। অশেংবদি শৈতান্না নিপা ওইবশিংগী মম্নায় অহু নুপীরোমদা লৈথোকহল্লি অসম্নুং কজবা-শুদ্ধ্ৎপা শকম অমা ওইনা উহল্লি হায়বসি মশামক চেৎনা থাজখিরনি।

## ॥ ৩ ॥

কলকত্তে কা জো জিক্র কিয়া তুনে হম-নশী
ইক তীর মেরে সিনেমে মারা কি হায় হায়!
—মির্জা গালিব

নুমিৎ অহু প্রেসকী অফিস ওইনবা খুন্নবা কা অমদা ইথম্তা কয়গা ইডিটিং তৌবা লোইশিন্ত্রিবা জর্নেলগী আর্টিকল অমা ইডিটিং তৌগে খোন্নাংঙি। তৌইগুম্বনুং মাঙদা লৈরিবা ক্লিপ বোর্ডতা য়াওরিবা আর্টিকলগী তরু-তরুবা খুৎইশিং অহৌদ ইমীৎ অনীসিদা নিংথীনা উবা ঙমদ্রে। মশেল-মরাং ওইনা উরম্মী। ঐবু চহী কয়ামুক্কী অহল ওইখিহনা তরু-তরুবা খুংই অহৌবু য়েংবদা উদবগী কিঙম ওইখ্রিবনো?

ইস: কদোমদগীনো অসিনা.... ... ...! শামু মচাগী খোঙথাংদা ইমাঙদা কাইদ্ন-কাইদ্না লাক্লিবা হুপীমচা অহুমসিগী মরক্তা ময়ায় থংবীসি; সেঃ কনাগী শক্তম মানবগে? ঐদি হেক্তা হায়গনি—"মাগী শক্তম মাপ্রি!"

লৈবগীদি মাগা চেংলো শকক্তম হাইরূপ মামবীসি ওন্নোক্লা মরাঙ কায়নম্মু লৈরমদ্রে। করি মরমগীনো? মকক-অযদম খুদিংদা মাগা শক্তম মামবসি হমা-হমা পংঙদা মউদ্রে। মমিমক্তা ঐগী

রাখলসে হৌখিবা খোদোক কয়াবু ভক্তনা নিংশীংহন্নবা অচৌবা মচাক অমা ওইরম্লবনি।

"রুবী! করিগীনো নঙনা অমুক য়াম্না নচীন কাম্নিবা··· ?" লম্বীদা ঐখোয় মঙা খত্রাংননা চৎমিন্নরিঙৈদা ঐনা হায়শিবনি। খোঙচৎ অতুদা সুপাদি ইথম্না ওইরুরে। সুপৌদি মখোয় মরী শুই। মমান্নবী মেমচাগী মমীৎকী অনাবা য়েংবা শিংজমৈদা ডাক্তর যুমজাউ, আয় স্পিসিয়েলিষ্টকী যুমদা চৎমিন্নরম্বদা ঐহাক্না তান চানরুতুনা খেংনবনি। ওন্থোকপা হায়বতুনি, মহৈ-মহৈ মমান্নবী উন্নখিনি হায়তুনা মথং-মথং উন্নরিঙৈদা—ঐখোয় অহুমপা— মেমচা অমম্বুং রুবীগা তোঙান-তোঙান লম্বী লক্ষেনখিবনি। ঐনা চেৎকশিন্না খিবদগী কংনরবদা মহৈ-মহৈ পংশাউ শাউনতুনা মচান্দা অকাম্পেৎ রাহৈ কাওবা তোংলক্লে। হায়নরিবনিদনা— সুপীনা অকাম্পেৎ পামজবসিদি··· ··· ··· ··· !

"ঙসি শাউনিংঙনা লৈরিঙৈসিদা নঙোন্দা পংতাইতা তাইনরক্লনিকো··· !!"

রুবীনা শাউরম্না থুম্লকই। কাগিনি খন্দুনা ঐনা:

"থিংঙেলদা তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা তাইনৈ হায়বতুরা—নখোয় নশেল লম্বী লম্নাঙনতুনা শাউনজরগা ঐঙোন্দা তাইনরগবু ফগনি হায়রবদি— সেঃ সুমিৎ ভরেৎনি ওইরবস্তু তাইনজো। মসি লম্বী শরকনি, নচীন্দদি অকাম্পেৎ শিজিন্নগন্নু লেংথৈনবা মীগী মমাঙদা ইকাইজে।"

ঐগী চীম্বক্না মহাক্না অমুকম্নু নোংশিল্লকই:

"ইকায়রগা ঐখোয়গী নাক্তা করিগী চৎলিবনো ?"

"অদু ওইরগা ঐ চৎপ্রগে ?"

সাইকল তোংথৎলগে তৌই, রুবীনা অমুক হায়রকই:

"চৎখিবস্তু য়ারোইনে—!"

"অদু ওইরবদি লৈহৌরগে ?"

"কনানা লৈহৌরো হায়গ্রবগে ?"

ছুম্দক্তি মহাকম্ভু য়াত্তোন উরপ হাইকেৎ নোকখি। ঐনা চঙক্লনা হংখি :

"অদুদি ঐ কদাইদা চত্তোরিবনো?"

রুবীনা মাগী অশাউবগী কিভমদু ইহন-হন্থদবদৌনা হায়রকখি :

"ঐখোয়গী তুংসিদা চৎলুদনা—!"

"ও : নখোয়গী তুংসিদা ……….. ?

"চৎপদা মচৎলুবা,"

মুমিৎ অদুগী মমল নাইদ্রবা থৌদোকশিংদু হেন্না হেন্না ময়েক শেংনা নিংশীংলক্লি। তৌইগুম্বমুং খোঙচৎ অদুদা ইশানা য়ানিংবগা লোয়নননা হরাউ-হরাউনা মখোয়গী মখা পোন্না মখোয়গা লাকমিন্নখিব্রা?

খোক্লরগা খঙগনি হায়বা পাউরৌ অদু অচুম্বমক্লি! মীকুপ থরগী তেল্লবা মতমতনি। মুপগী মখোয়গী মখা পোন্না ইন্নরক-খিবদি—ঐনা খঙখি—চীনকেল ফরবা মুপীশিংদুগী খম্মোয়দা লম য়োনা অমৃতগুম্না তাঙলবা পুকচেল অমা চেল্লম্মী হায়বসি!

ঙসাই মখৈ মচীনবু কাম্বনে, ঐঙোন্দা লাই শারম্বী রুবীদো ঐগী ছালিমা (মহাক্কী অশেংবা মমিং অমা হান্না লৈরম্মী, ইরম্মাই ওইনা মাবু ছালিমা হায়না মিংখোনখিবনি। মতুংদসু মাবু অস্থমক ছালিমা হায়না খঙনরসি) গী মথুত্তা লোম্না তাপ পায়শিন্দুনা মমাম্নবীশিং মেমচা রাণীখোয়বু উহল্লনা থূজিন্না শীক্লুনা মখোয়গী তুংদা ইবান্নিমক লাকমিম্মৌ হায়না ঈঙ্গিং তৌনখি। থংনবা মীকুপ্তা মহাক্কা তুংদা লৈথরক্লগা ইবান্নীমক খত্রাংননা লাকমিন্নখি। পিশুম থোংদগী কৈশাম থোংকাওবা সাইকল অদু ইন্না ইন্না!! আহ! মুমিৎ অদুগী লৈকাং চারবা ইবান্নিতগী অরোলবা রারৌশিং অদুগা ঙসি খোক্লিবা নৈহৎলাংদা থুরবা থৌদোকশিং অসিগা কয়া লাপ্নরবা—।

চহী কয়াগী মমাঙদা মখোয় মরী অদুগা ইথন্তগা খোঙনা চৎমিন্নখিবা অদু হৌজিক ইমাঙদা লৈশাবী অহমসিনা খত্রাংননা

লাকপা অসি উবদা থম্মোয়সিনা করিগী নিংশীংলোইদগে; এহ: ময়ায় থংবী; মশা তবা-তবাবী—! করিনো মসিমম্ব ওইথংবা পীদাকমমক্তদা আঃ চানবান ময়াদম্ব শমক্রু অমমম লৈবগুম উইদা—! মান্নি, মান্নি শমক্রুনি। ঐগী ছালিমাগী শমক্রু লৈবা হেক মফমশিং অতুমক্তদনি।

ওহঃ মহাক অসিম্ব মতম খুদিংদা অরা শকফমতা শক্লাং-নহুনা— লোন্না কয়া কোঙনা কয়ারক মপী তারিগদ্রা—? মহাক্লুম্না পুন্সিগী নৈহৎলাংদা থুরবী বন্দি অমা ওইহুনা ইনথং-লকপা যুবতী ওইবগী তাঙলবা ইম্রিগী ঈহৌরকপা ঈনোৎ খুদি-মকপু করিম্ব লৈতনা থন্দোক্লবী অমা ওইরিগদ্রা; করিগুম্বা "পীদাকমদা শমক্রু থুংবা" হায়বসিমক্তনা হুজা ওইবাশিংগী মফমদদি তশেংনা অরা শকফম শকপুনহুনা লেনবা ওইরগদ মহাক অসিম্ব মতম খুদিংদা শোয়দনা লোন্না-লোন্না, অহিংদা কয়ারক, মুংখিলদা কয়ারক মপী তারমগনি। পী তারম্লোইদবগী মরম শুকলৈ-লৈতে। মাগী শক্তম অসিম্ব ঐগী ভাবনা অম্বুম লাকশিন্দুনা য়েংবদা— হায়গুম্লদনা হরাউ ঈথক-ঈপোম, ঈথীল-ঈফুনা ঈপাল ঈরাইবগী খোইনা শউম তাবা ইউ-উদেনে। মোং-হানা উদ, য়াম্না চম্মী, য়াম্না ই জৈ। অতুবু, হেক য়েংশিল্লুবদা মাগী মায়থোঙদা লোন্না থুপ্না ঈফুনরিবা, তগুপ তরেংনরিবী রাশী মচা অসিমদি হায়দবা ঙমলোই। হেক য়েংশিল্লুবদা মফম কদাইদনো হায়বদি খঙদবা রাশী মচা অমদি ইলোইদা লোইনবগুম মউরে।

"ছালিমা, নঙগী পীদাফমগী শমক্রু অসি ঐগী পুন্সিগী মোংফম্নি— !!"

ঐগী সাইকল কেরিয়ারদা তোংলিবী ছালিমাদা নোংমা ঐনা বাহৈ অসিমক হায়খি। ঙাইহাক খজানরগা মানা তপ্না পাউথুম পীরকখি:

"অদু ওইরবদি মসিগী শমক্রু অসি কোৎথোকতুনা লৌথোকপ্রসি— !"

"অদুবু য়াগদ্রনে ... .... ... ... ?"

ওকলপ্পা ঐনা থুমখিরম্মী :

"করিগী য়ারোইদগে ? নঙোন্দা অকায়বা ওইরবদুবু ... ?"

"হুঁ হুঁ ! লৌথোকনু, শমক্রু অসিগী মঙালনা নঙগী মায়থোঙগী রাশী হাপ্লিবনি।"

"অদু ওইরবনু ... !"

মথরায় ইপুং-মুংঙাইখিদ্রবগুম অনম কন্না হায়রকখি :

"লৌথোক্কনু ! য়েংহোই শমক্রু অদুমক য়াওরমদ্রবদি ঐনা নঙবু থাক অসি যৌনা কৈদৌনুংদম্নু হুংশিরমগনি নীংদে।"

"নহাক্তনা ঐবু থাগৎপীরবগী য়ানি। থ্বাইগী মকমদদি ঐসে মীনা হায়নবিবা পীদাকমদা শমক্রু থুংবীনিনে ... !"

অম্মা কযাদা মথরাই শোক্না হায়রকখিবা, ঐঙোন্দনু ইথঙ-থঙহৌদনা থম্মোয়দা তিং লাউবা অমা ফাওরকখি।

"য়েংশু সে ছালিমা ! অমুক্তা নোক্লকউবা, ঐঙোন্দা য়েংলগা অমুক্তা হাইক্কেৎ মীৎচিগা লে.ইননা নোক্লকউ। সেঃ নঙনা উদ্রবননি— নহাক্না নোকপদা চেন্নরিবা রাশী অসিদনি ঐনা পুন্সিগী অবা-মুংঙাই অপুন্বা কাউথোকতুনা হৌখিবা দৃশ্যা কয়ামরুম নিংশীংজনবদতা মল্লবা কোক অসি ঙাইহাক্তা লেপ্তুনা উংহল্লিবসি। মান্নি-মান্নি মতুগী মীনোক অতুমক্কি। নোকমি-নোকমিবা, খোইরুম মোমোম্নবী। মীনোক অতুমক্কি........ !!'

"রাশী লৈররিনিহে—য়ামাঙসিনা ইরল হেক লন থুইরবা মায়সিগা ... ... ... .... !"

মশামকপু মমল হল্লরবী অমনি হায়রবগী রাথল পোকপী রাঙাং

অমগা লোয়ননা মহাক্না নোকমি নোকমিনা হায়খিবত্থু ঙসিসু নাকোংসিদা হন্না তারি।

মতম অমদদি পীদাকমদা শমক্রু থুংবকা হায়বসি মুপী ওইবীশিংগী মকমদদি য়াম্না কিনবমক নত্রগমু থাক অমদা থাইগা মান্নদনা খন্নরম্মী হায়বা য়াই। অত্থুবু, হৌজিক্কী মতমসিদদি পীদাকমদা শমক্রু থুংবগীদমক থোইনা নীংশা থীনিংঙাই দোষ লৈত্রে। মশাগী অশেংবা পীদাকমদা শমক্রু থুংদবী লৈশাবা মচা কয়া কয়াস্থু মোডর্ণ ফেসন ওইনা মতম চঙনা খুৎশেমগী শমক্রু হাপ্লবা লৈশাবী ঙসিগী থুম্নাইদা তাঙনা থোক্করে। মীৎনা কয়া কয়া উরে। ওল্লকইবা সমাজগী য়াওল মতুং ইন্না মুপীনা পীদাকমদা শমক্রু থুংবা/থুংদবা হিরম অসোমদা দোষ গুণ থোইনা থিগৎনবা তাঙ্গা লৈত্রে। করিগুম্বা লম্মখাঙগী হাজং য়ৈত্থুনা সেম্বা শমক্রু ওইরম্বস্থু কনানা খঙবা…! মসি লৈশাবীশিংগী হৈ-শিংবগী মচাক্লি। পীদাকমদা শমক্রু থুংবগীদমক নিংঙমদবা পোকপা হায়বসি নুংশিবদা অফ-ফক্ত থিবনি। ঐগী মোত্তদি অচোবা পাপনি হায়না খল্লি।

মুপীমচা অহুমত্থু অমুম অমুম লেপ্তুনা চঙশিল্লকপনা ইনাক য়ৌগদবা পংলাপ লাপ্লমত্রে। অমুক্কং নোক্লকপ্রা য়েংননবা শেন্নরুসিরা থনখি। করিগুম্বা— মাগীস্থু থাইনা খঙনদবা অত্থুগুম্বা নোকমি নোকমিবা তগুপ-তরেংবী মীনোক অমা লৈরম্বরস্থু! মতুংদা ইন্নত্থুনা শেন্নরুবস্থু ঙমদ্রে। উপায় অমা থিত্থুনা ইমাঙদা নোকহল্লমসিরা খল্লম্মী। নিংজোং-মাঙজিংনৈ ঐহাকপু ঙসি ফাগী হৈরমখিদ্রনে মমাঙঙৈগুম!

আহ! মতম অত্থু হৌখ্রে, ঐগী ফাগিদা পুক্লি তৎপমথৈ নোকপদা মক্কি কোম্মী খঙখিদবী মখোয় অত্থুমু ঙম্নমক মতমগী থোঙচৎ মতুং ইন্না মহৈ-মহৈ কায়নখ্রে। ঐবু উরগা শক খঙদবা কোঙ্গায়স্থু যাওরে। করম্নদি ইলায় লায়না মখোয়না

ঐবু শক খঙখিগনি …? চহী খরসিগী মমুংদা মথং-মথং কায়-খৎক্লিবা ঐগী শককমসিদবু … ।

পুন্সিগী মখল-মথেলগী ৎেঙ্খাং কয়াদা নোংমতা লেপ্তে শক খঙনরকই, অনৌবা মরুপকী মরুপঙাক। নোংম-নোংমগী থরা-থরা ক.উশিল্লকপনা ঙসিদি কোঙ্গাই অমা খঙউ উমবদা নিংশীংবা থোক্তনা কাউশিল্লক্ল। অকোনবা মরীগী লীপূম্না কনখিবনা নিংশিংবা পাক হেক থোকচিল্লক্তরে অৎৌবা মরুপকী রাখল। অতুবু নিংশীং মমি তামগ্রবস্নু মীওই কয়াগী শক্তম্না; কাউথোককে মঙমদ্রে স্নুপ্নগী কুইগ্রবা শকমাঙনখ্‌বা মীশক অমতংদি। পেঞ্জ-হৌরে খম্মোয়সিনা-লৈখা তারবা পুন্সিসিদা অহিং নুংথীল অনীমক্তা মাপাদমক লোন্ন-লোন্না কপচবসিনা … !!

"একাশিনী লৈহাউবু অম্ুম্না মথোম মথোম, চবুন-চবুন মনানা কোনশিল্লগা, পাম্বাদা শাৎপ্রা?"

ঐনা য়াম্না পঙবগী ইতৌদা অম্ুম্না হংবদা কা অতুদা (Coaching Class কী) কম্লম্বী ঐগী ছাত্রিমখৈনা "রা" লাউনা নোক্লকপদা কা অতু শেগাক কায়খি। নোংমনা:

"হৌজিক্কী মতমদদি মো হায়জবা অসিম্নু ফুপী ময়ুমগী মীনা ফুপা ময়ুমদা চম্না কোয়বা সানা লাক্লগা য়ুম্লৈ-কৈরৈগী ক্ষিভম য়েংশীনবা অসিম্নু চৎনবী ওইনরে।"

হায়বা হীরম অসোমদা অম্ুম ঙাংনবদা ইবেমচানা ভাব তাদতুনা হংবদগী একাশিনীনা হায়নি হায়রোই খঙদনা ইবেমচাবু ভাব তাহনবগী নামাদা থোংতুনা ছালিমা ইবাম্নিবু লরুবা ওইনা প্রমান তৌশিন্নতুনা:

"য়েংঙোই ঐখোয় ওঝাগী ছালিমাবু হায়জবা লাক্লে হায়না খল্লো … । ছালিমাগী মবুং মনম্মংখোয়না ওঝাখোয়গী য়ুমদা ইচম-চম্না কোয়রকপা সাশিন্নতুনা য়ুমলৈ কৈরৈগী ক্ষিভম য়েংবা অসি হৌজিক্কি চৎনরে হায়বনি, ভাব তারব্রা?"

মখোয়গী ররী খূৎশান্না মতাঙ্গদা ঐহাক খীং লাউথি। নোংমা থাজদ-থাজদনা মানা ঐগী য়ুমদা লাক্লম্বা; ঐগী ফম্মাঙদা ইবাম্নি মায়গা মায়গা ওনশিন্নহুনা ফম্নগা শান্নখিবা মুংওল ররীহু ... ... ... ... ! ইথা থাজদনা মাগী মচান্দগীস্থ হায়-দোরকখি—শাউরংননা :

"ইসঃ ইবেম্মশা ঙক্ষীরেহে! ঐগী দাদানা কৈদৌঙৈ চৎলু-দননো নঙন্না হায়রিবহুবু? ওইস্থ ওইথোক্লরাইদবদা..."

ঐহাক মায়সি ইচপমুক ঙাংসিনখি। করিনো মখোয়না হায়নরিসিবু? ররা কাযরেদনা অস্মিদি। নত্তে মহাকপু ররীসি তা-হৌদ্রবজাংলা? মকোক্তগী মুন্না তাহৌরুবদবু লৌশিং শিংবা মহাক্না হৌজিক্কী রাহেশিং অসিবু ঙাংথোবকপা হৌনব্রা? ইঃ ওন্থোকপনি!

মানা হায়বা লোইরম-লোইফাল্লিরউনা ঈরাং পোমিৎ খঙবী একাশিনীনা অমুকস্থ ছালিমা যেংহুনা নোক্লা নোক্লা হায়রকই :

"হেই: নঙবু হায়জরক্লে হায়বা নত্তেনে„ স্থম প্রয়ান তৌবনিনে!"

নুপী ময়ামহু "ররা" লাউনা নোকখি। মহু তাবদৈতা ঐস্থ ভাব খরা তারকই। মহাকস্থ ররা অতৈ হায়রকখিদ্রে। ঐঙোন্দা অমুক্তং হাইফেৎ মুন্না য়েংলম্লগা মম্মায় লুকথহুনা ঙুমিন্না লৈক্রে। ইবাম্নমক ইকাইনরে। ঐখোয় অনীগী অস্থম্বা কাইদা সিদা মখোয় ময়ামস্থ ভাবনা লাম্বদা খরমথৈদি ফংলম্লগনি নীংখি।

"একাশিনী, ঐ ঙরাং কলম কাউথোক্লম্নে। নখোয় কনানা লৌশিন্নে?"

ইবেমচানা ঙাইঙমদনা খুমলকই :

"ওবা! ঙরাং ছালিমানা লৌশিনথিবনি"

ঐস্থ মহাক্না খুজিল্লমলনি হায়ববুদি ঙরাংনা অহুম খঙলবনি। চৎলম-থোক্লমদাইদা পোৎ চৈ চীথ-নাম্ববী হায়বসিমদি ঐগী তোপ-তোপ্পা হৈনবী ওইরবনি। ঐগী খঙ্ফম পোফম নাইদবসিদা ছালিমনা হেক-হেক খুঙ্গীনবীরম্বনি। ঐগী সাইকলনচিংবা মমল য়াম্লবা পোৎ চৈ কয়া কয়া মকম চাদনা থম্নম্বদা খোঙকম কয়ারক

মানা লৌশিনবীরম্বগী থৌদোক লৈতবা নত্তে। তুমিং অতুম্ব হংগে হায়বা অমগা লোয়ননা ভরাংগী থৌদোক অতুগী ময়াই চন্নবা হংলুবনি। ঐনা ইবেমচাদা ওনশিন্দুনা হায়খি :

"হেই : ইবেমচা! নঙবু হায়জররে হায়বা নত্তেনে।

নঙোন্দা অপুম প্রমান তৌবনিনে।"

হিগৎপগী পেনবা নাইত্রবা মুপীশিংদো, তুমিং অতুদস্থু মমাঙগী থৌদোক অতু নিংশীংহনা ফর-ফর ওনবমথৈ পূক্লি তিংনা নোকপদা কনাগী মশা মশাদা পকপা মফি কাওবা নিংথৌনা শেং-ইনবা পোং নল্লে।

ঐগী পুন্সগী অঙনবা শরুক্তা ফাগিনা অচৌবা শক্তম অমা লাবতুনা খে ভদারকপনি। কাগিনা ইপুন্সিবু অচৌবা লানফম কয়াদা ইজ্জৎ ওইহল্লকপনি। ভসিদি মমাঙংঙগী ঐগী চান্নরবা মরুপ ফাগিগা শেংন-খায়নথ্রবা মীশক অমা ওইনা লেপ্পক্লিবা কুইরে। ঐনা থাইদগী হৈনজবাস্থু কাগি তৌবসিনি। মহাক-ঐহাক শেংন-খায়নখিবসিনা কাগিগা ঐগস্থু শেংন খায়নরবগী অচৌবা মরম অমা ওইহল্লে।

"কল্লে হায়বগী মতীক কয়া য়াম্না কন্না নেথরুরবনো—

সাইকল খুনেৎসি হেক তেকপমথৈ ...!"

মাঙদা লাক্লিবা লৈশাবীশিং অতুগী মনুংদা য়েৎলোম থংবী, মশা মউ ফবী অতুনা ইন্দুনা পুরক্লিবা সাইকল অতুগী খুনেৎ অতু তেকতুনা কেরিয়ারদা হাপ্লিবতু উরতুনা ঐনা পাইরকী ওইনা কাগি তৌখিরম্মী। তুমিন্না লৈরম্লগা মখোয়দা য়েংতুনা কাগি তৌরকপতুদা মথোয় অহুম্মক চঙকুনা লেপকক তৌরম্মী। ঐত্তোন্দা হাইফেৎ য়েংনরম্লগা নোকফেৎ তৌরম্লগা মমায় ছৎ-ছৎ লৈথোক্লখি। ঐনা নীংলম্বতু চপ চানা থুংলে। ময়ায় থংবী, মশা তবা-তবাবীতু মানা নোক্লকপগী ফিভমতু অহান অকোন নাইনা উহৌরে। ইথা থাজদনা মাগী খজাই অনীতুস্থু ঐগী হালিমাগী মত্তোগুম নোকথোরকপদা লোইনরিবা তগুপ-তরেংনরিবী রাশী মচাতু ...

লাইজ ঈপাকথক্তা লৈতুম থাদবদা ঈথক ঈপোম নাইনা শন্দোরকপগুম … !

"য়েংঙুসে ছালিমা ! অমুক্তা নোক্লকউবা, ঐঙোন্দা য়েংলগা অমুক্তা হাইকেৎ মীৎচিগা লোইননা নোক্লকউ। সেঃ নঙনা উদ্রবননি— নহাক্লা নোকপদা চেন্নরিবা রাশী অসিদনি ঐনা পুন্সিগী অরা-হুংঙাই অপুম্বা কাউথোকতুনা হৌখিবা দৃশ্য কয়ামরুম নিংশীংহনবদতা মল্লবা কোক অসি ঙাইহাক্তা লেপ্তুনা উংহল্লিবসি। মান্নি-মান্নি মহুগী মীনোক অহুমক্সি। নোকমি-নোকমিবা, খোইরুম মোমোন্নবী। খোইরুম মীনোক অহুমক্সি........ !!'

"রাশী লৈররিনিহে—ম্নামাঙসিনা ইরল হেক লন খুইরবা মায়সিগা … … … …. !"

নিংশীংবা —ওঃ ! নিংশীংবা নহাকসে কয়াদা খুবৌ থাংল-বনো পুন্সিসিদা—ঙসিদি চিংখোরক্লেনে মরী-মরী, মথং-মনাউ কায়থ্রবা মাঙগী থৌদোকশিংদো লংচাক্তগী লংলা চিংথোকপগুম ! হৈথরক্লে মীৎকী ঈরাম্ন চাংজুম লাইজ ঈফুৎকুম। মপূগী তাইবঙ কৈশুমশঙসিদা ঐবু পুন্সিসিমগী কৈয়েঙৌ ওইনা ফাজনবীরে। আহ ঃমুংশিবী ! ওন্থোরুম্নু য়াম্লমথ্রেদা ইবাম্নিগী মাঙলমচৎকী অরীবা হিসাব, পরেংসে !! ঙসিদি শীনবীরি—নঙ-ঐগী মপোক্তা থুংশীন লাঙ্গাই হৈরবা নোংদম্বনা—

"কায়নবনা পুন্সি ফিগৈনি; পনথুংফম্না নিংশীং-মৈরী-মৈথাক্সি।" থাজরুম্নকো পাম্মুবী— পাউন্তাক নক্তে নোংদমখোম্নি। পুন্সিবু কায়না মৈচাক্লা রাখৈহনবা নোংজুথাগুম মীৎকী পীনা চাম্লবা মপোক্সে, কায়না মৈরী অসিনা অচেৎপা রাখল ফিদম পুরক্লনি। অহুবু, পাউজেলকমবু অমতা লৈত্রি'সিনিনে মুংশিবী ! হায়নিং রারম কয়াসে মকমসিদগী করম্না থঙহল্লক্লসিগে। মুপীজা পুকচেল মুংওলঙম্বা রাফমদি ফনা য়াম্না মলৈরে। আহ ! মকমসে পাউজেল কবা বসন্ত মালংবহু ইশীং শীংলক্তেনে।

## ॥ ৪ ॥

The seed of Love is sincerity:
the harvest of Love is happiness.
The nature of Love is trust;
the pulse of Love is concern.
—WILLIAM ARTHUR WARD

মৈনুংদগী লৌথোকপদা ঙায়রিবা অচাপোৎ-পু থুংয়েৎ-ওইনা শিন্দোক-শিঞ্জিন পায়তুনা ইংথহনবা ঙাইবগুম; অহিং-মুংথিল অনীনা ওম্থাক-ওন্সিন্না ঐগী থম্মোয়গী অরাবস্থ নূংলেপ্লকই। মৈনুংদগী হেক লৌথোকপদা ঙায়রিবা অচাপোৎ অদুদি শারে হায়রবদা সুপ্নগী মীকুপ থরগী মতুংদা শোয়দনা মৈশা অদু ইংথরকপা মশিন্নি। অদুবু, ঐগী থম্মোয়গী শোক্ল-কায়াৎ-কাথুপনুংদা চাক্লিবা অরোলবা মৈচাক অসিমদি ইংথরকপা নাইদ্রে। পুন্সি অসিদা অমুক হন্না ইংলকথিগনি হায়বগী থাজবা মরীক অমতা ওইরবস্থ থম্লুবগী কান্নকম লৈদ্রে। আহ লোইয়ুম্বা হৈরাং অশীনবী! নঙদি করি'মতা হেক থাজরম্লোই— "ঙসিদি ঐহাকসে প্রকৃতিগী নৈহৎলাংদা থুরবা নজরবন্দি অমনি" হায়বসি।

মহাক্না চৎখিবা ইকুইন্দ্রিবৈঙে চৈরক্তনি। ঐগীদমক অহল-লমম্না হান্না হায়না-শীংনরম্বা নুপীতু অমুক হম্না হায়না-শীংনবগী মনীল ঙদোবক্লে। ঐনা থল্লম্বদি—'মহাক ময়ুম পাল্লম্লগনি। লেঙদনা মপুরোইবগী নাক্তা লৈরমগনি। অতুবু, মহাকশু হজিল্লক্তুনা লৈরম্লে। পাউ অমা ঐনা তাখিবদা মহাকস্তু—ঐগা ছালিমাগা লাকমিম্নখিবগী পাউনীলখোল হেক তাবদগী মাগা চান্নজবা নুপা অতুদা থীন্দনা থা অমরোম চেল্লুরে। স্নুম খোকস্ত হাযতুনা নোংমা থৎনবা থোদোক অমদগী নাকল অনীমক্কী অহল মশেল য়ানদতুনা অমদি নুপীতুগী খোইচৎ-ন্নাংচৎনবা কাইদাতুদগী চীংথৈঙনা অমুক হজিল্লকপা ওইরমাল্লে। ঐগা অমুক হম্না লুহোংনবগী ন্নাকমন্থু মখোয়বোমদগী পীম্নকপা পাউনি। মসিগী পাউ অসি হেক ফংখদগী ইবা বাবাদি হরাউবনা লুতোন কাপ্রে। নাশেল ওইনা তাবা ফংঙি :

"ঐখোয়না হাযনবতুনি;— মাগী মায়থোঙদা শমক্র
মরাঙ কায়বীতুনা য়ুম অসি পুগদবা নস্তে।
অহল-লমনগী ন্নাহৈগী ম্নাখুন্দা শোয়দনা তান্নকদবনি!"

অচুম্বমক, ঙসিদি ঐহাক অহল-লমনগী থোঙজিন্দা অমুক হম্না লেপ্লরে! তৌইগুম্বম্নুং ভিক্ষারি ওইনা ঝুলী পায়তুনা লেপ্লবনি হায়নদি থনবীগনু! ছালিমাগা ঐগা পুন্সি তোলোইনা য়ুম্বাল-ম্নিম্নৌ তম্নমদ্রে! থূৎশেম লাঙ্গাই কৈরবা বিধাতানা মাবু য়ুম পুবা ওম্লোইদবী নুপী মীতোকচাক অমগী থাক্তা বদনাম পীগ্নরে! অতুবু, মখোয়না লেম্না মমল তিংদনা পীবীরিবা বদনাম কম্নাতু হাপ্নবা ঐগী ইকমদা অহাঙবা মফম থজিক ফাওবা লৈখিব্রা? করম্না বদনামশিং অতুবু ইশানা য়ানিংনা পূক্লিং থুমোক্তা হাপ্লুগনি? ঐনা ঙসিফাওবদা থেংনজরকপী নুপীশিংগা মনূংদা মহাক্তনি নহা। ওইনা লৈত-লায়রগী মৈশা লাংতুনা ইমুং-মনূংগী লূম্নবা ভার পুবগী চপ-চাবী দায়িত্ব মশক থঙনা চাউরকপী—ম-হা-ক-ত-নি!!

অপোকপী মমানা মন্‌ং-মতম চাদনা লৈখিদবা মতমদা মহাক খুপ্পগী লৈশাবী মচা পুক্কক্কা মওইরি। মমানা পীক্লা ছন্দোক্লম্বী নুপীমচা অতোম্বীদু মমাগী খোম্লাং-খোম্লম মতম খুদিংদা কাউহমদ্রিবীনি। মমানা মাগী খুঁজেং পায়দুনা শিন্নমখি মমাগী খোয়রেন পুন্সি লোম্বা মীকুপ্তা :

"ইমাগী ইবেম্মা : ইমোমদি উম্বারুম্মু লাইবক থীবৌরেদাবা
ননাউ-নপ্‌াশিংসি ইমা লৈংত্রে হায়র্বসি খঙহন্দনা
নওনা মখোয়বু চেকশীন্না য়েংশীল্লকউকো ইবেম্মা।
ননাউগী মখোয়গী অপুক্কিং খুংশিনবা, মমীক্কগী মপী খ্বানবা
নহাক থক-চ্‌তোরকফদে। নঙগীতা নমা লৈত্রবনি,
মখোয়গীদি মমা লৈরি নুংগল্লু। অমনা ননাউ অতোম্বীসে—
নথাদা চেংনা কোল্লকউকো ইবেম্মা! মখোয়না মীরোল
তাদ্রিবফাওতদি নঙ মখোয়বু থাদোক্লমগনুনে
ইমাগী ইবেম্মা খুংশিবী! নওনা অহলনি, ভাব তাবে হায়হনানি
ইমানা নঙোন্দা নতিক-নপা নত্তনা পোংলুম কয়া খোঙ্গংলম্লে,
নও ইমাবু ব্যরোগল্লকো, ঙথুগী, ঙত্তগী পাবুংগী; নওনী পাবুগা
মায়োক্না থক লেপকে খল্লুগনু ইবেম্মা। ইমানা শিন্নরগ্লবসে
নও কাউগনু। ইমাগী অরোইবা মতম য়োরক্লেনে,
কদাই ননাউ অতোম্বীদু ইমাগী নাক্তা পুশিল্লকউ।
ইমা অমুক্তং খোম্লাং ইল্লমগে অরোইবা ওইনা—!"

অমুম্না মমাগী অরোইবা মীকুপ্তা চেকশীন্না শিন্নরম্বা রাকমশিং অসিবু ঙাক্লা চৎনবা হোৎনবদা কয়াগী মতিক মশাগী ওইজবা কোঙ্গাই থাদোক্কুনা মচিন-মনাউশিংগী হাকনবদা মখোং কারকপী যুবতী ওইবগী অপাম-নুংশিগী রাখলবু করিম্মু লৈতনা মীরাইনা খন্দোকপা ঙম্লবা, ফিদম্লকম ওইরবী চম্মুরক্তগী অথোইবীনি। মাগী অশেংবা লকাম্নুংগী ওইবা তোপ-তোপ্পা চরীত্রবু ঐনা লোইনা থাবা ঙম্বা ওইখিগদ্রা? মহাক্কী অক্কবা, লৌথুপ-লোকোই

লৈত্রবা থম্মোয়গী ঈচেলবু খঙবা ঙমদবদগী ইমা-বাবা অনীনা মাবু মতিক চাবী য়ুম্বুরেলবী অমগী থাক্তা থম্মিদবগী রানি। মখোয়না ঐগী ছালিমাগী অক্সবা পূকচেলবু লায়না খঙবা ঙমখিদে। খঙননবস্থু মখোয়না হোংনখিদে, খঙবস্থু পামখিদে। মহাক্না হন্দুনা চংচখিবসিনা ইমা-বাবাগী মকমদদি কয়াদা পেঞ্জব্রবা—!! য়ুম্লোন-কৈরে মবশিংগী মমাঙদন:--"চফু কায়রগা কাক্না হর.উই" হায়বতুমক চান্নন্না খোকথি। যরে খোকচখিসনু।

অতুবু, মহাক্না তত্তনা হায়খিবা রাকম কয়াদি ঙসিস্থ ঐগী নাকোংসিদা হঞ্জিন-হঞ্জিন তাতুনতা লৈরেনে:

"ঐগীতনি ইমা, (বাবাদি মহাক্না ঐগী মুমদা লৈরিঙৈদা
ইখঙ-খঙহৌদনা শিখিবনি) বাবা কায়নরিবা;
মখোয়গীদি ঐ লৈরিবনিনা লোইনা লৈরি ···· ··· ··· ।।"
"কান্নদে নপুন্সিতু অরেম্বদা কেম্নবনি, খল্লুরনু অমুক হন্না।
নপুন্সি চুপ্পা মখোয়বু য়োক্কদবা ঙাক-শেনগদবা নত্তে।
তাইবঙপানগী চংন-লোন্নি, মখোয়বু থাদোক্লমতুনা
নহাক্না ইনাক্তা লৈবা হায়বসি নঙ-ঐদতা থোকপা নত্তেনে।
মপুগী শিন্থা পাংথোকপনি। নঙনা শেম্নরবস্থু, শেন্নদ্রবস্থু
মখোয়গীদমক মপুনা তম্বা অমা শোয়দনা লৈরমগনি।
নঙ রারগনু, মখোয়গীদমক থোইনা হুংনাংলুরগনু।
ইবাম্নি চঙতুনা মখোয়গীদমক্তা লোন্না-কয়া ফোঙনা কয়া
ইতেং পাংননবা হোৎনমিন্নসি। সে: মখোয়গীদমক
অতৈ খল্লুরগনু ··· ··· ··· ··· ···· ··· ।।"

ঐনা থেমজিনবা রাহৈসি তারগা মবুক্লিং হুংওন্দুনা কপ্না-কপ্না:

"ঐ মখোয়গীদমক্তা খল্লরোই হায়বসি
মুপয়া য়াদেনে-ঐ ··· ··· ··· ···· ··· !"

ঐগী থবাক্তা মমায়না নৈশীন্দুনা হিক-হিক কল্লকখি। মতু পুন্নমক হৌজিক্তা ইমাওদা থোকপগুম ইমৌং অনৌসিনা মশেল মরাং ওইনা উচুনতা মলৈরে!

ঐহাক পুন্নমক অসি থাওবা ওম্ননবা হোৎনৈ। মীনোক-মৈশা কোঙ্গাইনি থাওলিবা। অতুবু, ছালিমা কাযনবগী মৈচাক-মৈশা-মৈরায়নবিতে চৈরক অসিদা নংহৌরদবোইগুম হৌজিক হৌজিক অতোপ্পা মুপী অমগা লুহোংনবা থৌরাংলিবা অসিমদি ঐ থাওবা ওম্বগী শক্তি লৈরোইদোরে। অহল-মখৈনা থনবনা—ঐনা ফনা য়ানিংদ্রবম্ব হেনফদবা মতাংদগী নমতুনা লুহোংলবদি শোয়দনা মাগী হাপ্পগীতু কাউথোকখিতুনা অনৌবাদা মাগী পুক্লিং হবচাং লুপশিল্লকনি। মসিম্ব অঙ্কবা মগলগী লাযেংনি। অহলশিংদি মচা ওইবশিংবু মতম চাবগা ময়ুম-মকৈ পালহনবীনবা থৌবাংবা হায়বসি মথোয়গী মথক্তা নন্দুনা লৈরবা পোৎলুমনি। পোৎলুম অসি লৌথনবা হোৎনরকপনি। মথোয়দি করিবু লানগনি—? ঐঙোন্দতা তাইওন্নবা অমা ওইনা থোক্লবগী রানি। ঐঙোন্দদি থাওফম খওদবতা নত্তুনা মমাওহৈগী রাশক অমা কায়গদৌরি!

"ছালিমা! তমখৌরবা বিদ্ধি নোংদম্বগী কল্লক থুজিন থৌরাংদগী নওগা শেৎন-খায়নরবা মপোকসিদা চোকথবা নাইদনা, লেপ্তুনা থিরি— নহাক্তা চেংলৌ শকফম শকমান্নবী, লাইবক চাউবী অমথক! করিগুম্বা ঐনা কোয়না থিরকপদা হন্দক্কী মপোক্তা নওগা অমুক হন্না থেংনরবা—ঐহাক শোয়দনা নওগী নফমদা ঐগী পুক্লিগী অরোইবা লম্বী নিজগে। নশাগী নপুক্লিংগী অপাম্বা মখা পোন্দুনা ঐগী থম্মোয়গী চওজফম পীবীরক্করবা—ঐন্থ শোয়দনা অনৌংবতু থুংনবা নতেং পাংবদা ইথরায় থাদোকপা ওম্নবা হোৎনরমগনি। অতুগা করিগুম্বা নওনা থৌজাল হৈবী অমগী থম্মোয় চেল্লমতুনা

ঐগী ইফমদা চানবী মীৎযেংনা য়েংলক্লবদি ঐগী ছালিমামক্তি খন্দুনা পুন্সিসিদা অমুক হন্না থাদে ক্লবোই .... ... ... !"

অদুবু, ঐগী থম্মোয়দা ফিদম অসিগদি চেৎনা থাগোল্লবি—নুংশিবী মাগীদমক ঐহাকস্থ লইবক চাউবা পাখং ফর্হাদগুম্না ওইথোক্লরোইদবা অনীংবা অমগীদমক যইবী থরাযসি শোযদনা কখোকপদি ওল্লমগনি। শিবিন-ফর্হদকী ৱাবীনা ঐগী থম্মোয়দা চেৎলবা খোনা অমা হাপকৎলকপগুম অচেৎপা খোনাগী ঈনোৎ কাথৎলক্লে। ফর্হাদকী নুংশিবগা চাংনা ঐগী নুংশিবগী চাংদগী কবিস্থ তাগদবা নাত্তে।

ঙসিদগী চহী লিশীংগী মমাঙদনি ঃ শামান-লেংম ন্নবশিংদগী পাঙ্গল খোনাদা তোমথান ওইনা ফাওৎলক্লিবা লাইব-মচা ফর্হাদনা, মৈবীগুম্না নাপল চাউবা থম্মোযগী অপাম্বু কাজিনবা ঙমহোদনা উজবেকিস্তানগী নিংথৌবেলগী অমতা পোকপী মজা ইবেম্মা শিবিনগী নুঙাঁ নাপদা থম্মোযগী নুংশি য়ারা ফোঙদোকচখি। নুংশি ঈখো লাংলবী নুজানা হবাউ হবাউ কিগাও শানা ওকচখি—মশাবীগী থম্মোয-লকাহুংগী নুংশি কোলোই॥ অদুবু, বিদ্ধিগী খূৎশেম্না তাইওন্নখিবনা মশানো মাগী উনবীহুংদা মশাবীগী পাঙ্গল চাংয়েংনীংবগী ৱাখল অমা খঙফাও-ফাওরকুনা পাখং মাগী মকমদা পঞ্জলবী নুজাগী পুক্নিংগী অপাম ৱাখল পাউদমজখি—

"নুংশিবা ! ননাউগী অনীংবা অসিমতং থু হনবীবা ওন্নবোইদ্রা ... ... ... ... ? লাইজ ঈচুম ফংদহুনা ওন্ন-খোইনা কোংবা মৈচাক খাঙলিবা লৈবাক তসিগী প্রজাগী অরাবসি খরদং ওইরবস্থ কোকহনবীবা ওন্নবদি নিংঙোল পুক্নিংসি ওন্থোক্লা পেনপ্রনিদা .... .... .... .... !!"

পাঙ্গল খোনাদা ম-পা লৈতনা কল্লবা পাখংনা মশানোগী অনীংবসি থুংহনগে খল্লহুনা নীংহন্নদনা ৱাশকই ঃ

"শির-দারিয়াগী লাইজ ঈচেল থীংগৎলগা ঈশিংখোং তৌদুনা উজবেকিস্তানগী য়ুমথোঙ খুদিং লাইজ ঈশিং ফংহন্দুনা ইশানৌগী ননী'তদি থুংহনগে!"

রাশক অসিনা অনৌবা থৌন', পাঙ্গল ওইদুনা, থ'প্ল থাপ্লবা, চীং-মান কযাদগী নুংজাও মপৈ-মপৈ পুবক্লুনা, অহিং-নুংথিল থাক্লুনা, চাবা মথাক, তুম্বা মচেৎ ওইদুনা তুবেল থিংনবা লাক্লরকই! তৌইগুম্বগুং কুম্বী-কালেন নাইদনা লাইজ ঈরু কংদ্রবী শাক্লবা শির-দারিয়াগী ঈচেলবু পাখং মাতগী পাঙ্গলনা থিংবা ওইথোকপ্রা? লাইজ ঈচেল থিংবা ঙমদ-ঙমদনা পাঙ্গল চাউরবা পাগং ফর্ছাদকী য়াইবা থাথি। মথংলেনগী খোযরেল পুন্সি লোমপ্রবদা নিংথৌরেলগী অমতা পোকপী মমোম শিরিনমু পাম্মুবগী মতুং ছৈন-ইন, শির-দারিয়াগী ঈচেলদা চোংথদুনা য়াইবা থরায় মাঙমিন্নথি!

নোংমা-নোংমগী ময়েক শেংনা থ ক্ররক্লি— নুংশিবগী মগুনদি কথোক্লিবনথৈ হন্দ্রকপা নাইদে, হেন্ন-হেন্না মপুং-মরৈ ফানা মশক-মচু লংখৎলকই, ফজরকই হায়বসি॥ মহাক্না মতম অমদা ঐঙোন্দা হাযরম্বা রাহৈ পরেং থরদুগী মমল ঙসিদি কয়া য়ামপ্র-বনো? পুম্নমক থঙল-থেংনরবা মীকুপসিদা ঐনা কয়াদা নুংশিনা নিংশীংব :

"…………চ'ন্নবা! নহাকপু ঐগী ওইবমক ফংজদ্রবমু সমাজ অসিদা হীবম থুদিংদা শোংথদুনা লৈহৌরবা কাংলুপ অসিগীদমক থন্দুনা নহাক্না সমাজ-সংস্কারগী লম্বীদা খোঙদাদুনা অনৌবা ব'খল অমা মীযামদা পোকহনবা ঙম্লবা লোযননা সমাজসিদা মতিকচাবা, মীনা শকখঙ-মায়খঙবা, শক্লাইবনা নহা অমা নঙনা ওইহৌবা অদুতদি ইথম্মোয় শেংনা পামজেনে। ঐনা নহাকপু থম্মোয় শেংনা নীংক্ত-শোঙ্গবা অমা ওইনবদি— ঐগী অপাম্বশিংসে হয়েং মতম অমদা মঙফাও-নরকপা ওইসনু!!"

আহ! রাফম অসিবু তরাই-তরাইনা হেক কাউথোকখিবা য়াগনি হায়না খনব্রা? তমথীগবা মহু পুরবা পূকম অমদা মানা ঐঙোন্দা ওইনজবা অমগা লোয়ননা হায়খিবহু!! ঙসি হিংবগী মমল হন্থবরা ঐগী পুন্সিদা নুংশিবগী লেবোরেটরীদা মথল-মথা কয়াগী এক্সপ্রিমেন্ট লৌবদা বাহে পরেং থরসিনা তঙাই ফদ্রবা পোৎচঙ অমা ওইহনবীররে। ওহঃ পাম্মুইদকো পাম্মুবী; নুংশিদকো নুংশিবী! পাম্মু-পাম্মু. নুংশি-নুংশি রাথৈনরে। উবা ফংবা কোবা লৈখিদ্রে নোমতস্নু। কুইর-কুইরগা অহোইনা হেন্নহুম ময়েক লানা নিংশীংলক্লে অতুঙৈগী– নুংশি শকোয় থাগোইনু!

পাম্মু-নুংশি রাইথুংনখিদ্রবা শিরিন ফর্হাদকী রারীনা ঐঙোন্দা থৌনা হাপকংলি। ইপাঙ্গল ইথৌনানা ইশানৌগী মতেং পাংলম্বা ওমদ্রবস্নু— থাওবা কনবা, নীংহন্নদবা হায়বা শক্তিসিনা পামেলগুম্না লেঙদনা লৈনীংঙি।

## ॥ ৫ ॥

Yesterday's successes belong to yesterday
with all yesterday's defeats and sorrows.
The day is Here. The time is Now.
—ELBERT HUBBARD

নুংশিববু, নুংশিগে মায়চৎনা পুক্নিংনা খোইদাবা, অপাম্বা, খুদোং চাগদবা অমা খল্লগা হেক্তমক য়াত্রা ? থিঙ্ঘিগী থুংশীন লাক্লাই ইযাও-রেক ম্নাওদনা তাইবঙসিদা মুক্তা পাথংশিংমা মশা মশানা মথোঙ্গুমা খোংনা নুংশি শক্‌খঙনবা ঙৈক্লেদোগ্নুংদমু ওইথোক্লরোইদবনি। শকী মথৈ চুম্না খঙনজরবমু অঃ খম্মোয়গী লূরবা কাচিন অদু য়োমা থঙনচাম্নবা লমবাসিমমু থক য়োম্নরোইহৈ-দবনি। অদু ওইরবদি নুংশিনবগী অর্থ কনবদা ওম-ইতেনবা থোক্তরিব্রা ? অপাম্ববু খল্লগা, খোইদাববু খৌরগা নুংশিনমবা থেম্নবা ওইরবদি— লাকোই চনতুনা মীগী খম্মোয়মু কাবনি হায়বদা করি লানগদগে.........?

অপাম্বা নত্রগা কল্লক মীহৌবা হায়বা অসিদি মীতগী পোকপনি, নুংশিৎকুম্বনি। খুদম পীবা তারগদি— হায়না উরুবা অপাম্বা পোৎশক অহুদগী অতোপ্পা থম্না হেল্লা পোৎশক অমা হেক উবা হায়গী অপাম্বতু করিমু চিংনদনা থোক্লোয়রগা অক্নোমবগী

অহেনবা অদুদা পূর্ক্লং হকচাং লায়না লুপশি• খবা ওম্মী। মথংদা অমুকম্ব অহনবা থুদোংচাবা অমমুক থেংনববম্ব অনীশুবগীদু থাদোক্লগা অমুমশুবদা মায় ওনশীনবা ওম্ম! তৌইগুম্বম্বুং নুশি-নু ওলগা মফমদদি মসি চৎনদে। অশেংবা নুংশিবগী মফমদাদ—যজবা, অথৌবা, লাইর-ইনাকখুনবা, জাতি-বিজাতি অনেম-অরাংগী খেন্নবা থাক করিমতা উবা ওয়ক্তে। নুংশিবগী মফমদা চপ মান্নবা উই। নুংশিবা অদুতা তেক-কায়দনবা অমাদ হেন্না হেন্না মপূ ফানবা মাঙদা চঙশীনবা হায়বসিনা নুংশিনবশিংগী মফমদদি থাইদগী চিনবা মথৌ ওইরিবনি। নুংশিবা অদুগী শককমদগী অমদি নুংশিবা মহাক্কী তোপ-তোপ্পা শিভম, অরোলবা চরিত্র কয়ামরুম খঙলবম্ব মঙোন্দগী অহেনবা কোঙ্গাই থেংনরবম্ব—অহানবা খোংকমপা নুংশি খোঙদামিন্নরকপা মহাক অদুদবু থম্মোয় লায়ুমদগী থাদোকপা কৈদৌনুংদম্ব ওম্নদে! মসি ওইরমাল্লে—নুংশি-নুংওলগী হৌনশা... .... ... ... !!

নুংশিবা মাগী মরাইহ অমদা নুংগুম্না কল্লম্বা থম্মোয় মীৎনা কুপ্পদা নুংশা মঙালদা উন্না শোদোকপগুম মহা চেল্লি। নুংশিবা মাগী খোইথুম্নরবা মপাউনা মপুন্সি চুপ্পা মীৎকা পীরাং পীরোই-নরক্লবা প্রেমিক অমগী থম্মোয়বু লায়না তাইবঙগী অন্না-অনাগী চৈনা চৈথেং কাউথোকহন্দুনা পুন্সি চুপ্পা অন্না-অনং মশক খঙলক্ত-রিবা মীওইগুম মায়থোঙ মকা লান্না মোমোল নোকহনবা ওম্মী।

নুংশিবদগী ফংলকই
অশেংবা নুংশিবগী মশক
ফহনবা ওম্মী লায়না কয়াবু!
অদুবু, নুংশিবদগী পোক্লকই
ফহনবা ওমদ্রবা লায়না কয়া-কয়াম্ব !!

আহ! পুন্সিদা নুংশিবা কায়নখ্রবা প্রেমিক-প্রেমিকাশিংগী থম্মোয়দা ফাওরিবা অন্নাবগী থাঙঙমম্নবা চৈনাখোলবু খঙবীনবা

তেংবানবসিদা কনাবু লৈরমগদগে ? পুন্সিগী খোঙলোইনি থম্না মীকুপ অমতা ক'উনদবমথৈ থ.ম্মায়-থম্মোয় শিল্লথ্রগা স্বপ্নগী থাজদবা পূ ক্ষমদা বিদ্ধিগী তমথীরবা খুৎশেম্না লাঙ্গায়রুনা অনীগী মংক্তা অমনা মীরম্লেন থাদোকথিবা করিগুম্বদা ওইথোক্তবা নত্তে। অসিগুম্বা ফজমসি মায়ে রুহৌরিবা অমত্থনা তুংগী পুন্সি করম্বা অাশাদা লেল্লমগনি ... ... ... ...?

তাইবঙ মী ঐখোয়দি থম্বু থমখিসি—'পৃথী অমদা চাক্তা-মিন্নবম্বী লমগী চেক্লা, ঙম্মু-থঙ্গাং অনীগী মরক্তা অমবু হুংশি হৈত্রবা শিকারীগী তমথীরবা তেম্না পাল্লবদা অতোপ্পা অমত্থনা কয়াগী মতিক খাঙফম খঙদনা কঙাওননা লাউ-খোংহুনা তেংথা-জবা ... .... ... ...।' অসিগুম্বা শেৎন-খায়নবগী অরাববু উরগা কৃমৈনি থম্না নোক্ল-নোক্লা য়েংলিবা তাইবঙ মীগী থম্মোয়নি। তৌইগুম্বস্নুং অতোপ্পগী অরাববু উরগা হরাউবা ফোঙদোকপগুম; থরনা কনাগী অরাবা, অশোকপা চৈনা-চৈথেংবু উরগা চান্নবা চান্নদবা থিরুদনা মশামক্তা থোক্লবনি থম্না অরাবগী চৈনাখোল কাওবা মীওইস্নু য়াওদবা নত্তে। অকবা লৈবগী কত্তবগী মরমস্নু খঙবনি। অখোৎপা লৈরম্বগী অখাকপা অকনবা হায়বসি নাইরিবনি।

পাম্মু-হুংশি শেৎন-খায়নথ্রবা মহাক অতুদি লেঙলি-পাল্লিবা জীব খিবিক অসি মহাকী মমীত্তদি কনাস্নু লৈত্রবগুম উরকই; য়েক্রবগুম থল্লকই। মীগী চান্নজবা, হুংশি রাইথুংনবা উরগা কল্লক্তবা ওয়ক্তে। মাঙগী হৌখিবা থৌদোক নিংশীং নিংশীং প্রেমগী ধারা শীন্থজবদি থম্মোয় হুংশি শেৎন-খায়না মৈশা লাংহৌরবশিংগী ওইনা শরুক থুংবীরম্লবনি বিধাতানা—।

মশানৌ শেৎন খায়নথ্রবা কনাগুম্বা প্রেমিক অমগী মহৌশাগী থুৎশেমদা ওইকম থোকপা লীচৎ-শাজৎকী মরমদা থরদং পনবস্নু রারীসিগী ওইনা তঙাই-ফদে। "নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা

মৈরেপৃল ওইহৌমিন্নরগনি থন্না হরাউনা মায়থোঙ মকা লাম্না নোকচরম্বা মাগী মায়থোঙতু মশানৌ মাগা কায়নখিবা কোয়রৌ নোংজাদগী নোংমতম্বু থিজোল মচু তাবা শেন্তুনা মা শক্লক লমজাউদা কেনা নাম্না চৎনীংঙ্গুরে। ঐখোয় মীওইবনা কেবা-মায়ণীদমক মতম থবদং ওইরবস্ব কাইথোক্লুনা শেল তিংথোকপদা পাম্মুবা থঙত্রিবসি মরম লৈবননি। অমযোমদা কেবা নাম্বা থবকসি মহা ওইরিবা, মথোক কাম্লক্লিবা মীওইশিংনা খীং নম্ম থাদোককত্রবা মথৌ অমা ওইনা হোৎনবনি। পাখং অমনা লুনা-নাম্না শেৎ-ইন্দুনা লাক্লিবতু মহাক্না উবগুনিংবা মীশক থরা লৈ। অতৈ কনাবু ওইগনি : মাগী চাম্জরবী অহু নত্তনা…… !

কর্মক্ষেত্রদা মমান্নবশিংনা মখোয় মখোযগী চানবীশিংগা অভিপ্রায়শীদমক চৎমিন্নবা, সাইকল তোংমিন্নতুনা লাকপা উরগা মাগী থম্মোয়দা করি হায়না খল্লমগনি— ?? মাগীস্তু চেন্থরবা, অঙ্ক কম্ফরোইরবা, মতমগী ঔচেন্দা ঔরোইনখ্রবা— মাগুগী থৌদোক কয়াম্মক্কুম নিংশিংলু, থাওকম থওদ-চম্বম কুমগৎলক মমুমদা তুমিন্না হন্জিনলগা কাংথোক পারল য়াউরিথক্তা ওমা-থোইনা— মৈচাক থাওনা হিপতুনা মাগী লুংশিন্ববু তেংথাতুনা লোম্না কপচখা নত্তনা উপায় লৈতদে।

চকী অম্মগী মনুংদা তাওনা থোক্কপা ঔম অনৌগী ময়াই কন্নবা লুংথীলগী তাঙ্গাংসে শাবী-শানৌশিংগী মফম্মদদি মমল নাইত্রবা তুমিংনি চাম্না পন্নবা য়াই। খৈয়ে : "ঙসিগী তুমিং অস্মিদি মহৌশাগী তুমিং মঙাবিগা শাংবা মাম্নক্নকোওদা পেনবা নাইরোইকো … . . … … !" অতুবু, মঙোম্পজি তুমিং তাবা ঙাইবদা অচৌবা অনাবা অমা ওইনা ওল-শোইনা থাজতুনা লেন্নকই।

ঐগী মাঙদা অহাঙবা খোংলমসিজা উরির্বসিখে করিনো ? কদাইদগইনোনে হৌজিকপু মানা ইনাক্তং লেপ্পরীবসিখো ? মথৌশাগী শক্তমতুনি। ঐনা হেক্ক চঙশীনখিবদা মী কনা লৈতে

খঙহুনা খোঙগী পদ´। কিহুগী রাংম-রাংমদা লেপ্পরগা ঐগী খুৎসিনা মাগী খুজেংদা চেৎনা পায়শিল্লগা মানা চেনশিনখিগদে তৌবদা ঐনা য়ামহুনা ফারগা কা মনুংদা চঙশিল্লগা রা অমতা ঙাংনদনা উংখোঙগা পাননা শুপকোন-কোনশিন্দুনা থমখি। মাগী চুবাদা ঐগা চুবানা ননশিল্লম্মী। মমাৎ অনীহু তুকথখি:

"করিনো, নহাক্না ঙসি ঐঙোন্দা তৌরিবসিবু ··· ···· ··· ?" মশাহু চেং থৈবগুম থক-থক নীকপ্রে। মহাক্কী খোঙচৎ কায়রবা হকচাংগী মিহুলগী খোঞ্জেলনা ঐগী ইশাদা থং-থং লাউনা খোম্থাং য়ৈনা ঈথক-ঈপোম শন্দোরকখি।

"ঐ নঙোন্দা করিস্থ তৌরোই। নহাক অমুক্তদি
হবাউ-হরাউনা হায়রকউ— ঐগী অনীংবসি থুংননবা—
চৎলসি, হায়হুনা!"

মশাপুম্বা ঐগী ইথাদা অস্থুম-অস্থুম মীকুপ খুদিংগী থুৎকোন চেৎনা কোনশিল্লী। য়াম্না শোম্থাংননা খুম্লকই:

"হৌজিকমক্তি ঐ চৎপা ঙমখিরোই। ইমুং-মনুংসি
খুদোং-চাদবা ফিভম থরা মায়োক্নরিনে॥"

হৈ-শিংবা য়ুমগী হন্নুবী অমগী মঙংদা মহাক্না য়াম্না মুম্না রাখল তৌরগা হায়রকখি।

আহ! ঈদকী তেনপ্ৰবা, পুং ১২ ফাওবা ফাদবোই নীংলবা নুংথীলগী মতমশিংদা মা-ঐগী—'সেঃ মাই:' ইন্থোক-ইন্সিল ওইনবগী পুংফমশিংনা অরেম্বদা মতম কয়া খঙহৌদনা হৌহনখি। হৌখিবগী থোইনা পাম্মুরুদে, হয়েং নোংমা অমুক লৈরি! অহুবু ঙাসদি কদাই···· ···· ···· ···· হয়েংগী করম্বা মতমদনো ········ ??

"ভাবী! ঐখোয়রোমদস্থ ঙসিদি থরা চখোরকউবা!
ঈদকী কুম্মে য়েংবা ওইনা ইস্থাং মহাওস্থ তংবীরো— ?"

ঐনা য়াম্না ইকাই-হঙ্গাইনা মনম্মা ছামিম-বান্নুদা হায়রুই। ছালিমানা ঐবু লরুগদে ফাগি ওইনা হায়রকই:

"নয়ুমগী নুপীশিংতুবু চাক ইঙ্খাং খোংলগা
মহাও তংবা হৈত্রব্রা? ভাবীবু তংবীরো
নেক্লরিবসিবু, ঐখোয় থবক য়াম্না চিনবা জাংনি।"

ঐনা শাওরংনবা সাতুনা মীৎ-না শুক্কোক্কুনা খুমখি :

"নখৌ লৈতে। নঙোন্দা তংলা হায়দ্রে হায়না
করেম্নরক্লিবরা?"
"নখোয়গী ইঙ্খাং খুত্থোং মতাহুবু
ঐনা চাবীগদবোই নীংব্রা?"
"এঃ কয়াদা ভম্মবনোনেসে, নঙনা থেংবনদি
কয়া য়াম্না হেল্লদনা— ?"
"হেন্দবদি— !"
"হেন্দবদিকা হায়রদনা?"
"হায়রে!"

তুই চৌক্লবগী মঙং মাল্লবা ইবাম্নিগী ইতৌ য়েংতুনা নেক্লপী, ভাবীতু ইমুংদা — "পান, লৌরুখংগ, হৎনম্মু" হায়রম্লগা চঙখ্রে। ঐনা তাঞ্জা অসিমক্কুদা ছাল্লমাগী হেৎথংবা শাইনালগী শম-জোইত্থু পায়তুনা চিংবা হৌরকই।

"হায়য়ু সেঃ নঙনা খোংবা চাক ইঙ্খাংনা
কয়া য়াম্না হেল্লদননো, ঐখোয় ইমুংবু নোক্লরিবসে ···।"
"থাদোক'মী হিংচাবা— !"
"হেইঃ মী কয়াদা উশীত্তরিবনোনেসে। নঙবু ঐনা
হিংনা-পুম্না য়োৎকে হায়রব্রা? হিংচাবকা হায়রদনা।"

ঐনা ভমগদৌরে হায়বসি মানা চপ চানা খঙবদগীরা :

"থাদোকউবা, ঐ— লাল্লে"

হায়তুনা ঐগী খুজেংদা মাগী তনৌরবী মখুৎনা পায়রকখি।

"থাদোক্লেই ফুখিদৌরিপোৎনি য়াৎলি।"

অশাউবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা মংঙান্দা শংত্রিক য়েংলম্মী। মহাক্না নোকমি-নোকমি তৌনা খুম্লকই : •

"ঐ য়াম্না কিজরে, পারা ফাজরগে, সেঃ থাদোক্লামি।"
"লোয়দনা পাবা ফাবগনিকো! অদু—খদাং কনবগী
চৈ অমদি ফুখিগদবা লৈরি— !"
"খদাং কনবা হায়বসিম্মু পারা ফাদবা মথল অমবা ?"

মহাক্না চৌং লেম্না ইনোক-নোক্তুনা হাযজবকপমক্তদা ঐনা লাউহৎখি :

"ঐনা হায়রিঙ চৌম্বক্তা অমুক্তা খুম্নকইনেহে—॥"

অসি হাযদুনা শাইনোলগী শমজোইদু অমুকম্মু চিংভি।

"অয়ো, পারা ফাজরগে !"

ভাবীনা ক্নারুক পুদুনা থোরকপা উবদা ঐনা হায়খি :

"বাঙ্গালী চুপীগী মতৌ তমদুনা ক্না য়াম্না
চাশিনবদগী মবৈসি থাগন্তুনা পারা অমতা ফাদ্রবনি।
ঙসিদি ঐ থায়না ক্না চারগা নত্ত য়েংঙোবা !"

ঐঙোন্দা টুাসন তম্লিদৈদা— মথোয় ময়ামগী মরক্তা হেক পারা ফারক্তবদা পাউথোংশিন্নদুনা মঙোন্দা কয়ারক নুংশি-নুংশিনা ফুশিন্নখিবা। মানা কয়ারক নোক্না-নোক্না চেনাথোল খাঙশিন্নদুনা মীৎচি তেন কাপ্লকখিবা! ইনথৎলকপা যৌবন-যুবতীগী অহানবা থোঙকমদা শঙৈদনা থোকখিবা মা ঐগী নুংশি মীৎচান্নরুবা নুমিৎ অদুবু ঐগী থম্মোয়না কন্না কাউবসিগেনে নুংশিবী ............ ।

রারক চেৎপা, চৈরাক-চৈথেং কনবা, মবুং ডাক্তর ফারুখ-তবু মীপাইবদগী চেবশীজবনা ইবান্নিগী অচৌবা অরাবা অমা কোন্নথংদা ওইরকখি। মাগী ভাবী ছামিম বান্নুদি লৈবাক্নুম্নীনি! মাগী মপান নাইত্রবা থৌজালনদি ছালিমা ইবাম্নিনা থম্মোয়-থম্মোয় শিন্ন-খিবম্মু॥ ছালিমানা হায়খি :

"ইমা অদু ঙসি ফাওবা হিংলম্লবম্মু—ঐগী ভাবীনা

ঐবু ঙসি থল্লিবা ফিভম অসি য়েৌনা কৈদৌনুংদসু
ঐহাকপু থম্বীগুনি হায়বসি থক থাজদে………… !!"
"ভাবীনা নঙবু লুনা চান্না তৌবীরিবা য়েংশিনবীবিবস্না
নঙসু ঐগী ইচন-মুপী, ইনাউ-মুপাদা তৌবীবা ঙম্লে।ইদ্রা ?"
ঐগী মরোৌ লৈরবা রাহং মতাসিদা মহাক্না ভাইহাক্তুং রাখল তৌবগাঃ
"ঐগী ভাবীগী ফিদসু ঐনা লোইনা লৌবদি
ইতিক ওইবোই। মাগুন্না থাঙবা কনবী, রাবা থঙদবী
অমা ওইনবগী থাক অতু য়েৌদনা পুন্সি পম্দোল লোম্লনি।"

ভাবীগী লমন্দি ঐসু পুন্সিসিদা শিংবা ঙম্লরোই। অচান মীবাই নাইদবী হৌন-লোঞ্চুং ফজনা থঙবী থাক রাংলবী চনুরাশিঙ্গী মমিং শীংথারকপদা মাগী মমিং তাদ্রিবা মীওইশিংনা চীথরম্বা তানবসু ঐনা লৈরিবমথৈদি ঐগী ভাবীগী মমিং অস্নুম্মক পল্লমগনি। লৈবাক্না শকথঙলবা ডাক্তর অমগী য়ুম্বুরেলবী ওইবদা হেন্দোক্না মতিক চারবীনি। ছালিমাবু মচা ওইনা, অমবোমদা মাগা হেক পোকমিন্নবী মনাউ-মুপী অমগী থাক্তা থমতুনা মপুক্লিংগী অপাম্বা থুংহন্নবগীদমক কয়ারক হন্না মপুবোইবগা য়েৎনখি। মপুরোইবা থঙহন্দনা লোম্না খোঙকম কয়ারক মচনমুপী অমসুং ঐহাক্না অশোযবা খোঙথাং কয়াবু থুমজিনবীখিবগী মহয়বা— ঙসি মহাক ঐহাক্না তেংবানবদা অসিয়েৌনা ওন্থোকপা থোকহৈদ্রবা, লেলহৈদ্রবা, খ্বাইগা মাংদ্রবা ফিভম অমদা মমল হন্তরবা পুন্সি অসিনা থূদাং পীখমতুনা লেপ্লিবসে … … …।

ঈদকী মুমিংশিংদা ঐগীদমক তোঙান্না মচন-মনীনা শরুক তমতুনা থম্লম্বা অথেন-পোৎ, মথেন-লুকোইশি তু— ঙসিদি কনানসু ঐগীদমক্ত খন্দুনা শরুক তম্বীনবা ইমুং অমতা লৈত্রেদো। থনবু খল্লকইঃ

"কুমশীদি ঈদ নংনবা ভাবীখোয়দতুম চৎলুগে !"
তৌইগুম্বসুং ঐবু হেক উবদা ভাবীনা মিনা-না শকথঙবা ঙমখিগদ্রা ?
মিনা-না ঐবু উবদা হরাউনা চোংতুনা ঐগী খুত্তা তাপ পায়তুনাঃ

"ঈদকী শেল পীরো, কদাই ……… … … !"

অতুঙৈগুম শেল থৌরকদ্রা ? কুমশী উবদদি মিনাহু কনহুম চাউরম্লগনি। কৌবু কৌরকখিগদ্রা :—

"ওজা! কৈদৌরে নঙ ঐথোয়দা ইলাক-লাকখিদ্রবদি ?
য়েংঙোই ইনে ছাল্মানা নঙগী ফোটোহু কোল্লগা হিপ্পদা
শুপতেক-নাতেক সাম্নবনিংহ, নঙ পুজগ্রে। মাদি য়াম্না ফজে!
ঐনা মল্লনি, শেগায়রনি হায়বদা মানা ঐবু শাউনা চৈরিবা!"

অম্মক কুইখ্রবগী তুংসিদা হন্দক চৎলুরবদি মিনানা ঐঙোন্দা হান্নগুম ফোটোগী বা হায়রকখিগদ্রা ? মনেতোনবু পন্দুনা হায়রকখিগদ্রা ? নম্রগা ঐবু উরগা ৱাক্ষম খুদিংমক্কী মহুত্তা করি হায়নবু হায়রক্কদগে ? খনক্ষম থোকতে, চরম কুনগৎলকই। মনেতোনবু লম য়োনা শুংশিজখিবী মমৌ অতুগী থম্মোয়দা ঐবু করি খনখিগদগে ? অশুম্বসি খল্লুবদনি— ঐনা মখোয়গী য়ূমদা চৎনিংলক্করিবসি। চৎলুদবনা য়াম্নমক ফগ্রে। শরুক চাম্মা হেন্না ফগ্রে। করিগুম্বা ইপূক্লিংগী পন অসিবু নমখায়হুনা হেক চৎলুবদা করি থোক্কনি। মনেবু নিংশীংলুবদা মমৌ অতুগী থম্মোয়দা খাঙক্ষম খঙদনা মৌৎলুদগী পীরাং নৌহৌননা শীন্থরক্লবদি— 'মতম কয়া চঙনা কোৎনহুনা থিংজিল্লুরবা পীরাংগী ঈথোং অহু ফাৎকায়খ্রবদা ঐনা অমুক হন্না থিংজিনবা ঙমখিগদ্রা … … … . . ??'

চরাংনবা ৱাখল ময়াম অসি খল্লুবদগীনি— হাকুম ঐহাক্না শিলচরদা সাহিত্যগী কনফরেন্স অমা য়াওবা চৎপদা মখোয় লৈবাইদা লৈবা পিঃ ডব্লিউঃ ডিঃ গী ইন্সপেক্সন বাঙ্গলোদা অহিং লেকপদা তুম্ফম, চাক্ষম খঙদনা য়াম্না ৱানা ওন্ন-থোইনা ইনুং চুপ্পা খাঙলম্লগা হৌগত্নুনা লম্বীদা হঙ্গৎ-হন্দা কোইচৎ-চৎতুনা লেনখিবা। নোং ঙাল্লগা য়াম্না ঙন্না য়াহৌরগা মখোয়দা চৎলুগে মখল্লি। অহুবু, অমুকম্ম লমহেল্লবা ইপুক্লিং অসি লাকশিন্দুনা— 'ঐগী ইশক অসি হেক উবদা অহানবদদি তরাম-তরাম্না হরাউনা তৌরম্লবম্ম মচনম্মুপী

অতুগী অমদি মনে অতুগী রাখল হেক নিংশীংলকপদা ফরি ওইবা হৌনবগে ? রাখল অসি থল্লুবদগী নোংওাল্লবদগ্ন ফনা নক্রবা য়ুম অতুদা ইখোঙ থাংজিল্লুবা ওমদনা রারবা থম্মোয় অসি পুরহুনা শিলচর তাম্না চৎপা তাখি।

ঈদ কয়া রম্না হৌরে। ঈদকী ঈথক ঈরাং পুরবী মুমিৎ কয়া-কয়া ঐগী ইফমদদি অরেস্বদা কামহন্দনা ফমুংদা ওম-খোইনা হিপন্তুনা হৌরম্নখি। পুন্সি অসিমকন্সু তশেংনা কান্নদবনা কাউশীং ওই, কান্নবগী শরুক্কী কোক্লোল ওইনা চেম্বরিবা ঈচেলনি।

ফনমক অসি ওইহুনম্ন তাম্লবা চৌংলোন মাপনগী রাংমদা ইমুং অমথক্তদি কুমওল খুদিংগী ঈদ মুমিৎশিংদা ভাবীনা মচন-মুপীবু নিংশীংবগা লোয়ননা ঐগীদমক চাক-ইম্ভাং, সেবৈ খোংবা তোংঙাম্না চেকশীন্না শরুক তম্নমগনি। কয়া কুইগ্রবনো ঐনা চাবা চৎলুদ্রিবসে!

## ॥ ৬ ॥

"Men are the sport of circumstance,
When the circumstance seem the sport of men."
—BYRON

অহল মথৈনা কন্না হায়না-শীংনরিবা নুপীতুগা ঐগা অমুক হন্না লুহোংনবগী থুমিৎ থানখ্রে, হায়বা পাউ অসি নীনফুং-নীনফুং ঐগী নাকোংদা তাবে। ঐভোন্দদি নাকোংদা ঈশিং চঙখিবদগী হেন্না তানিং হৈনিংদবা ওইনা থোক্লে। খনকম খঙলক্রে। বুদ্ধি-লৌশিং হৈবক ককচিনখ্রে। থবক ইশূ-শূদনা য়াবনা পোৎ তাহুনা, য়াং অসি নোংম-নোংমগী কংশিল্লকখি। তুপীতুগা ঐগা অমুক হন্না পুন্সিসিদা মায়গা-মায়গা ওনশিন্নতুনা য়াম্না নকশিন্নরা হকচিনবা— পুন্সিগী থানবা য়াত্রবা লীপূল অমা থমগে হায়বসি ইথন-থমস্রে। লাপথোক্লনবা লম্বী থিবনা অস্নুক্কী মতিক অচেৎপা ফিরেপ ওইশিল্লকলে। মসি মুম্না থম্বক্করবদি মাগুম্বী নুপী অমদা চপ-চাবী উৎকম থোকপা— ঐগী শক্তিদা লৈবা সম্মান মথল অমা উৎপত্তনি। মসিগীগুম্বা য়াথলগী পোৎলুম অসি হৌখিবদস্থু কম্মানক হন্দকী খোঙফমসিগা মাম্না কোকথক্তা খোঙ্গৎখ্রবনি।

তৌইগুম্বস্থং ছালিমাগী মতেংদগী ঐগী অরাবা চৈনাখোলদু মতম খরগীদমক খক্তোকহল্লম্মী। মতম খরগীদমক খক্তোকহল্লম্মী হায়বমক য়াই :

"............ নঙগা ঐগা উন্নবসি ঙসিনা অবোইবা
ওইরবনি— ! মতুংদা ঐবু অমুক হন্না নঙনা উনীংলক্লবস্থু
উবা ফংলরোই ।"

মখোয়গী লৈরক্তুগী খরা চখোরক্লগা তুরেল হিদেন্দা খোংনাং পাম্বী অমা লম্বীদা ঙামথহুনা হৌরি। মতুগী মখাংদা ইবান্নি নোং থিৎলি-থিৎলি চুবা, মী তাল্লক ওইবা অমদা ঙাংনখিবা থম্মোয় শোক্লবা অভিসারগী পূংফমনি। মহাক্লা ছাটিন্না মমায়দু খনজিল্লগা :

"অদুবু, করিগীনোবা ইবান্নি ঙসিদগী উন্নরোইদৌরিবা
অসিগী মরমবু— ??"
"চৎলগদৌরিবা ?"
"কনা, কদাইদা চৎতুনা উন্নরোইদৌরিবনোম্নী ?"
"ঐনি, -পস্থুংফমদি খঙদ্রি। ঙসিদগী য়ুম থাদোক্লনি।"

মহাক্লা মখোল ফাইরপ তৌনা মখা হংখরকই :

"কৈদৌনবা চৎকদৌরিবনো, মরোলদু হায়রো ?"

ঐনা স্থুন-তরংদা মীৎকম হোংদনা য়েংলগা :

"আহ, মুংশিবী ছালিমা ! ঙসি নঙগী চেংলৌদি
উজবা ফাদনা চৎলেদো ! নহাক্লা ঐবু লাপ্না
ইন্থোক্তুনা-তাইবঙগী মীনোক-মৈশা মরক্তা হুক্সিস্বীরম্মে।
নহাক লৈরম্লবদি নঙ-ঐ ঙসিদি অহল-লমনগী
সেবা ফংমিন্নরমগদবনি। কৈরোই লৈকাইগী মমাঙদা
ঙসি চিরবা মতাংসিদা ঐগী ইজ্জৎ ঙাকপীরমগদবনি।
কান্নদ্রবা মপোকসি ঙসিদগী··· .... ... ... ।"

মহ.কী রাহংতুগী পাউথুমদি পীবমদনা মনাক্তগী খোঙকাপ ৭/৮ শোম চথোরক্লে। মীৎলু অনীমক পীরাংনা থুমহৎলে। রা ঙাবদা খোল নীকলে। ইখঙ-খঙহৌদনা ঐগী য়েৎকী থৃজেংদা মাপা তাপ পায়তুনা ঐবু খাম্মী। ওন্থোকলুবদদি মহাকসু মমীৎ অনীতু পীনা পুমথুম-থুমহৎলম্লে:

“নহাক্কী ইজ্জং অতু ঐনা শোয়দনা ঙাক্লগনি। অতুবু, ঐগীসু অনীবা অমতদি থুংহনবীয়ু নিজরি-নঙগী নফমদগী।”

ঐনাক্লা ঙকচান্নবা অমগা লোৎননা:

“ওইথে ক্লবোইদবা রাক্ষম অতুগীদমক ঐবু অমুক হুংনাংহল্লগনু।”

“বনিগী ওইথোক্লোইদগে? নঙগী য়াইফ-মঙ্গল ওইনবগীদমক মতম থুদিংদা নিজ্জনা হিংলিবী নহাক্কী ছালিমাতুনিনে ঐসে!!”

“ ... ... ... .... ছালিমা নঙ ঐগী

অনীংবসি অমুক্তদি থুংহল্লু বৈদৌবগে?

নহাক য়াওদনা ঐ হৌজিক্তি হিংবা ঙম্লরোই!”

“ঐগীসু হযেং মতম অমদা ইনীং থুংহল্লুকো?”

“ঐ শোয়দনা নঙগীসু নীংবা থুংহনগনি—!”

ঐবু মাগী মনীংদি থুংহনখিকো। থুংহনখিবদাই। ঙসিফাওবা মনীং থুংহন্নবগীদমক নত্রা—ঐনা ফিভম অসিদা অমুম্মক লেপ্লিব-সে!! মাগী মনীং থুংলিমখে—ঐ করিসু রাদ-সানা লেনবা ঙম্মী। অমুকসু অরাবা ঈপাউ অমতা মনাক্তা য়ৌহনখিবসু পামজদে। মানা পাম্লিবা লম্বীতুগী লমথুক্ষম য়ৌদ্রিভৈদা লম্মাঙন-খিগদ্রা চিনজৈ। অম্মুম্না অক-কতগী মরম কয়া থনবদা অহিং কয়া তুমশীৎ ফাদনা তুমখি। চাদবা, তুমদবা অমদি রাখলতনা নৈহৎলবা ইপোক্লি। অসিনসু লোইত্রা: মীচিক-মীরাউখোল তাখিদ্রবা অহিং তাংলৌ অথেঙবদা—তাইবঙ মীওইবশিং, উচেক-রায়াশিংনা খোম্লেন তুমখুন তানগ্রবদা ঐগী খোম্লেন মঙলানচাদদি:

“নহাক্তি রারেদকো হুংশি থোইরবা! ঐগী চিন্তাগী পোৎলুম্না ননবদা তাইবঙগী অচুম-অরান, চৎন-লীচৎ

পুন্নমক মাঙশিল্লকপা তারেনে। ঐহাক্কী রাখল খনবীক্লবনু।
ইমা-বাবা অনীগী মনীং থুংহন্নবা হেৎনপোকো নুংশিবা ·· !!"

কৈদৌবগে নখোয়স্তু অমুক্তদি থুম্লকউ—অস্থম্না মঙলান্দা হেক-হেক লাক্তুনা হায়ররবদা বরম্না রারোইদৌরিবনো ? রাদ-হৈবা কনাগী থম্মোয়না মতম কয়া থাঙঙমগদগে ? খোয়েন মঙ্ফাওনবগা ফমুংদা ফমতুনা ইশা পূম্বা হুমাংনা চুপ লুপতুনা অমম্বদা থূৎ মারগা মতম কুইথ্রবগী তুংদা হৌজিক্তা ইনাক্তা লাক্লব্বী মাবু কোয়থী-পিজ-খিবা··· ···· ··· ! মঙলাম্নি হায়বা রাখল লাক্লবদা মীৎলু অনীদগী থীংঙমদনা পীরাং শীন্থরগা পন্থোগী মাঙ্গোল উথোক্তেন্দা ঙাতুনা থায়না মৈচাক থাঙখিবা ···· ···· ····। অসি ওইরমাল্লে বিদ্ধী থূৎশেম ঙকই হায়নরিবসি ···· ···· ···· ॥

অহল মখৈনা ঐবু য়ুম পালগন্নবগীদমক য় ম্না কম্না হোৎনরিব-সিগী মরম চাউনা লৈরমগ্রে। কৈরোই লৈকাইগী মশু-মমান্নব-শিংনা মচা-মমৌগী সেবা ফংনগ্রবদা, অতুগা মশূগী কূম্মে মমীত্তা উবা ফংনগ্রবদা ঐগী ইমা-বাবাদি মতুগী অঙকপনা থল্লবা লুংঙাইবতু থজিক ফাওবা ফংবগী মমি লৈত্রে। ঐগী ইমাস্তু মমৌ নুপীবু ত। তিনবা মীমাঙদা মমাঙ থানা পুবগা শোয়দনা লেম্নজনিংলমগনি—। লুরিবদি—পুন্সিগী খোঙলাই ওইমিন্নগদৌরিবী রারবা খোঙফমদা রামিন্নগদৌরিব', বপ্নিংবা মনাংদা বপমিন্নগদৌরিবা, নোক্লিংবা পূং-ফমদা নোকমিন্নগদৌরিবী মহাক অতুগী লমচৎ কাইদা অতু হেক থল্লুবদা অবসূস্—! ঐ চমন্নে। অহল-লমনগা চৌন্দা প উদানগদৈ শরুক কনা খঙহল্লমদা য়ুম অসি কোক হেক থাদোক্তুনা চৎখিবনা রাই শংলগনি। রাখল অসিনা শুরু-শুরু কৈতুনা ঐবু তাহৎলে।

ঐগা নুপীতুগা অতু য়োনা মোৎ খেন্নরিবসি কপি মরমগীনো হায়না হংলক্লবদি ঐঙোন্দা হায়ফম খঙদবা অঙকপা পাউথুম ওইনা থোকপস্তু য়াই। তমথোকফম লৈতবা, চনৈনবা লংজিল মাঙম্রবা লংলাগা চপ মান্নগ্রে। অতুম ওইতুনস্তু ঐগী থম্মোয়দা মতম কয়াদগী য়েপতুনা লৈগ্রবা থৌদোক অমনাইদি হেক্তমক নিংশীংলকই।

ইসঃ অবোনবগী স্নুমিৎ অদুনা থোকখিবা থৌদোক অদুদা ঐনা ইকাইবা নংখিবদুগা মান্ননা—ইকাইব, চেপ্প', ইপুন্সিদা অমুক হন্না থেংনজদ্রি। মতুংদা মদুগা মান্ননা চোপ্পা, ইকাইবা নংদবা হায়না দুরাহ তৌজরি। খল্ল-খল্লুরগা লমন খুম্নিংবগী মৈবী অমদি ফাওই হায়বনু—ঐহাক লমন্দি কৈদৌনুংদা থুন্নরোই। অদুম ওইনমক মচা নুপী অদুতদি ঐ লৌথ্রবোই! মচা নুপীদুগী থোইচৎ-রাংচৎনবা, শাজৎ অদু পাক হনগদবা মান্দে। হৌজিক্তি মদুগা ফল চপ-চানা, তরং-তরং ফংলরিগনি॥ অদুবু, নদি মখে য়না হায়দোকখিবা জবান কায়দনবা, ইজ্জৎ ঙাকপীবনি। ঐঙোন্দা লাঅনৎ তৌফম থোক্তে।

“নখোয়গী য়ুম্বাল-কৈবাল মতাদুনা ইচা নুপী পীগদবা নত্তে।
নখোয়না স্নুমিৎ ৭ নিগী লাংলিবা থোরাক অদু,
ঐগী য়ুমদা নোংমতগী থোরাকনি!”

ইকাইখিবনা মায়-মাৎ অসি ঙাংশং ঙাংশিনখিদুনা থফম লৈতনা জং জং লাউথ্রে। লৌতোক-লৌশিন য়াবা পোৎশকস্না ওইরম্রবদি মায়সি লৌথোক্লা। ফক হৌগৎদুনা লাক্লমগদবনি। ইমান্নবা অদুস্নু ঐগা মান্ননা ইবাইবা নংমিন্নরে। লাপ্পবা নত্তে, ইচিন-ইনাউনি। নংমিন্নবা তাবনি। খাইদগী হেন্না শোক্লিবদি ঐনি। হুন্দোক্লুনা লাকপা হায়দবদগী— ইবান্নিমক ইকাইখিবনা— মায়সি হংগৎনা য়েংবা ঙম্নদ্রে। ঐনাঃ

“ইনে, মসিমদি কাউগনু—
ঐথোয মীওইবসে অল্লাহ-তাআলাহগী মফমদদি
লাইর-ইনাক খুনবগী চৈথল থমদনা
মঙোন্দগী লাপ্পা-নকপা চপ মান্ননা লৈবনি।”

মখোল অদু হাইগৎনা য়াম্না ঙন্না হায়রকই :

“সমাজগী মীৎয়েংদদি য়াম্না থাপ্পথ্রে!”
“লাইর ইনাক খুনবা হায়বসি খূবাক-খূৎনমতনি,
ইনে হাক্লস্নু হাইগৎকদুদা!”

"ইবুংঙো পণ্ডিত! খুবাক্না অহুম খুবাক মওইরনি,
শিবা নুমিত্তা খুবাক্না খুৎনম ওইখি হায়বসি
নখোয়না লাইরিক তম্লকপদা য়াওখিব্রা ?"
"ইনে নচানিংঙোল চাউবগা অহুক য়াম্না নাপল তৌবা—?"
"ঐবু চিংগে হাযবীবিব্রা ?"

কদোমদগীনো খঙহৌদে মচানুপী অশূপ্পীনা রা পাংশিল্লকই :
"বদনাম পীগে খন্দুনা ইতৈথোয়দি লাকপীরিবা ওইরেকো।"
"ইবেম্মা, ইতৈথোয় নঙবু বদনাম পীগে লাকচবসু নত্তে।
ইবান লাইরবনিনা নঙবু ফাহুনা লৌবসু ইতিক ওইদ্রে।
ইনেগী মযুম্নি খন্দুনা চঙলকপনি, চৎচবগে !"

অসি হায়না-হ'য়না চৎননবা খোঁবাং তৌরকপদা :
"অহু ওইবদি অচেৎ-অকোম যেংবা লাক্লম্মীবা ওইরে,
কবি হুনিংঙ'ই পোৎ লৈববগে ?"

ঐহাক খোনফম বায়না থম্মোয ফুক্না খুম্লম্মী :
"লৈশাবীনা মঙোন্দা কোয়রকপা পাখংদা অহুম্না হায়নবনিকো
ফরে, ঙসিমখৈ ননং তম্না হায়জহৌবো।
ঐখোযনা খং লাইবখিবনা নখোয়দগী
তাংজকম ফংগ্রগনি খনবদগী .... .... .... ··· !!"
"ঐবু আশা তৌজরনু, নঙগী রাখশদগী য়াম্না থাপ্পা খমজ ।।
মহুনা নঙগী অযবা লম্বেল ওইগনি ।"

হান্নদগী মখোয়গী ইমুংগা ঐখাযগা তৎনবা য়াদ্রা। মনী লৈন-রম্লবসু ঐগীদমক্তি— নুমিৎ অহুদগী মবী পূম্নমক ককথৎলগা মখোয়দা অমুক হন্না খেঙ্গুল তারদনবা ইশাগ. খোঙ্গুল তৈথোক-লম্লগা লাক্লবনি। হুংদাং অহু যুমদা হল্লক্লগা চাবা. থকপা অমতা য়াখিদ্রে। ঙা খোংলম্বহু— পুখম, তেঙ্গোৎ মচৌ লেংদনা অহুব লৈহৌরে। ফমুংদা চংলগা ওন্ন-খোইনা হিপতুনা ঐগী ছালিমাবু নিংশীংহুনা নিংঙমহৌদ্রবা থম্মোয়সিনা তেংথাজবা নঙনা করি উপায়দি লৈরি ? ঐগী ছালিমা ওইরম্লবদি কৈদৌনুংদসু হায়রম্লোই :

"ঐবু শাশা ভৌজরুপু, নঙগী রাখলদগী হাম্না থাপ থমজো ॥
মচনা নঙগী অশংবা লম্বেল ওইগনি ॥"

অদুবু, ঐগী থৱায়গী থরায় ওইরম্বী ছালিমাদি ঙসি শকউদ্রে। তুমিং হয়'নবোম র'খলনা লায়না ওইখিদুনা শূমাঙ-মাঙ্গোলদগী লেপ্তোকপা ইঙম-ঙমখিদ্রে।

ফংলকোইদবা, কায়েন্ত্রবা পোৎশক অমগীদমক করিগীনো ঐনা থাপ্তুক য়াম্না লাংতক্‌নবিবগিবো ? থবক অমতা নিংথীনা মায় পাক্লা পাংথোকপা য়াখিদ্রে। হায়নবা চুম্মা: "পেন্সন ফংলবা (নত্রগা থাক তৎকদবা) মীওইনা হঙ্গাম থাবা, কোবী থাবদি—চাউগন্দে, ফুল বাগন্দে!"

"কযাদা লাইবক থীগ্রবনো ঐহাকসে, ইশা মীওই চাদ্রে মতাগুম;
মখোয়গী মুংশিনবা লৈ হায়বগী নাপন্দা—
মচাগী ফিভমস্থু য়েংদ—য়াবীরক্লান, য়াবীরক্লোইস্থু থন্দনা
হায়জ শারিদুবু চোপচনি হায়না তম্বীব্র— !!"

নোংমা বাবানা ফাগী ওইনা কনাগুম্বা মনাম্নবা অমদা লম্বী ৱাহৈ ওইনা—মচানুপীদু ইমৌ ওইজনগে, ঐগী সেবা তৌহল্লগে অস্থুম্না য়ম্না চম্না বার্তেল ওইনা হায়রুবগীদমকস্থু মচানুপীদুনা ৱাকম অসিগী নাশোল থক্তিক্তুং ফংখিবদগী ঐখোয়গী লৈকাইদা লৈবা ইমান্নবা অমগী মৌদা পাখৎপগা লোয়ননা য়াম্না মাপাই-থবাইনা হায়রকখিমাল্লে। ইমান্নবা অদুনা মাগী মুপীগী পাউ অসি হেক তাবগা থীন্দনা ঐঙোন্দা তম্লখি। ইমান্নবদুগী মমাঙদা ঐহাক চঙশি শির্বগুম থোক্লবস্থু নোকশিন্নদুনা:

"মানা ঐবু পামদবা অদুদগা ঐনা মাবুস্থু শরুক চাম্মা হেন্না পামদেহুম হায়বাখো।"

অস্থুম্না মাগী মতিক চাবা পাউথুম পীখিদি হায়ববু ইমোনসিদা ঐ ইপেন-পেন্দ্রে। নুংহিক্লনা লেনখি। থন্থুরুবদা থম্মোয় ফিরাকসি শেগাক কায়বগুম অমা হেক-হেক ফাওই। ৱাকম অসি ছালিমাগা নোংমা সিনেমা য়েংমিন্নবা অমদা চীথদনা লীথিবনি। লীবা

লোইদ্রিবৈদা ঐগী মীৎলুদা পীরাং ঈহৌরকখি। ঐনা মঙোন্দা তম্বা লোইদ্রিবৈদা মাগী তনৌরবী খুবাক্লা ঐগী চীম্বান্দা মেনশিন্দুনা য়িরকখিবদাই :

"নঙগীদমক ঐ লৈরিবসিদি—নঙ করিগী কপ্লিবনো ?
মখোয়গী মুংশিনবগী লম্বীদা য়েৎলগনি থন্দুনা হায়রক্লিবনি।
নহাক খম্মোয় য়াম্না পীক্লিবা করিগীনো ??"

অসি হায়তুনা মাগী মীৎলুদগী পীরাং ঈহৌরক্তুনা, মা-ঐগী পীনা Hallগী লৈমায়থক্তা ঈচেল অমতা ওইনা চেম্মিরখিবনি। ঙসিদি পীনা লৌখোং শানা চেল্লবস্মু ঐগী পীরাংগী ঈচেল্লক্তা মাগী পীরাংনা ঈতিল্লখিদ্রে। ঈচেল ঈরম তোংঙান তোংঙান ঈথৈনখ্রে।

ঐনা খোঙ্গুল তৈথোক্লম্বা মুংদাং অতুগী মতুং ৬/৭ নি কোনবা অতুরাইদা ইথা হেক থাজদনা ঐঙোন্দা অঙকপা পাউ অমনা নাকোং ছুৎলকখি। ইতৈমা খোঙয়াংবী অমা থারক্তুনা :

"......... নহাক্কীদমক ছরিয়া অসি লুহোংলসি খন্নরে!
নঙগী করি মোৎ লৈবগে ?— হায়হৌরো ?"

ঐহাক পীং লাউখি। করিনো ঐনা খুমগদবা। খুম্ফম্মুদি ফনা য়াম্না লৈ। অতুবু, অমম্বা রাখলগী ফক্লাং অমদা মাতুনা নাল্লগা য়েংবদা খুম্বা য়াবা রাকৈ ইলৈ-লৈখিদ্রে। ঐহাক নোক্লে। ইতৈমানা তকশিল্লকখি :

"হায়হৌরোসে, নঙগী মোৎ অমা—য়ারে নত্রা· ........ ?"

টোটি কোজিন মচান মখুন অহোবদগী ঈশিংনা লেপ্পুনা ওরো-ওরো কাপথোরকপগুম; ইতৈমাগী মচান্দগী থীংঙমদবমথৈ মানা থোকপা পঙঙাংতা ঙাংথরকই। ঐনা খাম্লগা :

"ইতৈমাবু কনানা মতু ঐঙোন্দা হায়রুচো হায়তুনা থারক্লিবনো ?"
ইতৈমতু ঐঙোন্দা মমীৎ কুপ্পবমথৈ শংত্রিক য়েংলগা :

"মসিদি মতাংমনিনেহে, কনানবু ওইনি হায়বগে,
নখোয়গী ইমা-বাবা নত্তনা— ॥"
"মতাং অসি য়াম্না লুবনি ইতৈমা ॥ মখোং-মরম খঙদনা

ইনাক খরা থুল্লি হায়বগী নামাদা মৌ অসি থিসি
হায়বগী রাখলহ্ থাদোকসি। ভাব-তানা মুন্না খন্নরগা
য়েংবা তাবনি। পুন্সিগী লোইনবী ওইগদৌরিবা অমবু
ইয়াং-য়াংনা খন্দুনা লন-থুম খরা উল্লকপগী মীহৌত্না
যুম পানবদি ঐ ঙম্লোই॥"

"নঙনা মাগী মরমদা অমুক কুপথনা খন্ন-নৈনিংলিবসি করিনো?
পীক্লিহৈদগী খঙ উত্না লাক্লবা নত্রা?"

"ইতৈমা ঐঙোন্দদি মাগী মরমদা কুপ্না খন্ন-নৈনবগী তাঞ্জা লৈতে
মত্নগীদমক মতম কাইথোকপস্ম পামদে।
ঐনা হৌজিক ইরিবা লাইরিক অসি লোইশীন্নবগী হোৎনবদা
রাখল লক্ষ্ম অমদা পুথোক্লুনা মতম মাঙহনবা য়াদ্রে।"

ঐঙোন্দা মরৌ লৈরবা মীৎযেং অমনা চাথোক্কদবগুম য়েংলগা থুনা
নোংথাংগুম্না ঐগী অচেংবা তাঞ্জা লুমত্না লৈরম্বগুম:

"নঙবু হৌজিক্তা ঐঙোন্দা— ভাব তানা খন্নখিবা তাবনি,
পুন্সিগী লোইনবী ওইগদৌরিবী অত্নবু ইচম-চম্না খন্দুনদি
য়েংলোইসি হায়বদাইনে?"

"হোইনে, লন-থুম উল্লকপগী মীহৌত্না যুম পানবদি ঙম্লোই"
ঐস্ম থুৎলৈ থুনা ইতৈমাগী রাহৈগী রাপা পীখিরম্মী।

"মাগী মরল মথুম অত্ন পামত্না মৌ ওইসি হায়বগী
রাখলদি লাপ্নবু থমখিসদা। মপা মমা অনীমক্না
নঙবু যান্না পাম্মী। অহল-লমন ঙাই-শেন ওইনিংঙি।
নঙোন্দা ওইরবদি নঙনা পাম্বা থুদিংমক উনগনি হায়রি।"

ইতৈমগী রাত্ন তাবদৈ ঐহাক ইথন্তা পুক্লি তিংবমথৈ শিথ-শিথ নোক-
লম্মী। ঐগী নাকোংদা শীংঙানা শাফু কন্না থারকপগুম থোক্লে!

"নখোয়গী যুম্বাল-কৈবাল মতাত্নদা ইচা হুপী পীগদবা নত্তে।
নখোয়না হুমিৎ ৭ নিগী লাঙলিবা খোরাক অত্ন,
ঐগী যুমদা নোংমত্তগী খোরাকনি!"

ঐহাক হন্না হন্না খোঞ্জেল হৌনা নোকথৎলকই। ইতৈমনা ইঙক-
ঙক্না:

"কারিনো নংবু ঙাওরবাবো ? অতুম্না নোকলিববু !"

"সে ক্লিংঙাবদবু নাক্তবদানা— ।"

ঐনা নোক্না নোক্না ইতেমগা য়েংলগা খুমখিনম্মী ।

"অঙইবনি, ঐ খাযদি ছবিয়াসি যাম্না পাম্ম বো ।

নঙনবু যারবদ জাপ ফাওবা উল্লক্লনি হায়বনি ।"

ইতৈমগী চমজনবা রাকৎ অসিনা ঐ ঙাম্দার হাঞ্জন হঞ্জিন মৈরী থোক্লা চাকখৎলক্লি ।

"মহ ক্না উল্লক্লদবা জপ অদু ঐগী যুম্বাল মতাংসদা থম্ফম লৈবোই হায়বখো ।"

অমম্না ইতৈমগী মাযযোক্তা শাওরনা খুমখ্রে ।

"নহাকসি য়াম্না শিবনা খল্লম্বনি । অদুবু ··· ···· ···· !"

ঐনা হৃত্তা বলম অদু অমুক হন্না পাযখত্তুনা ঙসাইমখ ইবগা নোভেল অদুগা মখা ইথনবা লংলা-লংজিল চিংথোকপা গৌনা হৌনা:

"অদুবু ·· ···· ···· কৈদৌবনবা···· ··· ··· ??"

"যুম্ব ল বৈবালগী রাতুদি মখোযগা নকশীনবদি

মাগী মপাম্দগা শোংদনা য়ুম কৈ ফাও শাগদৌবিপোংনি ।"

খুদক অদুদা ঐঙোন্দা অশাউবা কৌবা শৈত্থানদুনা তোংলখিব্রা ?:

"মাগুম্ব অচ উবম কাবী অমগী মপান তাংদুনা, ইয়ুম ইকৈ সাহন্দুনা শুংঙাইবা পাম্বা মীশক অদু ঐ নত্তে ।

ইতৈমা, খনা থুনা থে কপীথ্রা । ঐ ঙাইহাক্তা পোথাজগে ।"

ইতৈমনা ঐগী কাদগী থোকখ্রবদা ঐগী কানুংদা নীল্লম্বদু পুমচৌক চৌকহৌরে । তৌইগুম্বম্সুং— ইতৈমনা চায়খাযবীবম্বা ঐগী রাখলগী নাচোম পরেংদুদি লোইনা থোমজিন্দূনা হামগুম্না মকম চানা, লেঙ-শিন্দুনা নোভেল অদু ইথবদি ইয়ামক য়াখিদ্রে । থোমজিন্নবা হোৎন-হোৎনবগা থোইনা হেন্না ঐগী রাখল পরীংবু মচেৎ-মচেৎ তানা চায়খায়হন্নবগী থৌদো ওইনদুম থোকখ্রে ।

## ॥ ৭ ॥

Love is absolute happiness & every moment is joy
except when I am away from my adored one.

—NAPOLEON.

উসিদি অয়ুক্কগী হৌনা আম্মান মকোয়্যসি নোঙ্খোঙ য়ুরবগুম ফুইনা মংবা নোংগা ঈরোইননা লেপ্তুনা চুখিবসিনা- কনাগী মায়, মীৎ পাঙবা য়াদনা চুবা হায়বত্নমক য়ারে। কনানবু অয়ুক কন্না চুবা নোংজুদি ঐনা মীরোল তারকপদগী ঙসিতমক থেংনম্নরি। পূং কয়াম্নুক তারম্বা য়ারে হায়বদি থঙবা ঙমত্রি। ঙসাই রেডিওদা পূং ৮-৩০ তাবদা লাউংথোকখিবতুদগী হিসাব লৌবা তারপদি চাউরাক্না পূং ১১-৩০ রোম তারম্ববু য়ারে। অয়ুক চুপ্পা ইমুং মাঙ্গোলদগী হেন্দোকপা য়াদনা অফিস ফাওবা কাদ্রবনি। কনা তান চারে থন্দুনা নহানমথৈং শিন্দোকপা তন্দুনা লৈথিবা শৈরেং অচোয়বা, মতৎ ময়াম য়াওবা কাইল অতু পুথোক্লগা শিন্দোক্লুনা মতম লেপ্লম্মী।

চাক-চা-তোক মতুংদা ঐহাক মাঙ্গোলদা ঙাইহাক্তং মুড়া অমদা ফম্লম্মী। মাঙদা অম্নুম য়েংখিবদা নোংপোকথংবা আম্মান অসি অম্নবা নোংগী মপৈ-মপৈনা কুপশীনখ্রে। হুংত্তিগী উহ্নতা

লৈরিবা— 'অরা-চীং" গী খা-নোংচুপ থংবা শংবাম্নরবা নাপোম, লৈচিল নোংশাইনা ফিরুক থুম্বগুম উরক্লে। পীরোইনরবী অরা-চীংগী পীগী ঈচেলদি ইরিল ভুরেলদা লেপ্পাইদনা ঈতিল্লরি। ঐগী খম্মোয়গী নুংহিক্ত পীরাং ইচেলদি— মনা পঙবা, মরোল থোক-ত্রবা চরৈ কৈজোম ফিজি চোৎনা পাউদমজবা নত্তনা— কুম্বী-কালেন, লাইজ-ঈচেল কংত্রবী ভুরেল নত্রগা পীক্লবা ঈরম-খোংলম মচা অমদা ঈতিল্লুনবগী তাঞ্জাহু বিদ্ধি কল্লক-নোংদম্বনা নোংখায়-বীরমদ্রে !!

অরাং থংবা ইমুংশিংগী নুপী মথেগা লোয়ননা ইনাউ নুপাশিংগী মৌ অনী-অহুমথক ঐখোয় যুমগী জিল্লগী নালাদা ঈশিং য়াবা লাকই। চহি ১০ রোমসি নোংতবু কেক চুরবদি ঐখোয়গী যুমদা নোংয়াহি য়াবা, কোল্লিক-রাই শেংহৌনবা লৈকাইগী নুপী মচা মথৈ হৌনহুনা মরী-মরী লাক্লে। তমথোক্লগদি কজবা নত্রবা— মখোয়না অম্মুম্না লাক্লগা ঐখোয়গী ইমুংদা তোংজনিংঙাই ইলৈ-লৈতে। অহোইনহুম য়েম্নথা-লুকথা অমদি শঙ্গোই-লুক্কোইদা, খুনাম চাইহুনা, কায়হন তোইহনবীরম্বদা মখোকই। মসিদগীম্নু হেল্লহুনা শরা বাঙাং হৈ-শিংবীশিং লাক্লগদি— চুরুট, বিড়ি থকপা য়ানবা রারেম ঙাংবা হৌরক্নু কোঙ্গাইনি। লৈকাইগী মৌ অয়াম্বা পুক্লবনিনা লৈকাইসিদা হন্দক খোকখিবা, অনৌ-অনৌবা, অরোল-অথুপকী খৌদোক-রাথোক, ঈ-পাউশং-পাউজেল চে অমম্লুং জেংনরেল নোংলেজদা ফোঙদবা কাওবা মহৈ-মহৈ তম-থোক্লরক্লে। মানা মানা শঙ্কুহু লীখোক্লরগা মখোয়গী বুদ্ধি লৌ-শিং ওইনৈ। তৌইগুম্বম্নুং ইনাউ নুপাশিংনা লৌরিবা ইনাউ নুপী-শিংহু ঐবুদি য়াম্না কি-হঙ্গোইনা ঈজ্জৎ থম্বগা লোয়ননা ইমি কাওবা নেংপী-পোৎ নত্তে। মচা নাউরোল অহুম-মরী শুরবা য়াওরে। অহু কাওবা ঐবুদি কি-হঙ্গোইনা, নোল্লুকপগা লোয়ননা ঐ লাকপা উবদা থাপ্পা থৈদোক্লুনা চৎনৈ। অঙকপনিকো তাইবঙগী চৎনলোন হায়বসিম্নু—!!

ঙসিদি চহি অমরোম ফারবা মচা নুপা অপীকপা চেনবা মো অমা য়াওরকই। অঙাং অচু ঐগাকপু শক মুন্না শঙছি। (ঐনা তঙনা হেক-হেক পম্মা।) ঐ হেক উৎদা নে ক্লকই। ঐনা খূৎ অনীমকসিনা পম্লগে লাক-ও হায়না ঈঙ্গিৎ তৌই অঙং অচুম্বু থোইনা হেন্না নোক-খেচুনা ইনাক্তা লাক্লিংবগী মওং উৎলকই। মমাগী মনঙ্গন্দা লৈনীংদ্রে চোংথোবক্কদৌবে। মমাদি মাবু শেন্নবনে, কোল-লিক শরা অচু পুবনে, নোংচুবগী অনানবা লৈখোম মবকতুদা ছাটিন তাখিদনবা কোংনবদা মখোঙ থাংবক্কাওবা যাশিল্লক্তবে। ঐনা অঙংচু পুরকউ হায়বদগী মমানা মাঙ্গোলগী চুরী'পান্দা চঙ-শিন্নক্তুনা ইচন-হুপীদা অঙাংচু শিন্নবম্মী। থীন্দনা অঙাংচু হরাউ-মীনোক পুরচুনা ইনাক্তা শমচুনা পুশিল্লকই। ঐনা তম্পাক হেক থৌবদা অঙাং অচুগী হরাউবা পম্লোল লোমথ্রবগুংম্লে। ঐনা অঙাংচু নোকহল্লম্মী। তাঙ্গাসিমক্কদা ইতৈমা চোংবী; মফম মতম য়েংনা হায়নি-হায়বোই খঙদবী অমসু ঈশিং য়াবা হেক লাকই। ঐঙোন্দা হাইক্লেৎ য়েংলম্মী :

"নমায়চু ইকাইগেদি লৈত্রগা অঙাং অপীকপচুদা
'ইপন কো, ইপন কো' হায়না শান্নরিবচুবু—
নথাগী ননাউগী মচানিবে ........................ !!"

ঐহাক মায়সি জিং-জিং লাউখিকো। ইমৌৎ অনৌনা সুন-তরংদা মুন্না মীৎফম কোংদনা লৈখি। অচুম্বু ওইনমক ইচন হুপীগী মচীন্দগী-অম্বুম্না হায়খিবগুম তৌত্রা :

"ঐখোয়গীসু অঃ মমাগী মনাক্তা লৈখিবননীদ,
'সিদগীদি কনা হেন্নচুম চাউখম্লুগনি ........ !"

ঐগী থম্মোয় অাম্মান মকোয় শীনথুনা খঙহৌদনা অয়াকপা মীহুল-গী খোঞ্জেল অমনা ধং-ধং লাঙ্গিনা হুনখিবগা লোয়ননা, অরঙবা রাথলগী মশেক-মঙাল অমনা তবং-তরং হুন্দোরকপগুম্লে। ইশা পূম্বদি হুমাংনা চুপ লূপলুরে। অনৌবা রাথল অমগা লোযননা ফম-ফমদগী তুমিন্না হোগৎলগা অঙাংচু পমচুনা ঐগী কমুং তম্না চংশীল্লম্মী।

অঙাং অতুগা লোয়ননা ফমুং মথক্তা হিপমিন্নরে। করিস্তা-গুম্না চম্ন-শেংলবা, করিস্নু থঙত্রিবা অঙাং অতুদি হিপপু য়াদনা ঐগী মায়থোঙ পাংনা য়েংতুনা নোক্লি, ঐঙোন্দা য়েংতুনা শাম্নরি। ঐদি অঙাংতুগী মতৌত্থু য়েংলগা— তামপ্রবা ঐগী ইচা অতুগী শকফম্নু ভাবনা শাগৎপা হোৎনরি। পীক্লিবা মথুং অতুনতুম ঐগী ঙকশমদা চেৎনা কোন্দুনা য়াল্লি। নুংশিরবা মথজাই অতুনা কোই কোক-খোক্লুবা ঐগী খদাংদা নপশীন্দুনা লৈপ্রে। ইপুক্লিংদা মওল-মওল, তরেং-তরা থোক্লা খল্লকই :

"হৌজিক্তি, ঐঙোন্দগী থাপতোকপ্রবা, পোকপদগী মশক উস্ত্রিবা ইচা অতুবু ফংলে। ইনাক্তা লৈররে॥"

অঙাংতু ঙাইহাক্তা হিপপু য়াদে। ঐনা উপায় কয়া তৌতুনা হিপল্লম্মী। মমানা চৎলমদাইদা ইচল-মুপীনা ইনাক্তগী লোবা লাক্তুনা অঙাংতু পুথ্রে। ঙসিদি ইপুক্লিংদা ইচা পাম্লকপগী, ইচা নুংশিরকপগী মৈরা অমদি থম্মোয়দা ইনৌ-নৌনা চুথৎপীরম্লে— অঙাং অতুবু পাম্লুবদগী॥ অম্নুক কুইপ্রবা চহী অনী থরা হেল্লবা মতমসি ঐবু নোংমতা ইচা অমদি লৈথ্রিকো হায়বা রাখলসি করি-গুম্বদা মীকুপ অমতা ওইরবস্নু খনথিবা লৈত্রা... ... ... ... ??

নুংঙাইতবা, নুংনাংবা রাখল কয়ামরুম খল্লা-খল্লা অম্নুম হিপ-লম্বদগী খোয়েন মীকপ তাল্লুরমাল্লে :

"অঙাং তুম্লিঙৈসিদা— সেঃ কোম্লিক-রাইরম অমুক্তা শেংহৌরুখিগে। ঙাইহাক্তা শেন্নবীরম্মু।"

ঐগী ফমুংগী মায়োক্লবা ফমুং অমদা হিপ্লম্বদগী ছালিমানা হৌগৎ-প্রগা, অমুক অঙনবদা মুংতিগী তৌগৈদবা মথোগীদমক লাং-খোৎপা হৌথ্রে। ঐদি হৌবু হৌগত্রি। মহৌশানা ঐদি য়াহৌবসি থরা থেঙগল্লে। মসিগীদমক মা-ঐ খোঙকম কয়ারক অমম্নু খৎনৎ্বনি। অতুবু, ঐনা ঙমতুনা অতুম য়াহৌসি থেঙতি॥

"ইবেম্মা......! নঙনা হন্দক হেক লাকপদগী ঐসে অঙাং শেন্নহনবদা ঙাইহাক্তা লাইরিক ইবা, পাবফাওবা ফংহল্লবনিহে।"

য়ুময়ায়দা ৱাই শীংনা-শীংনা মানা থুন্নকই :

"য়াহৌবদি মুমিৎ কল্লাং তারগা হৌগৎলি, অতুগা
অঙাং শেন্নহনবদা লাইরিক ইবা, পাবা কংহন্রে
হায়তুনা বদনাম থোকপীরীবসিবু— ?"

ঐনা ফাগি তৌত্তনা মপূক্লিং ফাথনবা হায়থি :

"হায়রুরে য়াহৌ থেঙবদা মতাই। নঙগী তুষমন ওইরে
ঐনা য়াহৌ থেঙবসে। নত্তেমী—ঐবু য়াহৌ হেক ঙল্লুবা
মুমিত্তো কনাগী লূ-তাংসি চৌকপনা থাঙকম থঙদে।"

অরাবা, খুদোংথীবা খোঙকমদা মশা মথন্তা মরান্নংনি থন্না অরা-
বোকথোংনবা থৌনা ফবী অমগী শক্তমদা থৌনা ফুদোরকই:

"হায়বতা থীং হায়জররোই, লোইনা নংননবা অমস্থু অমস্থু
হোৎনজরগে। পেন্না পূম্বমথৈ তুম্বীরো॥"

"য়ুময়ায়দা— নোংঙাল্লমদাইগী চরোই-তেতু খোং
কাক্লা লাম্বাউ শীল্লবদা তুমথবা য়াখিগদ্রা ?
কদাই, ইনাক্তা থাংজিল্লকউসে— ইচা নিংথেমতু………।"

"য়াহৌ ঙন্নবগীদমক হায়জরুরগা ঐবু চরোই-কাক্লা
মান্ননা লৌবীরে। ঙসিদগী অমুক হন্না হায়জররোই !"

অসি হায়না মপূক্লিং মুংশিরুরমাল্লে। খোঙ্গেল হিক্লা কপথোরক্লম্মী।
ঐগী থম্মোয়দা 'তিং' লাউখিবা অমগা লোয়ননা তু-মান থ্যাউ
চুংল্লে।

"করিনোনে ছালিমা, ঐবু নঙোন্দা ফাগি তৌবকাসি
ইয়ামক য়াদ্রব্রা ? নঙোন্দা ফাগি তৌবা ফংজবসি ঐগীদি
কয়াদা তক্ষম থঙদ্রবা অপেনবা অমা ওইরিবা………!!
সেঃ ইমাথোয়না তাখিনি অঙাংতু সিদা থাংজিল্লকউ !"

মাগী থম্মোয়না ঐঙোন্দা পেন্দবা, ৱারোবগী চৈনা অমা ফাওরম্বতু
অমুম অমুম কোকপ্লমাল্লে :

"হৌজিক ইচা নাউরোল কারবা, হনুবীগী বয়স্
ওইরবসিফাওবা ফাগি তৌখিনি তৌবীরিবসিবু অতাবা
মীনা করি ওইনা থন্নখিগদগে, থরা হল্লো॥"

অঙাং তুম্লিবা ফমুং অহুগী মনাক্তা মহাক্লা চঙশীনখ্রগা অঙাংদা য়েংলগা :

"হৌজিকপু অমুক ফমুং হোংদোক-হোংজিন তৌরবদি
শোয়দনা তূম্বা হৌরক্লগনি নে।"

ঐনা কাংখল মনূ দগী মঙোন্দা য়েংলগা :

"অঙাংহু নঙনা হৌদোকপতা খীৎ হৌদাকউহু।
সেঃ ইনাক্তা থাংজিল্লকউ, ঐনা থোকপা তৌজহৌগে।"

মহাক্লা অঙাংহু পম্লপা ঐগী ফমুং মথক্তা ফম্লম্মী। অহুগা ঐগী ফৈজুপ মনূংদা অঙাংহু নিংথীনা হিপহল্লম্মী। মানা চৎখিগদৈ তৌবদা মাগী খুজেং অহু তাপ পায়শীন্দুনা থম্লে। নোকমি-নোকমি তৌহুনা কাংখল মনূংদা—মহাক্কী মুংশিবনা থল্লবা মায়থোঙ অহুনা ঐগী মায়থোঙ তম্না অস্থুম অস্থুম লূকথরকখি ............।

অঙাংদা থেংনুরব্রা কৈনো—খঙহৌদনা কপথৎলক্লে। খুৎলৈ থুনা মানা হোগৎখ্রগা অঙাংহু পমখৎতুনা :

"তসঃ তূম্বা ফৌরবনিনা সেঃ হৌজিক্তি ফররৌনি.... ...??"

ঐনা ফৈজুপ অহু ইশাদা চিংখৎলগা মমায় পাংনা য়েংহুনা :

"কপ্লিবহুতা তোকহনখো, অহুগা ইনাক্তা থম্মগা চংচংগ্রা।"

অঙাং অহু বপ্পা হেক তোকখিবগা অমুক্তা তুমথগ্রে। ইনাক্তা থমলম্লে।

"নপা-নচা খৎনরমগহুকো। ঐ চৎচখ্রগে।।"

অঙাং অহুদা ইথবায় তানা য়েংলগা নোক্লা নোক্ল :

"ইচাসিবু থম্বারম্লবদি চৎচখ্রো।
কপচেৎপী নঙতা খীৎ চৎপদা চৎপীখ্রো।।"

মমাদি মপান্দা অয়ুক্কী মথৌ তৌরুনবগীদমক থোকখ্রে। ইনাক্তা করিম্ব খঙদনা হমেং মচাগুম্না অঙাং অহুদি তুম্লি। মুংশিরবা মচীন মচা অহুনা খোম থকপগী মঙদা চবং-চবৎ তৌবকই। অমুকম্ব নোকমি-নোকমি তৌরিবসিগী মরমদা থাজনবা অমা লৈ—

"অঙাংনা য়াম্না মুংঙাইনা তুম্লিদৈদা ফরিস্তাশিংনা শাম্নশি হায়না

হৌরে। মতম অহূদা অঙাংনা নোকপনি" হায়বগী বারী কয়া লৈ। মরম অসিনা ঐখোয়না অঙাংবু ফরিস্তাগা চপ মান্নবা পাপ চেন্দনা লৌরিবনি। ইচাগী শকথম উবদা ঐহাক হৌজিক্তা খঙলি— ঐবু পোকপা বাবানা ঐবু কয়াদা মুংশিজবা— !! হৌজিক ঐনা ইচাদা মুংশিবা ফাওরিবা অসিগা মান্নবা মখোয়নসু ঐবু মুংশিরমগনিকো। অসিনা ওইবা তাই মহাপুরুষশিংনা— 'নপা মশক খঙলত্রা' হায়বা রাহৈহু। ঐ ইপা মশক খঙলে!! পোকচমন মহয় য়াল্লবনি।

অঙাংহু অসুম য়েংনা-য়েংনা চরাংনবা রাখল ময়ামসি থন্না-থন্না, উইরোল-শারোল তৌথরুরমাল্লে। অঙাং অহুনা ঐগী মায়দা, নাতোন্দা মথূৎনা পায়গুম-লাকুম তৌরি। মমানা চঙশীল্লকুনা কাংখল হাইদোক্লগা ফম্মাঙদা লেপ্তুনা :

"অঙাং শেন্নবীরম্মু শিন্নরম্মাসিদি অঙাংনা মপাবু
শেন্নবীরম্লেনে। সুল্টান, কনাগী নাতোন্নো
নথূৎনা পায়রিহুবু? খূজিন্না শীকলুন্নুকো শাউজ্জরক্লনিহে।"

ঐসু মীকপ খঙথোক-থোক্লে। মমা-মচানা তৌরম্লিবহু উবদা ইকাইবনা লোইরে।

"হাঃ নিংথেম— ? ইচাদি হৌরম্লবোইরে। অয়ো-য়ো :
নাতোন্দা খূজিন্না শীক্লনেহে। ইস কয়া নারবা!
মমানি হায়দনা তৌরিবসিনা অঙাং খূজিনসিতসু ককথত্তে।"

ঐঙোন্দা য়েংহুনা নোক্লি গু-গু কৌরি। মখোঙ থীন্দুনা শান্নরি। মথূৎনা মায়দা, নাতোন্দা লামহুনা অঙকপা-মুংঙাইবনা থল্লবা লান মচা অমা তৌরি। মমানা ফম্মাঙদা লেপ্তুনা য়েংলম্বদগী বরিগুম্বা নিংশীংলকপগুম্বা অমা য়াওববরা— ঙাইঙমদবগী মওংদা অঙাং অহু ইনাক্তগী তাপ লৌখত্তুনা :

"সেঃ মপান্দা থোক্লসি থেতলে।
অঙাংনা য়াহৌরগা ফমু দা কুইনা লৈবা হৌনদে!"

অসি হায়হুনা অঙা হু পমহুনা মপান্দা তহা-তহা নোংলৈ-মুংশিং-কুম্না হুমহুনা থোকখ্রে।

"ঙাইখো। অঙ ংতু পুশিল্লকখো!"

ঐনা কৌবা ঙাৱমড্রে। হন্না হন্না খোঞ্জেল হৌনা লাউৱম্মী:

"ছ লিমা! অঙাংতু পুৱকখে'সে

নঙবু অঙাংতু পুৱকখোমী— !"

অম্মুম্না অনী অম্মুম্লক কন্না কৌৱম্মী। ইবেম্মনা ঐগী কাদা চঙলক-তুনা ফম্মাঙদা লেপ্লগা:

"দাদা! অঙাং কাওবা ঙসাইনা ইনম্মা কৱেদা-না পুৱে!"

ঐহাক ঙসাইমখৈ উইশিল্লম্মা মীৎ অনীমক খঙপাং পাংথো ক্ল। ইচন-চুপীনা ঐগী ফম্মাঙদা লেপতুনা ঐঙোন্দা লাংতক্লনা য়েংলগা লৈৱম্মতু উরুৱে। 'শ্বাই' লাউনা ইশাপুম্বা হুমাংনা চুপ লুপখ্রে। হকচাংসি চেঙ খৈবগুম থক-থক নীকখ্রে।

ইমীৎ অনীমক্তা শং শংনা উতুনা লৈৱেনে। হৌজিক্তা ঐগী ফমুংদা ইনাক্তা পুন্না হিপমিন্নখিবী সুল্টান মমা মচা অনীমকী শক্কমতু— !! নাকোংসিদা খোম্বাং য়ৈনা তাহৌরি:

"তসঃ তুম্বা হৌৱবনিনা সেঃ হৌজিক্তি কৱৱীনি············ ??"

## ॥ ৮ ॥

The whole night long she sat before her mirror,
  pouring out her breast ?
O who has come ?
O where is he who comes to light her darkened nest ?

বাখল পরীং কায়খিবদগী মখা ইথগে য়াখিদ্রবা নোভেল অহুমদি ঙসিক্কা ওবা অমুক হন্না শোকল্লুবা লৈতনা টেবলদা তাহনা লৈরি। উফুল-বাইফুল, লৈকাংনা ভোলুম অহুগী মশা পুম্বা পুমকৃপ কৃপশীনপ্রবগুম্ব। মাহুম ওইনমক ঙসিদি অনীংবা অমগা লোযনন হান্না ইখিবা শরুকশিং অহু লমায় অমমমতা হাই-দোক-হাইদোক্লুনা ইংনা পাথবা হৌরকই। মখা ইথবা য়াদনা লেপথোকখিবা মক্কম অহু য়োনা অনী-অঙুম্লক হন্না হন্না পাথহুনা বাখল পরীং শমজিন্নবা হোংনরম্মা। তৌইগুম্বস্নং লাইথায় অমা তাবদি ইঙম-ঙমদ্রে। ইথনীংঙিবা মতাং অহু বাখলনা পাক হেক-হুনা কলম মচীন অসিনা করম্না ইথোক্লসিগে………… ?

অতৈ অতোপ্পা পন্দুপ অমতদা লেপথোকখিবা নত্তে। হৌজিক-হৌজিকমক ফোং-ফোং শানা চথরিবা, মহাক-ঐহাক্কী রাহং থুদমগী চক্র মনুংদা লৈরিবা কঞ্চাওনবা পুন্সিগী তাঙ্কক অসিমক্তদনি।

ঐনা লনাইতা লনাইগী ওইবা ইরলগুম্না থম্মোইদা চেৎনা কোনশিন্দূনা থম্লবা ছালিমাগী নিংশীং শক্তম; ছালিমাগী অথূপ্পা রা অদুবু ঐনা করম তৌনা মীঙোন্দা লৌগদৌরিবনো? ঐগী থম্মোয়গা ঙমখৈ মনূংদা ফাওরিবা পুন্সিগী অরা-নুংঙাইগী তরক-তরকপা শরুক অসিবু করম্না অতোপ্পদা থাইগদৌরিবনো... ...??
হৌজিক ফাওবদম্মু ঐগী ইফমদা চাউরবা রাহং খুদমদৌনা মহাক্না চক্রে মনূংসিদা লেঙদনা অম্মুম্মক লৈরি।

ঐনা হন্দক ইননবা পাযখৎলুরিবা অসিমক্তি তশেংনা ওন্ন-তৈন-রবনি হায়বফাও য়াই। নীংজিং-মাঙজিংনবা রাখল মচা অমনা রাকায় ওইদুনা তহা তহাবা খোংফম অমা ময়োক্লদুনা মসিগী ল-লা-লংজল চিংথোকলুবনি। হৌজিক লংলা-লংজিল পূনশিন্নখ্রে। লংজিল থীবা খঙজিল্লক্রে। ঈরোং ঈথায়নখ্রবা লেপ্তুনা চেন্নরিবা পুন্সি অনীগী তোপ-তোপ্পা ঈচেলবু করম্না ইথম্তনা অশেংব মশক অদু খঙ-উদুনা য়েকলুবা ঙমগনি? মসিদি মা-ঐগী পুন্সিগী অশেংবা থৌদোকশিংগী মমিনি। তুংগী পুন্সিদা করি ওইরকপা য়াবিবা, মহাক্না করিবু ওইখিবা ঐ কার অমতম্মু খঙলুবা লৈত্রি।

অচুম্বমকম্মু লমচৎকী পোলোই য়োরক্লি। অদু ওইববদি অতৈ করি ইগনি? পোলোই খঙদ্রবা, অরোইবা লৈতবা, অহৌবম্মু নাইদবা অসিগুম্বা [রাখলনা] অঙকপা শাজৎকী মরমদ রাখল তৌবা য়াই, বপ্পা য়াই, নোকপা য়াই; নুংঙাইবা মী রাবা য়াই, ইশাগী পুন্সিবু দুামন ওইহনবা য়াই। অদুবু, সাহিত্য ওইহনবদি তরাই-তরাইবা নত্তে। ঐগী লমচৎকী পোলোই ইশামক্রুফাও খঙ-জদে। মহাক্নামু মশামক্না খঙলিদ্রা—? নীংবনা অম; তম্বনা অমা ওইহাল্লংা মপুগী তাইবঙ ফম্পাবথকাসিদা—!!

হৌবদি হোরবে। পাম্ব যংদ্রে খন্না করম্না নীংহম্নগনি? থোকঅবা অমা লাকপম্ম কানা খঙবা! অদুবু, মতুংদা মশামকপু খঙহম্না, করম্ন— মসিগুম্না লোম্না, তুমিন্না লোইনদুনা মাগী লম-চৎকী শক্তম্মু ইখূৎসিনা ইরম্নসিগে? মহৌশাইঙগুম্না ওইরবদি

অতুক হাক্না পংলুস্নু-লুরগ্লোইদবনি। ঙসিদি মতমতু হৌগ্রে। অনৌবা পুন্সি ঈচেল অমদা মহাক-ঐহাক নীঙ্খায়রবা তোবর্বাল ব্লাংম ব্লাংমাসিদা হিংলি হায়বগী নামাদা হিংলিবনি। মমল হস্নুরবা পুন্সিগী মায়খোঙদা অমুবা তেঙ্গাল্লাগী মপেনা শীন-থুংনা তৈশীনখ্রে। অমকপা মচেৎ অমতা পক্লমদবা মাগী পুন্সিবুস্নু করম্না খুৎশেমগী তমথীরবা তেঙ্গালাগী মপে অমনা কুপশীনবীখিবা·· ............ ??

চহী ফারক্লদোরে। ঐনা তত্তুনা চঙবা প্রেস অমদা কনাগুম্বী কম্পোজিটর অমা থেংনরিবা॥ মশক-মতৌ ব্লাত্তে। মশা পাতক-চেংতকই। মাগা-ঐগা হেক মায়োক্লবা খুদিং ঐগী ঈচেল কংলুরবা থাঙ্খায়গী শিংলৌদা, অনৌবা ঈ-গী ঈচেল অমনা হঙ্গৎ-হন্দা চেনব-গুম নীংঙি। ঐগী পুক্লিংসে মওল মওল লৈতাফম খংজদে। মাগা লেংথৈনবা, লমজাইনবা খুদিংদা ইশা.স থক্লৎপগুম হাপোই হা-পোই—! মহাক্লি ব্লা-লান থোইনা ভাং-শক্তে নৌরিবনরা? ভাংবা তারগম্নু অতুক মচি-মচিদা কোত্তুনা ভাংলকই। মসিদনি ঐগী থাঙ্খায়বু শীঙ্কুপ শানা শুগায়বীরিবা— !!

য়ুমদা লৈরে লৈতাবা ফংদ্রে। অফিস্তা লৈরবস্নু অতোপ-অতোপ্পা নুপী উক্লরগা মাবুতা হেন্না-হেম্না নিশীংলকই। কলম পায়খৎলবস্নু কলম মচান ইচৎ-চত্রে। প্রেসতা তত্তনা চৎনীংলকই। চৎননবা দরকারস্নু মতম-মতমগী ওইনা অতুম লাকই। মরম অসিনা চঙলিবগী চঙলিবা কনানস্নু ঐভোন্দা হংন-থিনবগী মরম লৈহন্দে। অতুবু, ঐগী থম্মোয়দদি মফম কয়াদগী মথল-মথেলগী ব্র হংনা পীক-থন্না মুংশিংকুন্না কূংন শীংচান্নকই। ব্লাহংশিং অতুগী পাউথুমদি অমতস্নু ঙসিফাওবা পীবা ঙমদ্রি। ব্লাহংশিং অতুনা নৈশীন নৈশীন ঐগী থম্মোয় অসিবু নোংম-নোংমগী শেৎ-ফাক্তুনা চাবা হৌরক্লে।

মমিং খঙলে— "সুবাহ" কৌই। মিঙুথোং মনাক্তগীনি। মপব্বা অমস্নু প্রেস অসিদা থবক য়াওরিবা ফনা কুইরে। মানা হেক য়াওরকপদগী ঐগা অতুম খঙনরবনি। ঐবুদি মম ন্নবা অমগী ভাবতা

খনবা উদে। মথক্কী অহল, ওঝা-গুরুশিং ঐঙোন্দসু কি-হঙ্গোইনা ব্যবহার কায়দে। ঐনা মরক-মরক্তা ফাগি-যুগাই হেক হেক তৌবদদি ম'সু নোকপদা খক চৌথদে। নুংঙাইতবা পাউ অমনা— সুবাহগী মচা অপীকপা অমা লৈ। হক্তিল্লবপী'নি! ঐ, খম্মোয় শোকখি। মাগী মরাইবক থীবতুগী ঐগী থম্মোয় শোকপনি। শেরান্নবা খনগ্রবদি ঐবু হাৎপগী দে'ষ অদোম্না শোয়দনা পুজনিকো। মচিন-মপন্বা হেক-হেক লাকমিন্নে। হনমিন্নখি। মচীন-মপন্বা অনীগী তৎন-থানবা য়াদ্রবা প্রেমগী ঈচেল অতু উবদা ঐগী মীৎলুদগী খঙহৌদনা পীরাং ঈহৌরকখি। মরমদি ঐঙোন্দা হংবা-রকপা তারবসু পাউথুমগীদমক লাংতক্লবীগনু। রাক্তম অমনা: সুবাহনা ঐবু মখাগী মপন্বা অমগুম্না নত্রগা, মনাউগুম্না খনবগুম উই। 'মহাক্না অয়ুক্কি ঐনা নুংথীলনি' অসিরা?' সি নত্তবা করম্বা মরম লৈবনো খঙদ্রে।

মহাক-ঐথাক চহীদি লেঙ্গা ওইরমগনি নীংঙি; ওইরমদ্র-ফাওবদা— মানা নৌনপ লৈরমগনি। মুপী হায়বসিদি মচা অমবু হেক চেনগ্রবদি হন্নবীগী চহী তানহৎপদা ইরা রাদ্রবনি। অতুগা মুপাদি চহী হুমফু ফাওবা পাথং ওই হায়নরিবনি। ম'সি মহাক তশেংনা কাউথোকলুরব্রা? নত্রগা মচা অমা লৈবতুদা ঐবু নৌরি-বোই নীংলুরব্রা? অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু— মহাক ঐগী মিং অসি ফান্দুনা হেক-হেক বৌই। মসিমক্তি ঐ পামদে।

"করিগীনো, নঙনা ঐগী মিং ফান্দুনা হেক-হেক বৌরি-ববো............?" মহেশ গুপ্ত ওইরবদি অমুম্না হংলমগদবনে। অতুবু, ঙসিদি কৈদৌনুংদসু:

"ইবেমচাখোয়, রুবীখোয়নসু বৌরিবসিদি... ....।"

"মখোয়না কৌজরবসু নঙদি ঐগী মিং ফান্দুনা বৌবা য়াদে!"

"করিগী য়াদ্রিবনো—?"

"য়াদে, মরম লৈ। খঙলকখিনি!!"

অমুম্না অরাই-অথুম তৌনবদি কৈদৌনুংদসু য়াররোই। মরম

পুম্নমক লোইনা থিংগ্রবনি। সুবাহগী মফমদগী অসিগুম্বা মনুং হুঞ্জিনবা অৱাই-অথুম য়াগনি নীংদ্রে। ছালিমাগুম্না কোন্না মরম খঙলকননবা হান্ননা লম্বী অমা য়াত্তুনা থম্বগী কাম্নবস্ু লৈত্রে।

সুবাহদগী ঐগী কান্নগদবা—মাগী লীচং, শাজং, থবক-থৌশুগী নমুনা য়েংলগা ঐঙোন্দগী লাপথোকখ্রবী ঐগা ছালিমাগী হৌজিক হৌজিকমক চথরিবা ঐনা উরুদ্রবা পুন্সি মরেল অদুগী চাউরাকপা শক্তম অদু ৱাখলনা সাগৎলবদি—? ঐঙোন্দগী তাম্না লৈখ্রবী, ঐগী য়ুম্বুরেলবী অদুগী মপুন্সিগী মমি অমা নাকোইননা সাগৎপদা সুবাহদগী চাউরবা মতেং অমা ফংবস্ু য়াই!

সুবাহনা ইমাঙদা উংলি হিংননবগী লানফমদা নাইতোম তাহৌরবী মমা-মচাগী জীবিকাগীদমক অমদি শূবা-নোম্বা ঙমদ্রিবা ঙমদ্রবা অতৈ মীওইশিংগা নোংমগী চারা হুনবদা মহাকস্ু অচৌবা পোৎলুম অমা কোকথোং পুরি। ইমুং-মনুংগী ফিভম্না ফরবদবু নুপীমচা মানবু ইকাই-ইকি হুন্দোক্তুনা নোংজু-নুংশা মায়োকনতুনা করিগী প্রেসতা কম্পোজিটর ওইরুগনি? নোংমগী খুংগুমন খরগীদমক মাগুম্বী অমনা থাদক্কী মচা অপীশকপু হুন্দোক্লমতুনা হুমাং তানা নোম্লিবসি উবদা ঐগী থম্মোয় পুবা য়াথিদ্রে। ইপূকনিংদা মওল-মওল খন্নমখৈ থল্লগা:

"ঐগী ছালিমাস্ু পীব্লিবা মচা অমম্ুং মনাউ ময়ামগী
চারা পুনবগীদমক সুবাহগুম্না—কুম্বী-কালেন খাক্তনা,
নোংজু-নুংশা মায়োকনতুনা, ইমুংদগী মপান থোকনা
হুমাং তানা শু-নোম্লিগদ্রা.................?........ .....
........................তোবা-তোবা ·............! অশুন্নমক্তি
চৎলমদবা ওইসনু। পরন্নরদিগার মপূ মহাক্কী
মফমদা ঐগী ছালিমাগী অৱা-অনং চাবা-শেৎপা
খুদিংমক ৱাৎহনবীদনবা তুৱা তৌজরি॥

মহাক্কী থৌজান্দগী রাদনবা পাম্বে খরদি লৈগনি থাজে।" মহাকনা হায়া ওঝা ওইরম্বা মখোয়গী লৈকাইগী এল: পী: স্কুল অদুগী ওঝা অমুক হন্না ওইরে হায়না পাউ অমদি তাখি।

অহাংবা মতমদ তিশা-লোনশা তৌদুনা, চীন ময়ামদুগী পূক মেন্নবা হোৎনবদা ঙাইহাক্তা য়ৌনা পোখাজবা ফংলম্লোই। মচা অপীকপগা চেল্লে, কয়াদা রারিগবা—? তনে রিবী মপুন্সি অদু নৌনা মরু-ময়াঙ কেম্লবীনি হল্লুবদা মীকুপ অমতা য়ৌনা পোখাবা ঙমশিল্লক্তরে। ঐখোয় সুপা অকনবা অমনা মী ৫।৬ থাকননবা হোৎনবা হায়বসি হৌজিক্কী মতমদদি তরাই-তগোকপা থবক নত্তে। অদুবু, করিস্নু লৈত্রবী নুপীমচা পাঙ্গল শোল্লবী মহাকনা মীয়াম অদুবু ঐনা কোনগনি হায়দুনা মশাগী নুংঙাই-য়াইফগী লম্বী থা-দোক্লম্লিবসিগীদমক ঙসিগ সমাজনা মহাকপু করম্বা থাক্তা থম্বীফম থোকই। জাতিগী থাক্তা করম্বা মখলগী সম্মান উৎতুনা মাবু ইকাই খুম্নগদগে!

মনাউ নুপী য়াইমবীদু কুমশীদি মেত্রিক থাগদবা ওইরিনি! মপরা অহল অদুনা কয়ামুক চাউররিনি? মচেহলগী মতেং পাংন-নবা শেলথোক লম্বী য়েংদুনা শেল খর-খরা তানবা ঙম্লরিগদ্রা? হু, ছালিমানা মপরাবু শেল তানবা চৎহল্লমগনিবু নীংদে। মনাউ-মপরাশিংগী খনবতদা নৌরিবা মপুন্সিদু করিস্নু থৌশাদনা থন্দুনা কেম্লবীনি! লৈনাগুম্না থোৎলবী, মহৌশানা হুজা ওইবীশিংগী তনৌ-রবী কায়াৎ পুন্সি বসন্তগী মতমদা লৈহী নিংথীনা চূপহোবা নংদনা, মনুং-মতম চাদনা লৈখোক্তা লৈমন চল্লবীনি !!

"সুবাহ, নহাকপু লৌদুনা নঙগী পুন্সিগী
করিগুম্বা মশক খরা ঐগী লাইরিক্তা ইগে-কো!"

থুক্কংপা, হঙ্গোইবা অমা ইপূকনিংদা চেন্নবগা লোইননা হংখি। প্রফ শেংলবদগী ঙকনা চিংনরপ তৌনা মমায় ওনখংলকই। মতৌ-ছুদা ঐস্থ পীং লাউখি, মানা হায়রকই:

"করিনো নঙনা হায়রিছুবু............ ........?"

"নহাক করি অমতা চিংনগনু। নঙগী করিস্থ অকাযবা ওইরোই।
নঙগী অয়ুক গুমিদাংগী পুন্সি মবেল অসি উরুবদা—
ঐগীস্থ কনাগুম্বী (তালোই) অমথক অরাপ্পা লৈখি।
ঐনা ইগদৌবিবসি মাগী মরমদনি।
মাগী লমচৎ শাগংপদা ঐ খরা ব্রানা থোক্লে।
অছুনা নঙগী চরিত্র খরা পুগে হায়বদনি.........!"

প্রফ শেলঙ্ছ করম্বা ব্রাখল অমা লাক্লবনো? মাগীস্থ করম্বা কাউঙমদবা নিংশীং বারীবু লৈখিবনো? মখূং য়েৎন পায়ম্বা ছিলগী চিমতংছু মখুংকা কোন্ননা, মেট্রর অছুগী মথক্তা 'পদ্রাক' লাউনা খঙথম থম্লগা স্থন তরংদা য়েংছুনা লৈগে।

মমীৎ অনীমক পীরোইনরকখি। ঐস্থ ব্রা মখা তারুদ্রে। মাগীস্থ হৌখিবা পুন্সিগী—কাউঙমদবা, থম্মোয়দা চৈনা-চৈথেং চৈরাকনহনবা ব্রারী কয়া অমা লৈ হায়বসি মতৌছুদা খঙবা ঙমলে। মছুগী লাইজোছুনা নারিবা থাঙফম অছুনা মশাগী পুন্সি পামেলদা কোকঙমদনা হকচিন্দুনা লৈখিবনা স্থবাহনা ঙসি ইমাঙদা মথৌ হুন্দোক্লগা স্থন-তরংদা মীৎফম হোংদমখৈ য়েংলিবা নত্রা?

## ॥৯॥

***Beauty is the first present Nature gives to women, and the first it takes away.***

— MERE

নিংশীংবনা থম্মোয়বু ঙৎলবা য়েলহৌঙৈগী চৎনলোম্নি। পুন্সিগী থেঙ্খাং কয়াগী অরোল-অথূপ্পা থৌদোক খুদিংমক থম্মোয়গী নেগেটিভতা অমত্তা চিথদনা মমি তাহৌবা অতুমকনা ঙসি অম্মুক কুইরবগী তূংসিদা নিংশীং নিংশীংলকপদা সিনেম গুন্না রাখলগী ফিজংদা ছৎ-ছৎ চোংথোরক্লিবনি. অহৈঙৈগী শক্তমশিংতু। পুন্সিগী থৌদোক খুদিংমক, অচৌবা মচা মাইদনা মরী লৈনবা মতাং চানবা অনৌবা থৌদোকশিং মবী লৈনখিবা মশক নৌহৌননা উমরুবা, থেংনরুবা মতমদা অমুক নৌহৌননা য়েলহৌঙৈগীতু নিংশীংলকপা হায়বসি শিন্থা ওইনা খায়না মৈশা লাংলবশিংগী মফমদা থাবীরম্লমাল্লে!

কনাগুম্বা মীওই খরনা মশাগী হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোকশিংতু হম্না নিংশীংবা পাম্লৈ। অতুনা ডাইরীদা য়াম্না চেকশিন্না ইশিম্লৈ। অমুক কনাগুম্বা খরনা পুন্সিগী থৌদোক খুদিংমক লোইনা কাউথোকখিবা অমদি নিংশীং দাগফমগী থাঙফম থমদনবা হোৎনৈ। মসি মী মীতুগী পুন্সি মরেলতুগী ফিভমগী মখা পোল্লি। ধর্ম্ম খুদিংমকী

শাস্ত্রশিংনা অমদি মীথোই-মীহেল্লবা পণ্ডিতশিংনা তম্বীরি—'মীওই পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই, অকা-অকূম থোদোক খুদিংমক মাগী-মাগী পুন্সি চক্রগী ফল মতুং ইন্ননি। অৱাবা চক্রগী ম-পা লন্থোকখ্রগা, নুংঙাইবা চক্রগী ম-পা অমূক য়োরকই। অম্মুন্না নুংঙাইবা চক্রগী ম-পা হেন্দোকখ্রগা অৱাবা চক্রগা ঈরোইননা অৱা-পুন্সি নুংলেন্নবা নোংঙ্খায়রকই।

অয়ুক্কী শীঙ্গারৈগুম নিংথীরিবীমক ওইজরবসু সুবাহগী লমচৎ, মীৎয়েং কাইদাসিদা মায়থকপা কনানবু মচা লৈবা লৈতবা থিদনা থম্মোয়গী পোথাফম থিরগনি! ঙাইহাক অমুক ইচ'-চমথোকই। ঙাইহাক অমুক য়াম্না শাউনিংগনবী ভৈরবীগী শক্তম উৎলি। খঙদে মসিগী করি মরম লৈবনো? অতুম ওইনমক অখঙবা কনাগুম্বা ইন্দ্রিগী অপাম ঈথোগী শাদানবশিংগী য়ারো শজি ওইখিগদ্রা হায়বসিমদি ঐগী থম্মোয়না ততনা মীপাইজে। মশানবুদি খঞ্জরম্বা য়াইঃ

"ঐগী পুন্সি, মমল য়াওদ্রবানি।
ফিজেৎনা শাবা লাইথিগা করিবু খেৎনরি।
ইচা অসিতং চাউবা ঙাইরগা ইচাগী মপা চাবা—
ঙাইবা তাবনি।"

ৱাখল অসিনা মাগী নহা ওইরিবৈগী কাউঙমদ্রবা, ইন্দ্রিগী অকনবা ময়াই অতুবুসু হেক হেক নমহৎচরিগদ্রা? পুন্নমক সমাজগী মখা পোল্লি। মাগী অনীংবদা নাক-য়েত্তা লৈরিবা সমাজনা মতেং পাং-বীদ্রবদি য়োনীংবা পান্দম য়োঙমদনা অরেম্বদা ঈরাকনৈ। ঐখোয়না ঙসি সমাজসিদা ইমীৎনা কয়া উরে, ইনানা কয়া'মা তাখ্রে—'হঞ্জিল্লকপী অমদি নহা ওইরিবী লুখ্রাবীশিংগী ঈজ্জৎ অমসুং ফিভম ......................!' সমাজদা নুপীগী ফিভম ফগৎহন্নবা হোৎনবা তারবদি ঐগোয় নিপাশিংগী ফিভম হান্না ফগৎহনখিবা তাবনি। নিপা নুপী পুন্না মতম অমতদা থোং মান্নন। ফগৎহন্নবা শীনবা হায়বসি

তঙাই ফদ্রবনি। অহাল-অ:কাল নাইনা শীনবদা, কোলহৌরিবা কাংলুপ অহুদগী অমুক হন্না কায়হন্ননবা মরম হেক-হেক থোরকই। হৌজিক ঐখোয়গী সমাজদা মুপা-মুপী অনিগী মক্তা অথুবা মীৎ-য়েংনা য়েংনবগী হৈনবীগী থাক য়ান্না রাংনা লৈরি। মসিগী থাক অসিনা নেমথরক্লবা মতমদা ঐখোয়স্তু চাউখৎপগী থাক্তা লায়না কাবা ঙম্নরগনি। হৌজিক্কী থাকসিনা তাকপদি ফিভম লুরি।

থৌনা ফরবা নিপা অমনা পাক হেক্তিল্লুবা য়াদবা, অখাঙ-কনবী হক্তিল্লকপী, লুখ্রাবী কয়া-কয়া মুপাগা অনম কনবা, ওইদ-রাহৈ, তাৎকী মাঙদা খাঙবা মদনা থা অমদা থেম্মা য়ারমদবতু থা অনী হেক শুবদা শান্নপোৎ ওইখিবা কয়ানি। হায়নবা লৈ; 'মুপী হায়বসিদি নোংমদা অহুম্লক পঙথৈ।' তত্তনা থেম্লবনিনা পঙথহুনা লৈরম্বা মতাংগা তান চানরুহুনা নুংগুম্না কল্লম্বা থম্মোয়দু লৈগুম্না নৌথরকই। তুংগী পুন্সিদনা········ ··· ··· !!, অহুদগী:

"নোংদম্বা, নঙনা ঐগী লাইবক্তা 'সিগুম্বা মথোং হুক্ত্রবা অরাবা পুন্সি অসি তম্বীরম্বনিকো···············"অসিতনি।

"তুরেলগী ঈচেলনা অরাংবা মায়কৈদগী অংনম্বা মায়কৈ-রোমদা চেনৈ" হায়নবগুম মীওইবগী লনচৎ-শাজৎস্তু তাকনবা অমস্তুং তম্বীবা ইয়াও-য়াওদনা ফত্তবা মায়কৈ, নত্তবা লনচংতা থুনা মায় ওনশিলগল্লি। চুমথোকপদা রারবা মীওইবগী লমচৎনি। মপোকনা, মরিনা তন্নক্রবনি হায়বসিদা থাজনখিবনা চুমথোকপগী রাখলদা পূক-নিং ইচঙ-চঙনখিদবনি। পাক্তিত্তুদগী চুরুট মনম তাবা য়ারক্তবা নিপা অমা পাহং ফারক্লবা মতমদা কায়নথংদা মাগী অনৌবা শঙ্গগী মতুং ইন্দুনা চুরুট থকপা হৌরে। মশাগা চানদবগীনি খঙদে; মতম য়ৌরক্লহুনা ফুদোরক্লবনি খঃদে মশাদা লায়না অমা পক্লে। ডাক্তরগী পাউত্তাক মতু' ইন্না মহাকপুঁ চুরুট থক্তনবা চেকশীন রাহৈ পীরে। নিপাহুনা খল্লি: ঐবু করম্না চুরুট থকপা তোক্লসিগে?

তোকপা ঙমগনি নীংদ্রে।' ঙরাংদগীতা থকপা হৌখিবা চুরুট অত্তবু হৈনবী ওইখে, হায়রবদি:
মহাকনা থক্লিবা চুরুট অত্ত-মানা চুরুট থকপ্রা নত্রগা চুরুটনা মাবু থকলিব্রা.................?'

সমাজগী লায়না অসি নোংম-নোংমগী লায়ওং লুবা অম্মুম হেজিল্লক্লি! নাদ্রিবৈদা নারক্তনবা হান্না শেম-শাগদবস্তু...........! ইশ'তনা নাদনবা হোৎনবা হায়বসিদি অঙাওবা তাহনা সমুদ্র ঈশিং-পগা অম্মা ওইনৈ। সমাজগী ৱা অমুক থমখিসি; সুবাহনা ৱানা শু-নোম্বা উরগা ঐগী থম্মোয়দা ঙমখৈ নাইদনা চোকথৈ। অমুকস্মু মাগী পুন্সিগী থাক অসি উরুরগা তামখ্রবী ইশানৌ মহাকনা করম্না লেল্লিগনি—? করাম চাউবা, নোকনবতা হৈবা মীওইশিংনা মাবু করি ওইনা খল্লিগনি! হৃংতিগী ময়ুমদগী স্কুল ফাওবা, স্কুলদগী ময়ুম ফাওবগী লম্বীদা লম্লানবা কনাগা তত্তনা লৈথনারগনি? অাাম ঈখৌ লাংলবা, কল্লক-মীহৈবা কনা-কনা লেনমত্নুনা নত্ত-লমচৎকী খুদোং চাববু ঙাইরিগদ্রা? ইসঃ ঐ খনফম খঙলক্তরে। কল্লক খম্নল চাউরুবগী ঙাকস্মু নত্তে। মসিদি ইশাগী ঈজ্জৎকীৱানি। ইমাঙদা ইমীৎনা উরিবা সুবাহগা কিভম অসিনক মঙোন্দস্মু থোক-লম্বরা ঐনা খংলুবরা? "লৈরী-শীংজা-কা; মতু মচাগী-কা" হায়নবা অমস্মু লৈবদাইনে......... ......!!

"ঐ ৱা অমা হায়বীগে"

সিনেমা হোলগী অমম্বা মরক অত্তুদা ছালিমানা ঐঙোন্দা লেম্না নাকোং ময়াদা মচীন থম্লগা হায়রকই:

"অসিদা মরাশুবদা ফম্লিবা মী অসি কনানো খঙলব্রা?"
ঐনা অমম্বা মরক অত্তদা চেপথত্তুনা কনানো হায়ত্নুনা খঙননবা মী অত্তুবু য়েংলম্মী। কনানো মীশক লাকশিনবা ঙমদ্রে। মী অত্তুস্মু ঐঙোন্দা চেপথ-চেপথা য়েংবগুম উই। ইপূকনিংদা কনানো খঙনিংবগী

লাংতকনবা ঈহুল অমা কন্না হেক ফাওরক্লে। "উষা সিনেমা" হোলদনি। কাউদ্রি—কাংলেন নুমিৎকী অয়ুক্কী সোনি। "তুলহন রহি জো পীয়া মন ভায়ে" হায়বা সিনেমা অদু য়েংমিন্নবদনি। সেকেণ্ড হাফ-কী মপান্দা থোকউরগা অচাপোৎ খরা নৈরগা চঙ-লকপদা ময়ম্লে। খুদোংনা চাদ্রিবস্সু—ঐখোয় অনীগী হেক মাঙগী সিট অদুমক্তদা মখোয় লৈকাইগী নিপা অমস্সু চঙলক্তুনা ফম-থরবদগী ইবানিমক নুমিৎ অদু ফনমক নকশিন্ননা লেংগ-লেংগা পকশিন্ননা ফম্মিন্নরবস্সু রাগ [ডিলীং] অমতা লৈখিদ্রবনি। হাফ চঙলকপদনা ঃ

"………………মরীশুবদা ফমলিবা মী অসি কনানো, খঙলব্রা" হায়রকপদগী অমুক হে।। পূমতন তস্থখ্রে। ঙসিগী সিনেমা খুৎয়েং মতাসিদি মতম মাঙননবা, রাথোক ওইননবা হায়বা অদু তাখ্রে খল্লকই।

"কনানোমী, অসিবো—?"

ঐনা চিংনবা অমগা লোযননা ছলিমাগী মনাকোং ময়াদা তুমিন্না হংঙি। মহাকস্সু সিনেমাগা চথরিবা রারী পরীং অদুদা পুকনিং চঙবা য়াদ্রমাল্লেঃ

"মমাঙভৈ'তুনি …… ·!"

ঐনা ভাব তাবা ঙমদ্রতুনা খঙাম্ননা হংঙিঃ

"কনা মমাঙভৈগীনো, ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে?"

'মমাঙভৈদা ওঝা চাউবনা পুরকখিবা মীদু!"

'ওঃ ওঃ! অদু ওইরে!"

ছালিমাগা ওঝা ওইমিন্নবা ওঝা চাউবনা নিপা অসিবু ছালিমা কোয়হন্নবনি হায়তুনা মখোয়গী স্কুলদা হেক-হেক মাবু উন্নবা শাতুনা লাকখিমাল্লে। মহাক্কীদমক ওঝা চাউবনা খোঙফম অনীরক অহুম্লক শুরে 'মখোয়গী স্কুলগী ওঝামখৈ অমুক্তদি পুন্না সিনেমা য়ে মিন্নসি"

হায়হনা হৌবদা, ছালিমানা চিংনরহুনা সিনেমা য়েংসি য়াখিদ্রে। ওঝা চাউবনা হায়জবদা মাগী মায় ভাকখিদ্রে। সোমদা ঐগদি য়েংমিন্নে হায়বসি খঙনরকপদগী ওঝা চাউবনা ঐবু অঙকপা ফংনা য়েকনবা অমা ওইনা লৌখি।

নোংমা ছালিমগা ইবান্নিমক কদাইদনো চংমিন্নরুবদা ঐগী সাই-কল কেরিয়ারদা মানা ফম্লগা হায়রকখি:

"ওঝা চাউবগা তিন্নবা মমান্নবা অমা হেক-হেক লাকপহু ঐবু কোয়গে লাক্লিবনি—!"

"কোয়হল্লুদনা, মীনা নঙবু কোয়নীংঙি হায়রবদি…… ?"

"হোঃ হুন্দোকপীরম্লবস্থ ফিজি-ফিনা পায়হনদি য়ান্নজরোইয়ে!"

"ঐনা হায়বদি সিনি য়েংঙু! ঐদি ইয়াং কংলে ইশা মীওই চাদ্রে, ইনাক্তা লৈরগা নঙবু পেনবা ঙমগদ্রা……… ?"

চম্লবা ফাগিমক ওইরবস্থ থম্মোয় ফুকনবা খোন্থাং ওইখিবনা মাগীস্থ মমীত্তা পাগী ঈরা শীন্থখিব্রা:

"য়াঙ্গংবা, নশা মীওই চাদ্রবা নহাকসে ঐগী ইফমদদি ইমাং অনীনা হেক উরকপা মীওই পূমনমক্তগা নঙতনা হেল্লিনে. ঐবু করিগীনো থাজবীদ্রিব………!"

ঐগী থম্মোয়গী কায়াৎ পূমনমক খঙহৌদনা শীন-থুংনা নীকহনখি। সাইকল থৌনা-থৌনা ঐগী খুৎ য়েৎনা মাগী য়েথংবা খুজেংহু পায়শিল্লগা হায়খি:

"ছালিমা, নঙসে ঐগী ছালিমামকনিকো ………!"

কাইনথংদা নিপা অসিদি ইবান্নিগী লম্থীদা লোইরং-শীখ্যোং ওইরম্বা তোক্তুনা মশক উখিদবা থা ৬/৭ কী মতূংদনি, হুমিৎ অহুদা সিনেমা হোলদা থেংনখিবহু।

ঐনা লৈরকপা অচাপোৎশিংহু ছালিমাদা পীরম্মী। মহাক নস্থ অতোপ্পা খরা ঐঙোন্দা পীয়কখি। কদাইদগীনো হংবদা,

"নিপা অসিনা পীরকপনি' হায়রে। ঐনা মরে লৈনা হংখি:
'অদুগা চাদ্রিবা— ?'
"চারোই হায়দুনা চাদ্রিবা ......।"
'করিগীনো মীনা পীজনিংদুনা লৈরক্লগা হৌনদেনে।"
"হৌনবা-হৌনদবা ঐ খঙদে। মানা প'রক্লগা হেক্তা চাগদ্রা?"
অসুম্না অরাই-অথুম তৌনরগা ঐনা অমুকসু:
'অদুদি ঐনা লৈরকপদু চারো।"
"অসিসু চাররোই!"
নিংজিং-মাঙজিংনবা অমদি একচান্না ওনশীল্লগা হংলম্মি:
"করিগী চারোইদৌরিনো?"
"নিপা অসিদা ঐ করিমতা চারোই হায়দোকখ্রে।
মসি চারবদি মহাকনা ফত্তুনা থ্রৌবু খনখিবা তারে!"
ঐনা শাউরংননা হায়দোকখি:
'কদাই, ঐঙোন্দা লোইনা পীরকউ। হৈদোকখিগে।"
মহাকনা ঐগী শাউনিংবগী ময়াই অদু নেমথহন্নবগী ওইনরা, ঐগী
নাকোং ময়াদা মচীন থম্লগা তূমিন্না হায়খিবদু:
'সিদা চাবদি ফজদ্রে য়ূমদা চারুরগেবা?"
'নঙ শোয়দনা চাগনিকো - ?"
'শোয়দনা চাগনিয়ে।"
"নিপা অসিনা লৈরকপদুসু— ?'
"উরবরা সিট মখাদা অদু..............!"
করিগুম্বা য়ুমদা চারুদ্রবদি কমদোবা .. ?"
ঐনা থাজদ্রবগী মওং উৎতূনা হংলম্মী। মহাকনা খুম্লকই:
"চাদ্রবদি ইয়া কুন্থরামক কেনথ্রসনু।"
নোকফেৎ তৌদুনা মঙোন্দা য়েংলগা ঐনা হায়খি:
"য়ুমদা নচা চাউবোক ময়াম মরক্তুদা

মহাবলীদা চ'য়োম থোকপগুম চামিন্নরুরো-কো।"

মহাকপু নৌক্তুনা হায়রকখি :

"ইমা-ইচা মথৈ মুন্নহুনা পুল্লপ চামিন্নরুরগে ?"

ইবান্নিমক কনাগী সিনেমা য়েংবকা থল্লগা মায়-মায় ওনশীন্নহুনা তপ্পা নোকখি। ঙাইহাক লৈরগা মান্না ঐগী নাকোংদা তুমিন্না-হায়রকখি :

"য়েংঙোই, নিপা অসি থম্বা'লগী নাকন্দা

হজিল্লক্তুনা ফন্নরেমী !"

হায়গুন্নহনা ঐনা মায় ওন্থোকখিবদা ঐখোয়গী ইনাক্তা থম্বালগা খেক্তা থংননা, য়েংখংবদা ফন্নম্লে! থম্বালগা ব্রান্নী শানরি, হান্নদগী খঙনমাল্লে। অদুবু, করম্বা তাঞ্জাদা থম্বালগী মনাক্তা ফম্নখিবনো হায়বদি ঐখোয় অনীদি খঙহৌদ্রে। ঐঙোন্দা অমম্বুং ছালিমাদা হুরপ-হুরপ য়েংঙি। ঐগী চীন্দগী :

"মীশীংসে ওন্থোকনা উশীত্তরেদা, হৌরি...... ...!!"

ছালিমানা ঐঙোন্দা য়েংলগা নোক্তুনা লকনরকই :

"নহাকপু মাগা লাম্বা পাবা ঙমজগদ্রনে...... ?"

"নঙনবু ঐগীদমক লেপ্পীরবদি

ঐস্তু সিনেমাগী হিরো অমদগী থোইনা তারোইদা !"

অস্তুন্না ঙাইহাক ফাগি-জুগাই তৌনরবগী তুংদা মানা হায়রকখি :

"করম্বা ছরক্তবু চঙলকখিবনো। খঙহৌ-উহৌদ্রেনে !

অসিবু করম্বা মীতানোমী অস্তুক ইকাই-খঙদবসিবু—??"

মতম অস্তুক কুইথ্রবগী তুংসিদা ঙসিস্তু মাগী ব্রাহৈহুমক হন্না নিংশীংলকই, হৌজিক্তা ইমাঙদা হায়নবগুম তারি :

"করম্বা ছরক্তবু চঙলকখিবনো খঙহৌ-উহৌদ্রেনে !

অসিবু করম্বা মীতানোমী, অস্তুক ইকাই-খঙদবসিবু— ??"

হুমিৎ অত্নদা থোকখিবা ইবান্নিগী অরোলবা থৌদোক :

করিস্তু লৈত্তবা ব্রাফম অমদগী ঐনা মাবু চিংনরুবদগী ঐগী চিংনিং

খুদিংমক থদৎনবা মহাকনা ঐগী খুয়াগী উকুলবু মখুৎনা লৌরগা মকোক্তা হাপ্তুনা মাগী অশেংবা ফিগৈ অমা খঙহনখিবদ ই— ! অদুবু, মমল হন্থরবা ঐগী পুন্সি অসিদদি মতুগী মগুণ করিস্থু লৈত্রে। লোইমক ময়াই চমখ্রবনি। শাস্ত্রগী মতুং ইন্নদি মতুগী চাউরবা, ফজরবা অর্থ কয়া লৈরি। ঙসিদি করিবু কান্নখিনি ? তৌইগুম্বসুং হুমিৎ অদুদা মহাকনা হায়খিবা ঝাহৈ পরেং অদু-মদি মা-ঐগী ভূংগী পুন্সিদা চান্নতনা লৈরগদবা—থৌদোক অমসুং ঝাহৈনি।

তম্বা ঙম্বরা কনানা খঙবা ? মমাঙঙৈগী নিপা অদুমক নত্রবস্থু কনাঙম্বা নিপা অমনা মাগী ছাইওন্দুনা [ নিপাদুগী বোল লৌদুনা ] শেম্নহৌত্রবা পুন্সিগী মীকুপ অমদা ঐগী ছালিমাগী থোঙজিন্দা ছৎ-হেক হাইজিল্লক্কুনা লেপ্লবস্থু…………… … !!

॥ ১০ ॥

ফলমা রআ ক্বমীসহু কুদ্দ মিন্ দুবুরিন
কাল অিন্নহু মিন কৈদি কুন্ন অিন্ন কৈদ কুন্ন অজীম্ (২৮)
—কুরআন শরীফ : সুরঃ য়ুসুফ

অথোয়-অহেন তান্নক্রম ওইরিবা মপূগী তাইবঙ লীলা কৈশুমশঙ সিদা শক্কী নাপল কাবা হায়বসিস্সু পুন্সিবু মাঙহন-তাকহন্নবগী থ্বাইদগী নকপা লম্বেল ওইরম্লে। মখল-মথেল শুনা লৈখিব্রা তেংবান-ঈপাকসিদা মপূ মাগী খুৎশেমদগী ওই-খিব্রা-অঙকপা, ঙক্কবা পোৎলম খুদিংমক্তা কূদ্দরতকী মমি তাদবা করম্বা পোৎশকপু লৈরিগবা!! শক ফজবগীদমক নাপল খক তৌফদে, শক থীরে হায়তুনস্সু করিগী পূকনিং হন্থরুগনি? ফজবা, অথীবা পুন্নমক মপূ মাগী মফমদদি চপ মান্নে; নহালমুক্কী মপোক্তা ইশা-ইশাদা পীবীরকখিবা হোংদোক-হোংজিন, শেমদোক-শেমজিন য়াদ্রবা পোৎলমশিং অতুগী মপান তাংতুনা—সুপ্নগী ঙাইহাক্কী ওইবা তাইবঙ-লীলা ফঁম্পাক অসিদা মপুন্সি শিন্থা পাংথোকনবতনি। ফজবা, অহেনবু মাগী ওইবা ফংজরবা লোইননা মতুগীদমক নাপল কাজবা হায়বসিস্সু মীওইবগী গুণ নত্তুনা অরালবনি হায়বা য়ারোই। লৈশেন্থা

হাক্কক্লগী হোৌনা তুংথ-মাঙথা অহুম চথরক্লবনি। মতিক-মগুণ লৈখ্রবা রলি পৈগম্বর কয়াস্থু মীকুপ অমতং রাখল শেরাম্নরুবদগী মপুন্সিদা অরাফম তাখিবা কোঙ্গাইনি।

"ঐগী মায়থোংঙ অমস্থুং শক অসি হুনিয়াদা লৈরিবা
মী ওইশিংনা ঐগুম্না ফজবা কনাবু লৈবিগবা?
মীনাই ওইনা য়োনবা তারবদি, শেল-থুম মন্তিকনরোই,
মমল নাইরোইকো!"

মশাগী ফজবা শক্কীদমক মমাঙদা মিংশেল থম্নগা হজ্রত য়ুশুফ-না অঙাং ওইরিঙৈদা নাপল তৌজখি। মহাক্কী অসিগুম্বা নাপলগী রাহৈশিং অসিদা পররুরদিগার আলম্না শাউখি:

"হেঃ য়ুশুফ! ঐনা নঙোন্দা পীবীবা ফজবা নশক্কীদমক
নহাকনা ঐবুদি নিংশীংদনা অহুম্না নাপল তৌরবদি—
নহাকপুস্থু য়োন্ননবা ঐনা শেম-শারে..........!"

কুন্দরতনা লেপখ্রবদা, তেংবানবসিদা কনানবু অমুক হন্না থুংশেম-লাঙ্গাই থুগায়রুগনি? তুংদা ওইরকখিবা য়ুশুফকী পুন্সিবু করি ওইখিবগে— ?

কাইনথংদা পৈগম্বর অমা ওইরক্কদবগী থুদম কয়া অমদি অঙকপা মতিক-মগুণ কয়াচু খঙলক-উরকপদগী মপা হজরত য়াকুব (অঃ স্বঃ) না মহাকপু মচা নিপা ১২ গী মনূংদা খ্বাইদগী লুনা-চান্না তৌরম্মী। মপাগী অনীশুবা থরায় ওইরম্মী। মমা তিন্নদবা মচিন-মনাউশিং অমদি ময়াম্বশিং (১১) অচুনা য়ুশুফপু য়েংশিনবা অমদি মাঙন-তাকনবা শারৌ শীনবা হৌরক্লে। মপাদা নমথাক তৌহুনা—য়ুশুফপু মখোয় ময়ামগী মরক্তা য়াও শেনবা পুবীগে হায়শিন্নচুনা মপাগী মনাক্কগী পুখ্রগা লুরবা গুহা অমগী মনূংদা ইশ্বরম্লগা মানা লীৎলম্বা ফুরিৎ অহুদা য়াওগী ঈ তৈশীল্লগা মপাদা য়ুশুফ কৈনা চাহুনা শিরে হায়না তমশীন্নবদগী ঙমখৈ লৈতনা রাখি মপাচু! অচুবু,

মপূকনিংদদি চেৎনা থাজখি—'মচা য়ুশুফ কৈনা চারোই, নবীগী খান্দানদি কৈনা চাবা হৌনদে' হায়না কৈনা হায়খিবনি। মচা য়ুশুফ কাযনা মৈচাকনা মৈশা মৈরায়নহুনা কুমজা কয়া মমীৎকী পীরাং পাঁখম্নদনা, মমীৎ উদনা নূংলেনখি।

অসোমদা য়ুশুফনা করম তৌরি—কাফিলাশিংনা লমশাং লাক-পদা ব্বারহুনা ঈশিং লৈবা মফম থিনরকপদা গুহা অদু থেংনহুনা, গুহা মনূংদা পাত্র থাদহুনা ঈশিং শোক্কৎপদা পাত্র মনূংদা, তরা মরীনী পানবা থাজবু ঙমজবা, গুস্কৎলবা শক্তমগা লোইননা য়ুশুফ য়াওরকখি। মফম অদুদা লোম্না লুমহুনা লৈরম্বা য়ূশুফকী ফিভম য়েংলম্বা ময়াম্বশিংনা থোরকতুনা মাবু কাফিলাশিং অহুদা সুপ্নগী চৎনদবা দিরহম খরদা য়োম্থোকখি। কাফিলাশিং অহনা য়ুশুফপু কেনান্ লৈবাক্তগী মিশর [ Egypt ] গী মীনাই য়োনফম কৈথেলদা য়োল্লরবদা—মাগী হুপীনা হায়জবদগী মিশরগী মন্ত্রী অমনা [ অজিষ মিশর ] য়ুশুফকা লুম্বা মাম্নবা স্না-লূপা পীহুনা লৈখিরম্মী।

অজিষ মিশরগী বিবি জুলেখানা য়ুশুফকী ইনখৎলকপা নহা ওইবগী মতৌ অমরোমদা ১৪ নি পানবা থাজদগীম্নু হেম্না নিং-থীরবা শক্তম অদুদা মপূকনিং লাকশিনবা ঙমদনা মিতাখে্র। লম-হেল্লবা মপুকনিংবু ব্বারকচবা ঙমদনা, অপাম-মিহৌবা অমস্নুং হুংশিবা কৌবা পোৎশক অহুনা থুস্কৎখিহুনা, জুলেখানা য়ুশুফতা জিন্নাগী লম্বীদা খোঙদামিন্নসি হায়না কন্না তকশীল্লম্মী। ইনখৎলকপা নহামক ওইজরবম্নু য়ুশুফতি মতিক-মগুণ লৈখ্রবা পৈগম্বর অমা ওইরক্কদবগী থুদম ফ'বা হৌরবা মীওইনি। করম্না মব্বা মপুরোইবা লৈবী ওক্তবী হুপীহুনা হায়রিবহু য়ুশুফনা য়াগনি? মনীং থুংলক্তরবদা জুলেখানা য়ুশুফতা অকন-অরীং শীংনবা হৌরক্লে। য়ুশুফনা জুলেখাগী মনাক্তগী লাপ্না চেম্থোকই। জুলেখানা তাম্নহুনা য়ুশুফকী ফুরিৎ পায়হুনা য়াম্নবদা ফুরিৎ অহু তুংগী শরুক শেগায়খি। থোদোক অসি মীনাই

নুপীশিংগী মচীন্দগী শন্দোকখিদুনা মিশরগী য়ুমথোং খুদিংদা

"অজিষকী নুপী জুলেখানা
মশাগী গুলামগা নুংশিনৈ ………………!"

হায়বা বদনাম অমা শন্দোকখ্রে। পাউনীলখোল অসি জুলেখাগী নাকোংদা হন্না খোন্থাং য়ৈররে। মহাকনা মিশর লৈবাক্কী নুপী খুদিংমকপু কোন্নুংদা লাকনবা বার্তোল তৌখ্রে। মিশরগী নুপী খুদিংমক অমতা চাখদনা জুলেখাগী মমাঙদা লেপ্লরে। মখোয় খুদিংমক্তা থোরবা হৈজ্রাং অমমমগা হৈ অমমমগা পীরম্মী। জুলেখানা নুপী-শিং অদুদা মখূৎ নাম্মনা হৈজ্রাং, মখূৎ নামম্মনা হৈ পায়হন্দুনা খায়ননবা শেম-শাহল্লম্মী। অসোমদা য়ুশুফপুসু বুর্কা অমনা কুপশীন্দুনা পুরক্লগা নুপী ময়ামদুগী মমাঙদা লেপহল্লম্মী। য়ুশুফকী মশাদা কুপ্লম্বা বুর্কাদু হেক লৌথোকপগা হৈ অদু খায়রো হায়দুনা নুপীশিংদুদা জুলেখানা হুকুম তৌরম্মী। নুপীশিংদুগী মচীন্দা খোন্থোক অমতা ওইনা:

"সুবহানল্লাহ! অস্থক ফজবা পাখংদি
ইমীৎসিদা উরক্তরি কৈদৌনুং!
মসিবু ফরিস্তা নত্তনা তাইবঙ-মী ওইরমগদ্রনে?"

মাহেশিং অসি হায়বগা লোইননা মিশরগী নুপীশিংদু য়ুশুফতা য়েংখিবা মীৎফমদু হোংনিংদবদগী মখুত্তা পায়রিবা হৈ অদুদদি খায়-হৌদদুনা, হৈজ্রাংনা মশা-মশাগী মখূত্তা লোইমক খায়খিবা খঙনহৌদ্রে! কোন্নথংদতা চৈনাখোল ফাওরকপদগী য়ুশুফপু মমীৎ কুপ্তনা য়েংলম্বদগী মখূৎ-মখূৎতু হৈজ্রাংনা শোক্লে হায়বা খঙনরকই। নুপী ময়ামদুগী মখূৎশিংদু হৈজ্রাংনা শোক্লে হায়বসি খঙলবদা জুলেখাদু মমোন নুংঙাইবা

অমা ফাওজখি। মিশরগী নুপী খুদিংমকনা থাজনখি -"জুলেখাবু ঐখোয়না বদনাম পীরুবছু তশেংনা লাল্লবনি" অসি খন্দুনা নুপীশিংছু ময়ুম-ময়ুমদা হন্নখি।

অরা-নুংঙাই অমসুং পাউতাক খিবীকনা শুনা তিল্লবা, অরবীয়ান সাহিত্যগী থাক রাংলবা রারী অসি ঙসিদগী চহী লিশীং কয়াগী মমাঙদা মিশর লৈবাক্তা থোকখিবা (অশেংবা) থৌদোক ওইরবসু— পৃথিবীগী দেশ খুদিংমক্তা, জাতি খুদিংমক্তা ঙসি ফাওবা থৌদোক অসিগী মনুংগী ভাবতি চুমহুনা লাক্লি। পূন্নমক্তগী থোইদোক-হেন্দোকপা পোৎশক অমবু ঈশাগী ওইনিংবা হায়বসিদা ঙাওজবদি তাইবঙ মীগী মশীননি। মসিবু খল্লিবা মীহুগী মরালনি হায়রবদি, হায়রিবা মীশক অহু সমাজগী মনুংদগী থাইদগী পঙলবনি। মতিক-মগুণ লৈপ্রবা অজিষ মিশরগী বিবি জুলেখানা মশাগী ইন্দ্রিগী অপাম্বা ঈনোং অহুবু য়ুশুফকী মফমদগী থাদোকপা ঙমহৌদবদগী অম্সুক চাউরবা রাথোক থোকহনখিব্রা নত্রা?

ফজবা, নিংথীবা শুম্মৎপা, নুংশিবা হায়বসিনা ঙল্লিবসু—কনাগী মোন খূনীং অমদা থাঙমিন্নরিবা, মপূরোইবা, মশামক্কী খোয়্লাংবু পীথক্লিবা মপূকথোক্কী মচাবু করিসু লৈতনা হুন্দোক্লম্লগা লম্লানবা অমগী মকাদা কাইদোং হোংঙিবনি! "নুপী হায়বা জীবসি শা-রকপা মতমদা হুই মচেৎ অনমম হাপ্পী" হায়নবা লৈ। সমাজদা অসিগুম্বসি ওইথোক্তবসু নত্তে। অহুবু, মখোয় অহুগী তুংগী পুন্সিদি অরা-পীরাং-পীরাইননা পীখম্মখিবা ঙাক্তনি। ঐ, হায়ফম খঙলক্তরে। ফুম্বংনৈ স্বর ফুল্লি "ঐগী ছালিমা লাইবক চাউবীহু, করিগুম্বা বিদ্ধি কল্লক, নোংওল-নোংদম-নোঙ্খায়নখিহুনা; ইমীৎসিনা অমুক ফাওবা উজদ্রিবা ইচাহুফাও হুন্দোক্লম, শকহেনবা লম্লানবা অমদা পাইমা-

পীবুক-পীওন্না পাউহোংখি ্রব ..... ...... !! তমলুবা ঙম্বরা বিদ্ধিগী ওন্নিং-ওন্নিংবা খুৎশীনবু!" মতু থোক্তবদি ওইসনু। ঐ পাউ অও তারগা খাঙভয়েনাই! অজিষ মিশরগুম্না মাগী বিবিগী ঈজ্জং কন্নন-বগীদমক পৈগম্বর অমবু য়োহ্লিং ফলাং. চন্দুনা কৈয়েডি ওইগন-খিবগুম্না ঐদি দণ্ডি পীরুনবগী শক্তি লৈজদে। বিদ্ধিনা তম্বনি।

অসিমদি লেংদনা থাগোন্নরি—পররদিগার মপূ মহাকনা মমা-মচাবু য়েকনবা. কল্লক মাহৌবশিংগী অখা-মীৎয়েংদগী চেকশীন্না ঙাক-শেনবীবা ওইসনু॥

## ॥ ১১

Though news be sad, yet tell them merrily;
If good, thou sham st the music of sweet news
By playing it to me with so sour a face.

—WILLIAM SHAKESPEAR.

বকর-ঈদ য়োগদবা নুমিৎ ৬/৭ নিরোমদমক ভাইরে। নোংমা ইচল নুপীগা ইতৈমা খৈরুলগা খাইরম্বন্দ কৈথেলদা ফি-রোল লৈবনি হায়দুনা চৎমিংখি। অঙকপনি, পুংফম, ফেনফম চান্নরুবা হায়বসিস্থু॥ ঐনা হুংতিগী বাজারসিদা অস্থুক্কী মতিক হেক চৎলিবসিদি নোংমতফাওবা থেংননীংলিবা মীশক অদুগা মীকুপ অমতা য়োনা থেংনবা ফংলকত্রি।

মতম কুইখ্রবগী তুংসিদা ইথা-থাজদনা ইতৈমাখোয়না থেংনরুই হায়দুনা তম্লে। চহী অনী-অহুমগী মনুংদা নোংমা ফাদোক, নুমিৎ-থা তম্লগা, বাজারদা চত্থোক্তুনা চৎলুবা মখোয়গা থেংরুমাল্লে। মহাকস্থু ইচৎ চৎথোক্তবদোনা অস্থুক কুইবসি লৈরুরবজাৎলা? নুমিৎ অদু মহাকস্থু পীক্লিবা অঙাং অদুগী মফি মরোল অমস্থুং মশাগী লৈদবঃ য়াদবা পোৎ খরা লৈননবগীদমক বাজারদা তঙাইফদনা কারকপদা ফি য়োনফম পঞ্জাবীগী তুকান অচৌবা অমদা থেংনরুবনি হায়। মচল নুপীবু উবা মীকুপ্তা মমীৎ কুপ্তুনা য়েংলম্লগা মপী

শীন্থনা কপ্লকখি। ইবেম্মগী মীৎলুদগীম্মু অফোঙবা পীরাং শীন্থ-রক্তুনা মহৈ-মহৈ মচল-মনীং অনীমক কোনশীন্নহনা কপলুই হায়। মীরোল নিংথীনা তাদ্রিবা, শক-খঙনদ্রিবা অঙাং অহুবু, মচন-মুপীগী মথুক্তা শিন্নহনা পমহনখি। মহৈ মহৈ লৈনগদবা পোৎ-চৈ পুন্নমক লৈবা লোইশীন্নরগা মহাকনা য়াদহনা ময়ুম তান্না চৎমিন্নরগা, মাগী লৈজবা পোৎ চৈ পুথোক্তুনা চামিন্নরগা, পুন্সিগী অন্না-মুঙাই ৱারী কয়ামুক শামিন্নরকমাল্লে। অহুদগী মচন-মুপীদা ঐগীদমকনি হায়হনা, মহাকনা থবক শংবা তাঙ্গাদা হেক-হেক লোনবনি হায়হনা খুৎ মোজা জুরা অমগা, মোম্পাক-ফি অমগা লোইননা হাফ-সুইটর অঙোবা মচুগী অমগা পীরকই :

"ঐহাক হাফ-সুইটর অমতং লোনগে।"

"ঐগী শাবান মতাসিদবু হাফ সুইটর লীৎপা পক্কদ্রনে?"

"নঙোন্দগী হেন্না থীবদসু লীৎলি। কৈসু থীদেসে!"

"ফরে, অহু ওইরবদি লীৎলগে।"

"অহু, মচুদি করম্বা মচু লোনসিগে? হায়রুরগা ঐগীদি শংবান্নবা মচু........! ঐনা পামজদ্রিবগা......?"

"নঙনা পাম্বদি করি মচুনো.....?"

"অঙোবগী—!"

"অঙোবগী হায়বা—! লোল্লো, লীৎলবা হায়হুনি।"

মহাকনা য়ুমসিদগী চৎখিগদবা মুমিৎ নিনী-হুম্নিতা ঙাইরবা মুমিৎ অমদা ইবাম্নিনা য়াম্না থন্নায় তানা শান্নখিবা ৱারী অহুবু কাউবা ঙমদনা, ঙসি অস্মুক কুইখরবগী তুংসিদা মহাকনা পীরকপা হাফ-সুইটর অঙোবসি হেক উবদা খঙনীং নিংশীংলকই। মহাকনা লোল্লগা লীৎখিদ্রবা হাফ সুইটর অসিবু ঙসি পীরক্লিবসিগী মরম করি লৈব-দগীনো? ঐঙোন্দদি মসি উরগা হোৎখিবা থৌদোকশিং অহুবু নিং-শীংলুরগা মীকুপ অমতা য়ৌনা থম্মোয়সে পোত্থাবা ফংদ্রেনে।

আহ, মহাকম্ভু ঐঙোন্দা হাফ স্বইটরসি পীরকপা মীকুপ্পা ইবান্নিগী হৌখিবা ঙারীছুবু খক নিশীংলম্লোইদ্রা … ?

মনম্মগী মতৌছুদা ইথক-থক্কৎলবী ইবেম্মনা, ময়ানিপাদা মথূৎ তিংথোকহল্লগা লূপা ১০ চৎপী নোট অমা পায়হল্লগা—"ঈদ স্থমিৎ ফাওবদি য়ুমদা অঙাংসি পুখিগে" হায়ড়না মনম্মদা থেম্বদা অহানবদা হরাউ-হরাউনা ঃ "পুখো, পুখো নখোয়গী নয়ানি, ঐদি য়োকচবতনি" হায়রম্মী। মমাগী মীৎলু নাপোম অনীমক্তা মতম খুদিংদা পেজেৎনরবী ইচেনগী অতিয়াগুম্না ঃ অরাবা ফিভম অমস্থূং হরাউ-ন্থংঙাইবগী ঙারী কয়া কয়ানা নিল্লবস্থু পাঁরাংনা অতৎ-অথম লৈতনা শীন্থবগী ঙা-ফমস্থু তম্লে।

থেঙজিল্লক্লছুনা, চৎলমদাইদা অঙাং অছু পুখিনবা মফি-মরোল শেৎপী-ইনবীনবা থৌরাংলকপা মতমদদি ছালিমাগী অপীকপা মনাউ হুপী-হুপাশিং অদুগী মমীৎশিং অছুনা তঙক-তঙকনা য়েংছুনা মপী তরং তরং চেল্লগা ঃ

"ইচেহল, কদাইদনো—ঐখোয়গী স্থল্টানবু পুখিদোরিসে !

পুখিস্থ হায়বীয়ুবা অমুক্তা ···· !"

অসি হায়ছুনা মচেহলদা লাংতকননা য়েংলগা অমস্থু- অমস্থু মপী শীন্থ-রকপছু উবদা, চৎলুরিবা মখোয়গী থম্মোয়দস্থ হান্নদগী হেন্না থাঙজমদবা চৈনা-চৈথেং অমনা থম্মোয় শিন থুংনা চৈফাওনরকখি। মচেনা মশাগী মপূক্তগী হেক তাবা মচাগা মান্ননা নীংজরিবা মনাউশিং অছুগী মকোক্তা মথুৎনা নানবীরগা ঃ

"ইচেনা পীখিরোইদা স্থল্টানবু।

ইনাউমখৈগী নাক্তা স্থম লৈগনিদা········ !"

অস্থুম্না অঙাং অছ পুরকপা য়াদনা থম্লম্লে। থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোরক্তুনা মখোয়বু রিক্সো অমদা তোংহল্লকই। ইবেম্মনা রিক্সো কাখৎলমদাইদা ময়া নিপাগী মনাক্তা চঙশিনখিছুনা মরাইবক্তা অমুক্তং চুপ্লম্মী।

কাবক-কাবক মরোল শেংবোই শেংদবোই মুল্টান্না মনেত্তোনবু য়েংলগা লৈয়েং-লৈফাইননা :

"ইনে, চৎলোকো। ঐ হয়েং চাউরগা য়ুমদা লাক্কনিয়ে।"

পীক্লিবা অঙাং অদুগী লৌথুপ-লোকোয় লৈত্রবা ৱাহৈদু তারুবদগী তথক্লবী শজি অমোমগুম ইবেম্মনা মখোঙ থাংবা থোক্তনা রিক্সো মনাক্তা চঙকননা লেপ্তুনা ময়াবু চাকনা য়েংখিবা। ৱাহৈ অদুগী প্রমোট্টরদি ছালিমানা ওইফম থোকপনি। অদুম ওইনমক ৱাহৈদু অর্থ চেন্দবদি নত্তে। করিগীনো খঙদে, 'নিংঙোলশিংনা মবুং মপ্ৱাশিংগী অহানবা উবা মচাবু মথৱায়দগী হেন্না অম্মুক লুনা নীংলিবসিগী মরম—!!' মচন-মনীগী মীৎস্না নোয়োন অনীমক্তা তরংগী লাঈজনা ইঙেনগী নোংখোংখোঙ থল্লবা অতিয়াগু। অরৎপা লৈতনা চুথরকখি। রিক্সো তোংদুনা হল্লকপদা মহৈ-মহৈ মীৎনা উরীমখৈ ওনশীন্নদুনা মীৎফম হোংদনা য়েংনরম্মী।

য়ুম য়োরক্লবদসু মথ্বায় হকচাং অনীমক্তি মমা-মচাগী মনাক্তা লৈংহৌরবদৌনা ইবেম্মদু অনা-লাইওকনরবগুম ফমুংদা চঙদুনা হিপথখিবদগী হৌগৎপা উদ্রে। চাকচাত্তোক্লবা মতুংদা মনম্মনা পীরকপা খূদোন্দু ঐঙোন্দা শীন্নরম্মী। চাক-চাদ্রিঙৈদকা ঐঙোন্দা পীরক্লম্ব তারবদি ঐহাকপু চাক চাবা য়াখিগদ্রা······ ?

পাউ তানীংলদুনা থীন্দনমক ইতৈমা খৈরুলখোয়দা অদুম চৎলে। মী চীক্লবা তাঞ্জাদনি ইতৈমাগা ঐগা ফুংনাক ৱাংম-ৱাংমদা ফম্লগা ইতৈমনা ঙসাই মুংথিলগী থোদোকশিংগ দৃশ্যা অমতা চীথদনা তম্লকখি :

"·········ইবুংঙোখোয়, নহাক্কী জীবসি ঙম্মীহৈ !
নচা অমা লৈরিববু করম হায়না লেল্লিবা হায়দুনা
নোংমফাওবম্মু য়েংলুদবসিবু ? ঐদি নহাক
অঙাংদু য়েংলুরবোই নীংবনি — ?"

ঐনা নোকমি-নোক্মি তৌদুনা লৈ-কোল্লপ্পা খুমখিঃ

"য়েংলুত্রি হায়বা খঙলক্লত্রা ?"

"নশক্কু য়েংনীংদেসে নোক্লক্কনু।"

অসি হায়তুনা ইতৈমানা ঐঙোন্দা শাউরংননা চৈহৎলকই।

"মাবু ঐগী মরমদকা খল্লি হায়ব্রনে··· ?"

ঐগী অচেঙবা তাঞ্জাবু য়েংলম্বরা, ইতৈমনা কদোমদগীনো ৱাকম অমা ছৎ হেক্তা লামশিল্লকইঃ

"করিগী খন্দনি হায়গে—। নঙগীদমক্তনি মানা ঙসিফাওবা,
মতম খুদিংদা ইবাদত্ তৌতুনা লেল্লক্লিবা!
নহাক ইমা-বাবাগী য়াথং ইন্দুনা মখোয়গী মনীং থুংননবা ছারিয়াগা
লুহোংবসি য়াদবা তৌগনু হায়নস্সু তকশীল্লকই!"

ঐগী ইশা অসি খঙহৌদনা পীং লাউখি। হায়নী-হায়রোই খঙলক্তবমখৈ শাউরংননাঃ

'অতু ওইরে, মানা ঐগীদমক্তা খল্লি হায়বা – ?"

"নহাক অমুক্তা তপথখো। ঐ ৱা মখা তাগে।"

"অসি নত্তবা অতোপ্পা অমমুক করিনো হায়গদৌরিসে।
সেঃ ঐ চৎলগে!"

"হায়গদবা ৱা য়াম্না লৈরি। নঙনদি মাবু পঙশাউদ-শাউরি।
অত্তবু, নঙনা খল্লিবা ৱাফম অতুস্সু লান্দে. মাস্সু লান্দে
অহল লমনস্সু লান্দে!
মখোয়গীদি পাংথোকফম থোকপা মথৌ পাংথোক্কে হায়বতনি।
পূন্নমক অসিবু তাইওন্নহল্লিবদি স্নুপ্নগী লাইবকননি!!"

ঐ খাঙফম খঙদনা, থীংবা ঙমদনা মীত্তগী পী তানা কপ্লে। লাই-বক্নী ৱা পল্লকপদা ঐঙোন্দা খজিক্তা ফাওবা পল্লেপফম লৈতনা অরাবগী লৈরোন অমা হাপকৎলি। লাইবক অসিনা ফরম্লবদবু করিগী অস্সুম্না ৱানা থম্মোয় কায়না লেল্লমগদগে? করিগী শিখিবমকস্সু নত্তনা চীংলোন মাপনগী ৱাংমদা লাপ্পা খায়নখিবস্সু নত্তনা মা-ঐ অস্সুম্না ৱাহং

খুদমগী চক্র মনুংশিদা নৈশীন্নহুনা লৈগদৌরিবনো ? কোক্তা পূবা পোৎপু খুৎনা;লাম্বা ফংদবগুম ; সমাজগী মীনোক মৈশা, চৈনা-চৈথেং-ইচরকসিদা 'আদম অমসুং হৱা (*Eve*)না জিদ্দা অমসুং সারনদেপতা খায়দোকননো থমখিবগুম' ইবান্নিসু ঙসিদি কয়াদা নকনরবসু লাপথোকনরবা··· !!

"করি তৌরে ঙসিনা অমুক। ঐনা হল্লকপা খুদিংগী
অসুম্না হেক হেক কপ্লম্লবদা—
হায়য়ু—ঐবু করম্না পেনগদৌরিবনো ?
ছালিমা, ঐবু শাস্তি ফংহল্লরোইদ্রা ?

ঐহাকনা থবক চৎলুবা হঞ্জিল্লকপদনি। পুং ৫ রোম তারম্লগনি। ফমুংদা ফম্লগা মখোঙ অনীমক য়াম্বরগা ফিরুক খুমজিল্লগা মকোকনা মোম্দা থাঙবোই-শৌবোই তৌহুনা কপ্লম্মী। ঐ লাকপগী ছমিন খরদা ওই-রবসু ফংলম্লনি। অতুমক্তদা মহাক হৌগৎলক্কে। ঐনা মনাক্তা চঙশীন্দুনা মমায় অহু ফিরুক হাংদোকলুবদা মপী শীন্থহুনা হিক হিক কপ্লম্মী। ঐহাক খোঙদগী তোনফাওবা তূ চুংখিবা খঙহৌদ্রে :

"নহাক ঙসিদগী ঐগীদমক করিমত্তা ৱারগনু।
শোয়দনা শাস্তি ফংলগদবনি— !"

কপ্ল-কপ্লা মখোল ফাইনা হায়রকখি। ঐনা লাংতকননা :

"করিনো নঙনা হায়রিবহবু ঙসিদগী······ ?"
"হোই, ঙসাইদগী খললম্লিবনি,
ঐ ঙসিদগী য়ুমদা চৎতুনা অঙাংমখৈহুগা
মতম খরা লৈমিন্নরুগে হায়তনা। নহাক হললকপা ঙাইরম্লিবনি।"

ঐহাক খঙহৌদনা কোকচাউবী ফুং লাউনা কাখি। লৱাই লুতোনগী শম-লা চপ য়ুংগ্রে ! মিহুল-থাহুল পূম্বা লোইনমক চেনখৎখ্রবগুম, থরক্কী মিহুল-থাহুলকসি শূকখোলগুম্ন ধং-ধং লাউনা হুনখ্রে।

"হায়য়ু ছালিমা, মখোয়বু কৈদৌবা য়াওরবগে ?"

মহাকনা কপ্ল-কপ্লা মখোল হিক্না-হিক্না ৱারী লীথরকই :

"নুংশিমচামুক চাউবা নুপীমচা অমগা মোচাগা হাইরপ চাউবা মান্নবা নিপামচা অমগা ওসাই নুংথিল ভিক্ষা নিবা লাক্লম্মী। ঐনা চেং হাপ্পা থোকপদা ঐঙোন্দা মুন্না মমীৎ কুপ্তমখৈ শংত্রিক য়েংহুনা লৈখরে। মমীৎশিংহু মপী তরং-তরং চেল্লকই। তাঙাসিদা ইমাগা-বাবাগস্থু লৈরম্মী। ইমানা কৈদোরে ইবেম্মা, হংবদা—ঐঙোন্দা য়েং-লগা নুপীমচাহুনা থুম্লকই—'ঐখোয়গীস্থু ইচে অমা লৈরম্মী ময়ুম পানখরে। ইচেগা ফিভম হাইরপ মান্নবদগী ইচেসিদা য়েংবনি।' অহুদগী বাবানা অমুক - নমা-নপাদি লৈরিব্রা হংবদা—ইমাদি ঐ-খোয়না পীক্লিঙৈদা শিথিরম্লে। বাবাদি হান্নদগী খরা শোন্দুনা লৈরকপনি। হন্দক ইচেহুনা চেন্দুনা ময়ুম পানখিবগা ইকুই-কুইদনা অহুম শিখরে। অসি হায়রকপদা ঐহাক হংশা পুম্বা হুমাংনা পূমচোৎ-চোৎখরে। মীৎ অনীমক করি অমতা উদনা তন্দন পাইখরে। অঙাং অনীহুদি কপ্লম্মী। ঐনা খুৎলৈ থুনা চেং অহু মপান্দা থম্লম্লগা ইমুংদা চঙলহুনা ফমুংদা হিপথরে। ঐহাক বাখল লংলা লংজিল পূনখরে। ইমাতা নত্তনা বাবাস্থু থুপখরবদা অঙাংমখৈহুনা ওইরমগদবা ফিভমহু খল্লুবদা ঐহাক হোৎজিক মৈথক্তা ফম্বগা চপ মান্নরেনে। উপায় লৈতবদগী অঙাংমখৈহুনা কোয়না ভিক্ষা নিবা চৎপগী ফিভমদা তারক্লবদি হায়যু ঐবু করম্না নাকোং মেনশীন্দুনা লৈয়ু হায়বগে? অহুনা ঐ [ মতম থরদং ওইরবস্থু ] চৎতুনা মখোয়গী মত্তেং পাংলুগেনে?"

ঐগী হায়নীংঙাই লম্বীসি ইফং-ফংদ্রগুম্লে। নুপ্পগী ৱাহৈ থরসি নত্তনা:

> "অহুবু, ছালিমা মফমহুদা নঙবু করম্না অমুক হন্দুনা চঙ-লুগদোরিবনো? চঙনবস্থু নংত্রিঙৈনা.......। সমাজ হায়ব'মা লৈরিবনি। মসি ইরায়-লায়না য়াবা ৱাফম নত্তেনে!"

মহাকনা করিমতা নাচুংদনা থুম্লকই:

> "চঙনবা চঙদনবা করিস্থু লৈতে।

হোই, খৌনাইদবা মখোয় খরগী নোকন ব্রাহৈ খর তাবদি শোয়দ্রে।
অন্থবু, মহুনা ঐঙোন্দা করিস্থু থোইদোক্তে।
ঐনা পাংগোক্কে নীংঙিবা ইথৌসিনা লুবা হেল্লি, নীংহন্নবা য়াদে।
ইবুংঙো ঐহাক চৎখরগে! নহাক্কী য়াথং ফংদবনা
ঙসাইমখৈ ইথোঙ থাংদোকপা ঙমদনা লৈরম্লিবনি!"

ঐহাকনা খঙলে। ইথুংনা পায়ত্নুনা থম্লিবা ফিজ্জিগী মণি অসি শোয়দনা পুখিবা তারে:

"হৌজিক হুমিৎ তাশিল্লক্লে। মম্লনি।"

য়াম্না ঙাইঙমদবা, তহা-তহাবা, ঈথৌপাংবা অমগা লোইননা মানা কপ্না তকশীল্লকখি। ইথা-থাজ্রদনা মীকুপ অত্নদগী ঈচেল ঈরম অনীথোকনা ঈরোং-ঈখায়ননবা ঈরম ফাৎলকখি।

"হৌজিক হুমিদাং অসিমক ঐগীদি
য়াম্না ফখরবা মতম হায়বত্ন ওইরে।"

মমীৎ অনীদগী পীরাং শীন্থবদি লেপ্পা লৈতে। ঐগী খনবদরা? ঐস্থু খোঞ্জেলসি ফাইরপ তৌনা অম্নম্না থুমখিমাল্লে:

"ছালিমা! ঐবু করি মতৌনো ঙসি তৌরিবসিবু
কোক'সি ঙাওখরেনে!"

মহাকনা কপ্পা হৌনবা কপ্লগা উপায় অমা লৈত্রবদোনা, কপ্পা খাঙজিল্লগা হায়রকখি:

"...................... ঐ ঙসি চৎলগে
করিগুম্বা ঐগী লাইবক্তা, তম্লম্নবা—হল্লক্কেনে অমুক!
ইশাদা য়াওরিবা নঙগী খান্দানগী
মুৎক্রদ্রবা খোঙ্গুলসিমদি অম্নম্মক পুরগে।
মসিনা নঙগী শক্তম্থু ঐগী পুন্সিগী অরা-হুংঙাই,
শিন্থা-চৈরক্তা, মতম থুদিংদা নিংশীংজবা ঙম্নবা
থুদম অমা ওইরুরগে। অংবু, ননাউগী পুন্সিগী

হয়েং অরোইবা মীকুপ্তা—হুংশিথোইরবা নহাক্কী
নতম্পাক্তা ইকোক অসি থম্লগা, নঙগী মায়থোঙ
পাংনা য়েংজরগা অরোইবা য়াহিপ তাঞ্জগে।
নহাক্কী সেবা থাদোকই খন্না মীরাইবীগনুকো ননাউবু !"

ঐগী খোঙদা মথুৎ অনীনা কোল্লগা, হন্ন-হন্না, হিক-হিক কপ্লকখি। ঐহাক ইচীন অসিদগী রা ঙাংবা য়াহন্দ্রবগুম্লে। ইফাইগন অনী অসিদা চেৎনা কোন্দুনা মমায়না খুকউদা হন্ন-হন্না তক্লুনা কপ্লকখি। রাদি ঙাংবা থোক্তা ঐগী মীৎলু অনীদগী শীন্থরকপা ফোঙ-ফোঙ শাবা পীগী ঈরিক অনীখক মাগী মকোক্তা তপ-তপ তাখিমাল্লে:

"নয়াথং পীনবীরোনে ঐ চৎলগে।"

ঐ রাহে অতৈমা হায়দোকপা ঙমদনা— "ছালিমা!" হায়দুনা লোইশিনখি। খৌনাউ মরৌল, থক-খা অনীমক থ্রক কংখ্রবগুম্লে।

"নিংশীংবগী ৱারী কয়া থম্লে মফমসিদা
মাগী ৱারী, মহাক্কী ৱারী, মফমসিগী ৱারী কয়া কয়া!
চৎলবনি ঐসু—নিংশীং পোৎলুম ময়ামসি থম্মোয়দা পুদুনা
নঙোন্দসু পোৎলুম খরদি থায়দোক্লুনা থম্লে
অদুবু, করম্না লেল্লুগদৌরিবা হায়বদি নোংদম্বা মাতনা খঙদি।"

মীৎলম অনীসি পূম্মম-মমখ্রবগুম পোৎশক অতৈমা উখিদ্রে। নাকোং মখল অনীমক্তা মায়কৈ মরিমক্তগী 'নীং-নীং' লাউবা খোঞ্জেলনা শাজে থাবগুম য়ৈশীল্লকখি। ঐনা খোল ফাইরপ তৌনা:

"ছালিমা! ঙসিগী মতৌসিবু মঙলা-তাইবঙলা?
ঐবু কোক'সি ঙাওখ্রেনে।"

মহাকনা হিক-হিক কপ্লুনা অমুক মখা শমথরকই:

"হুংশিবা! নহাক লেঙদনা পোথারম্লো।
ঐবু অমুক থিরকপা তৌবীরসু। করিগুম্বা
থিরকপদা ঐগা ফংনদ্রবদি নহাক হুংঙাইরোই।

অতুগা অমুকসু নহাকনা থিরক্লি হায়বসি
খঙলবদি ঐসু মুংঙাইরোই !! '

অসুন্না মুমিৎ অত্তমক্তদা মহাক যুম অসি থাদোক্তুনা চৎখিবনি। ইপূকনিংদদি মাগী লম্বীদা মনীং থুংজরুনবা আশীর্বাদ পীথবনি। মসি পূন্নমক্ মহাক-ঐহাক্কী লাইবক্তা তমখিবনা নত্তে হায়রসিরা?

"মান্নি. লাইবক্তা তমখিবননি!"

ফনা কূইনা উংজা পুম্বনা লৈরুরবগী তুংদা ঐগী চীন্দগী অসি হায়ম্বনা তপ্না শোন্দোকখি। ইতৈমানা ৱা মখা চথরকই:

"নহাক অমুক্তসু চত্তুনা অঙাং অত্তবু য়েংলুবা
ফাওবদি হেন্দোকনা য়াইদনা। মরী পূমতৎ-তৎনখিবমক্তি
নৎত্রি হায়বা! হৌজিক ঈদ অমুক য়োৌশিল্লক্লে।
মমা মচাগী মফি-ফিজোল অনৌবা অমমমতংদি
লোন্না ওইরবসু ফোঙনা ওইরবসু লৈবীথিবদি য়াইদনা—?"

ঐগী ইশাদা পক্লম্বা মাবু ৱারোবগী মৈরী পূন্নমক মুথৎনবা ইতৈমানা মখল-মখা উপায় কয়া শিজিন্নম্বনা ইংথবদি হোরে। উতিংবগুম ঐসু ইতৈমাগী মাঙদা, মরাল লৈরবা মীশক অমদোৌনা তুমিন্না লৈরে। ঙাইহাক্তি ঐখোয় অনীমক ৱা-লান অমা ঙাংনদনা, য়াম্না চীক-পকনা লৈনরে। খন্নখৈ খল্লগা অণাংবা স্বর মতেক অমা হোন্দোক্লগা উপায় লৈত্রবদোৌনা ঐনা তপ্না খুমখি:

"অত্তু ... ... ... ... ... ... ... ... !"

"অত্তবু কৈদৌরবা? হায়যুনে কৈদৌরবা—?"

নুংশুক-নুংজানবা ইতৌ উরগা ইতৈমানা হম্ন-হম্না তক্তুনা, ইপূকনিংগী অথূপ্পা ৱাফম কয়া খঙদোকননবা হোৎনরকখি। করম্না হেক কাউগনি—অরোইবা ওইনা মানা চৎখিবা মুমিত্তা চেকশীন্না শিন্নরম্বা, মমল নাইদ্রবা ৱাহেশিংদো; ইথম্মোয়মুংদা ঙসিদি নৈশীন-নৈশীন মৈরী ওইনা চাকখৎলক্লি:

"ঙুংশিবা! নহাক লেৎদনা পোখারল্লো।
ঐবু অমুক থিরকপা তৌবীরম্ন। করিগুম্বা
থিরকপদা ঐগা ফংনদ্রবদি—নহাক ঙুংঙাইরোই।
অদুগা অমুকস্তু নহাকনা ঐবু থিরক্লি হায়বসি
খঙলবদি ঐস্মু ঙুংঙাইরোই!!"

হৌজিক্তা ইমাঙদা লেপ্তুনা হায়রিবগুম নাকোংসিদা 'য়ং-য়ং' লাউনা তারি। অশুক্কী মতিক ময়াই কনখ্রবা, ৱাহৈ পরেংশিং অসিবু করিস্মু অর্থ লৈতবদৌনা ঙসি ইতৈমাগী মফমদা ইয়াং-য়াংনা হেক তম-থোক্লসিগে—? মসি তারগা ইতৈমাগী পূকনিংদা করি ওইনা খনখিগনি। মসিদি মা-ঐগী স্বপ্নগী ইরন্নাই, মরন্নাই ওইবা ৱাফম্নি।

"নহাকপু নচীন পান্দ্রব্রা?"

গাড়ী ষণবু মখোঙ খোঙথাং কন্ননবা শাজৈ থাবগুম, ঐঙোন্দস্মু ইতৈ-মানা মীকুপ অমতা কাংদনা ঐগী অথূপ্পা ৱারোল পুন্নমক হায়দোকপা ঙম্মনবা কন্না তকশীল্লকই। ঐহাক লু-লূকনা ফয়্নগা মীত্তগী পীগী ঈরা শীন্থরকপা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ'মা ফংদ্রবগুল্লে। তশেংনা ঈরাক-নরবা মীশক অমা ওইরে—*ঐহাক*!

"ঐনা চৎলুরগবু মাগা অমুক ফংনখিগদ্রা?"

ঐগী চীন্দগী অস্মুন্না নাশোল ওইনা হায়দোকখিরম্মী। ইতৈমানা ঙকচান্নবা মীৎয়েংনা ঐঙোন্দা য়েংলগা:

"হাইমা, মহাকপু কদাইদা চৎখিত্নুনা
করিগী নঙগা ফংনরোইদৌরিবনো?"

অদুবু পল্লেপফম নাইদ্রবা, ঈচেল কংলুরবা ৱাখল্ল ঈপাক অসি ঙসিদি চাংজো পাথোরক্লবগুম, অমুকস্মু চিংননা ইতোমতা পাউ-হংঙি—"মহাকনা হায়খিবা ৱাহৈশিং অদু করিগুম্বা ঙাকনা চৎকে থল্লম্নবদি, ঐনা চৎলুরগা মাগা অমুক ফংনখিগদ্রা? করিগুম্বা ফংনদ্রবদি ... ... ... ... ... ...?"

"শোয়দনা ফংনগনিনে, নহাক চৎপতা চৎলু—!"
হৌজিক্তমক ভাব তারক্লিবগুম স্বর অমা শাংনা হোল্লগা ৱাখলা তৌই। ইতৈমানা হায়খিবতু হায়ফেৎ তাহৌই।

"চৎপদি ঐস্নু য়াম্না চৎনিংলিবনি।
মাগী শকফম অতুস্নু য়াম্না উনিংতুনা লৈরবনি।
অতুগা অঙাং অতুস্নু অমুক ফাওবা উদ্রি।"

ঐগী, চৎনীংবা ইতৌ অসিদা ইতৈমানা হরাউ-হরাউনা থৌরকই:

"ঐনা হায়রিসিনি, ঈদ য়ৌদ্রিংসিদা তুমিন্না চৎলুচো।
য়েংলকউ, মাগী য়ুস্বাল-কৈবাল-কাতু!
ঐখোয়না থাজরম্বা অতুগী ৱাংমদা
ঐখোয়দগীদি হেন্দোকনতুম মানা থাক ৱাংনা লৈরম্লে।
মহাকনা জন্নৎ ফংদনবু কনাগীদমকনো জন্নৎ শারম্লিবা... ?"

ইতৈমাগী অকোনবগী ৱাতা'সিনা ঐহাকপু হেন্ন-হেন্না ছালিমাগী মশক য়েংনীংহন্নবগী অচৌবা লিচৌং অমা ওইখরে। মহাকপু করম্বা ফিভমদা লেল্লিবগে হায়বসি খঙনীংবতনা ইশা অসি ফুরি ওইনা মত্রং মত্রং পোম্বগুম থোক্লে। পন্থনিংলক্লে।

য়াম্না লুখ্রবা খনফম থোক্তরবা, উপায় লৈত্রবা অমগী শক্তম লৌ, ৱাখল লংলা-লংজিল পূনখরবা লজ্জায় অমগুম; লংজা শেৎ-শেৎ-তুনা খায়দোকননবা ইদোম থম্মোয়নূংদা খঞ্জানৈ:

"অতু, ছালিমা ইবেম্মা থোকখিৗবা থৌদোক পূন্নমক অসিবু নঙ-ঐগী লাইবক্তদা অচান-মীরাই নাইরবা. বিদ্ধি কল্লক নোংওল-নোংদম্বনা নোথোয়বীরম্লব্রা? অস্নুক নকন-নকননা, মীৎনা উবদি ফংনদা, তাম্না লৈররিবসিবু করি মরমগীনোনে? স্নুপ্নগী মতূ-ময়াই কল্লবা, তেনখ্রবা ৱাহৈপরেং খরতুনা মরম ওইতুনা হৌখিবা চহী খরসি নঙ ঐ উন্নবা ফংহন্দনা—অশিবগুম, হিংনা-হিংনা খায়না মৈচাকনা মৈৱায়নতুনা; লাম্মেনা ৱায়রবা উয়ুং পাম্বীনা লোইবী চৌংমায়থক্তা

লমতাগী হুংশিং মায়োকনবগুম খাঙনরিবা নৎত্রা ···? অসিগুম্বা ফিভমদা কয়া কুইনদি লেপ্নখিগদৌরিবনো—? পূন্নমক বিদ্ধি কল্লক খুৎশীন নোংদম-নোঙ্খায় হৈবা মহাক্তনা মখণ্ডি। ঙসি ইমুংসিদা শীৎলিবা ফুব্রাওনবা, খা-গী হুংশিং অসিগী কল্লবা শহুমদা ইশা অসে খোক মতোন্দা থেৎপা ফিরালগুম ওন্থোকনা ব্রানা হাই-হুন্না খাঙলেনে পাম্মুবী ···· ···· !"

"চৎতুনা লাইবক য়েংলুরবা হায়বহুনি!'

ব্রাহৈ থরসি হায়রন্নগা ঐহাক ফুক হোৌগৎতুনা ইতৈমাখোয়দগী অহুম লাক্লে। ইশাসে ইতাও-তাওই। লম্বী লম্মাঙনরমগদবা শন্নাদা লৌৎলি। ভুটনা পুবগুম; উচিন-নাচিন্না ইমান্নবা অমগা লেংথৈ-নরুহুনা মানা কৌরকপদগী ভাব তাহুনা য়ুমদা চুমড্রিং চৎলে।

অহিং চুপ্পহু অস্নুক্কী মতিক তমথীখি। নোংথী-নোংমংবা অহিংদা নারক-মোংশোং মরক শমহুনা, লোইর্বী চীংলোন ব্রাংমা লাল্লকপদগী হেন্না শাথীনা ব্রানা খাঙখি। অতুঙৈ, কায়নবা হুমিৎকী অহিং অতুগা মান্নবা খাঙফম খঙদনা কাঙ্খল থরাক মনুংদা ওন্ন-থোইনা কপ্পুনা লেনখি। খঙদে, মহাকসু ঐগী ঈ পাউ তারুবদগী, য়ান্না ঈখো লাংনা অহিংহুমক্তদা ওন্ন-থোইনা কপ্পুনা লেল্লিগদ্রা? ঐগুন্না নোং-মা ফাদোক মাসু ব্রানা লেল্লমগদ্রা? করি-করিগুম্বা মতমদা ব্রাবা [ ব্রাখল ]না ফেরে ফেরে হায়রবা মতমদা মথাদা খোন্নাং চীন্দম-তল্লিবা মপারী অহুবু মুন্না য়েং; তামহৌরবা ঐগী শক্তমবু ভাবনা শাগৎলগা— মাগী থম্মোয় লায়ুমদা লোন্না-থুপ্পা থল্লিগদ্রা—!! ইনুং চুপ্পা-চুপ্পা মা-ঐগী হৌখরবা মতমগী ঈচেলগা ঈরোইনখরবা থৌদোকশিংবু হন্ন-হন্না নিংশীংহুনা, অনৌবা পুন্সি ইতিহাস অমা ইশিনবদা মতেং ওইনবা হোৎনরিগদ্রা? আহ! মমা-মচাগী পুন্সি মরেলহু করম্না লেল্লিবা হায়বসি খঙন-চান্নবা, মরূপ-মপাংশিংগী মচীন্দগী পাউ ওইনমক তাবা ফংখিদ্রবসু—অরবীয়ান নাইটকী আলাদিননা মিত্রংগী

থাউমৈ লোননবা শুরুংদা চঙবদা পরি হুপীনা মঙোন্দা হুংশি খূদোল তম্লকপা 'মপূকনিংনা উগে হায়না নীংবা পোৎশক অহু হেক্তুমক উবা য়াবা খূদোপ' অতঙুম্বা অমত্তগা লৈজরম্লবদি ঐস্নু কনা অমগী মপান ইতাং-তাংদনা মমা মচাগী পুন্সি মরেলহু খঙলমগদবনি।

অহুবু ঙসিদি অরবীয়ান নাইটকী মতম অহু নৎত্রে। সভ্যতা কয়া মশীং থীঙমদনা মতমগী ঈচেলগা ঈরোইননা থরো থরো ওন্থখে। মিত্রংগী খূদোপকী ছাইওন - টেলিভিজন্না শিলহোরে॥ ২০ শুবা সতাব্দী লোইরমদাই বিজ্ঞানগী চাউখৎপনা খম থেঙলবা যুগ ওইহনন্নু ঐদি পীকলবা চীংলৈবাক অসিদা—মসিগী ঈশিং-হুংশিংকী মপান তাংহনা তৎন থানবা য়াদনা হিংলিবা মীশক অমা ওইরম্বনা টেলিভিজন করিনো হায়বহুফাও মশক খঙদ্রি !!

॥ ১২ ॥

য়া ঐ য়ুহল্ মুজ্জম্মিলু (১) কুমিল্লৈল অিল্লা কলীলন্ (২)
নিসফহু অরিন্কুস্ মিনহু কলীলন্ (৩)
ঐ জিদ্ অলৈহি র রত্তিলিল্ কুরআন্ তর্তীলন্ (৪)।
—কুরআন্ শরীফঃ সুরতুল মুজ্জম্মিলি

উরাং অহিংগী মঙহু ঙসি ফাওবা খল্লুবদা তু চুংবা পোকই। খল্লোই হায়বসু য়াদে। ইসঃ করি থোক্লগবা হায়বসিগী নিংজিং-মাঙজিংনবা, মিপাই-থাপাইবা অমদি ইশাদা হৌজিক ফাওবা অসুম্মক লোইচেংরি। খঙদ্রে, করিনো ঐগী তেনখরবা, নিনীগী পুন্সি অতিয়া মকোয়সিদা অসুম্না থাক-থাক লোনখৎপীরিবা অৱাবগী কৈরাক অসিবু! অতোপ্পা কনা অমদসু, মতম খরদং ওইরবসু, মকোক্তা থোঙ্গৎতুনা পুহনবা ময়াবনি। মীনা লৌ য়াররোইদবা, নাতৈ চাত্রবা শরুক খুদিংমক ঐগীতা ইশরুক ওইনা থুংবীরম্লবরা? অওইবমক ঐগী পুন্সিসিদি—"খন্দোক-খাক" হায়বহু তারেদকো!

ইতৈমাগা হায়নখিবা জুবান অহুমতদি ঙাক্লমগে খম্না ঙসাই সুংথীল বাজারদগী "পোকপদগী অমুক্তফাওবা মশক উদ্রিবা চহী অনীরোম শুখরবা ইচানিপাগী 'বেবী সুট' অমগা মমাগী ফুরিৎ ফি অমসুং ছাড়ি স্কাই ব্লু মচুগী (ঐনা খাইদগী পামজবসি মানা স্কাই ব্লু মচুগী ফিরোল ঙাক্তনা সুট তৌবসিনি) ফি অহুমসি লৈরক্লে।

ঙসাই নুংথীল ফি লৈনা-লৈনা ইবুকনিংদা খল্লকই–'হৌজিক চৎ-তুনহুম পীরুরসিরা ... ... ...? ইসঃ করম্না ঐনা মফম অদুদা লীৎশীল্লুবা ... ... ...! ইচামক লৈখরবস্থু, ছালিমাবু করম্না অমুক নৌহৌননা চঙহাৎ--হাৎকনি? ঐনা ৎেক চঙশীল্লুবদা—নাক-য়েৎকী, কৈরোই লৈকাইগী রারেম ঙাংবাশিংনা করি রাহৈনা. ঐ লাক্লম্বগী মরমদা লৈকাই রারী ওইনখিনি?' মতুমক থোক্কনি খঙহুনা ওইরম্বা য়াই মানা:

"... ... ...! নহাক লেঙদনা পোথারম্লো।
ঐবু অমুক থিরকপা তৌবীরনু। করিগুম্বা
থিরকপদা ঐগা ফংনদ্রবদি নহাক নুংঙাইরোই।
অদুগা অমুকস্থু—নহাকনা ঐবু থিরক্লি হায়বসি
খঙলবদি ঐস্থু নুংঙাইরোই!!"

অম্মুক চঙখোম্না কজবা. পাউমেল রাহৈ পবেং খরসিনা, ঐবু ঙসি ফাওবা অম্মুম্মুক থেমহুনা থল্লক্লিবনি। ছালিমাগী থম্মোয়না চপ-য়ুংনা পাল্লিবা অদুগী মশক খঙবদা ঐ ঙান্দা অদূক লুনা থোকপদি নত্তে!

মতমদি ঙাইনা ঙাইনা নুমিৎ লৈথখিবম্লে। নোংচুপ থংবা আস্মান্দা য়েংথোকলুবদদি--ঐগী থম্মোয় কায়াৎ পুম্বা শৌদোকখিহুনা, ঙম্নমক মহুনা, ঙাঙ্রানবা মচুগী শক্লোন ওন্থোকখিহুনা শন্দোরক-পগুম্না উরে। ইথন্তা অমুকশু খল্লকই: "ছালিমাবু ঐনা মীরাইনা থক থল্লুফম থোক্তে। অমরোমদা ইবাম্নীগী মনুং অমস্থুং মপান্থোংগী শাজৎশিংদা অম্মুক কুইবসি অপাম-অপাম্বহুগী তুংইনা - তোথায় তাগে তারমসনু. মহৌশাগী মরীহু অম্মুম্ম থদৎনক্রিবস্থু ওইরমসহু; মা-ঐগী ইন্দ্রিগী ঈখৌ লাংবগী অরাবহুনা অমুক হন্না নকশীন্নবগী দমক মীকুপ খুদিংমক অকনবা লিচীংগা লোইননা কন্না চিংশীন্নরি হায়বসিমদি য়েংননীংঙাই অমুক লৈত্রবা রাফম্নি!"

অহুবু, ঙসিদি পূম্নমক অহু মণ্ডলানগুম তাইওম্নহল্লে। পীক্লিবা মচীন-মনাউ ময়াম অহুগী ঙাকপী শেনবীনবা, মমা-শাবী অমগী চাংজো নাইদ্রবা. প্রেমগী পাক্লবা মহা-সাগর অমদা, ছালিমাগা ঐগগী মরক্তা ডাম ওইনা চাউথৎ-থৎতুনা লৈখ্রে। ইপূকনিংদা মণ্ডল-মণ্ডল তরেৎ তরাথোকনা খনবমখৈ খল্লে। অহিংসিমস্তু তূম্বা ইয়ামক য়াদ্রে। পূং ১১ থরা হেল্লম্বা য়ারে, ঐ য়ুমদগী নাশোন পীকনা হুরানবগুম থোরকখি। পোৎ-চৈ থূদিংমক অমতা চীথদনা পুরে। টোর্চ-লাইট অমস্তু পায়রে। অস্তুম লেপ্তুনা লাকপনা ডিস্পেন্সরীগী গেট হেক য়োবদা হশা অসি স্বাই লাউথিবা অমগা লোইননা ঐগী মীৎয়েং অসি কনানা ইন্সিন্বা য়াওদনা নোংচুপ ওন্দুনা ঙসিস্তু খঙয়েং য়েংলুরি মল্লবা ক্বাটর অহুগী অন্নাংথংবা কা মচাহু তন্না—! শেমজিন শাজিনবীদবদগী ফিভম চাদ্রবা ক্বাটর অহু ঙসিদি তূম্বক তাশিন্দুনা লেপ্লি। অচীকপা অহিংগা ওইবনে, অয়ুক হুংথীনদগী য়াম্না হেন্না চীকখ্রে। ঙসিদি য়াম্নমক চীকখে! ঐগী থম্মে য়দদি—অচীকপা অসিগী শরুক মচেৎ অনতফাওবা ইংন-চীকনা হেঞ্জননবা ঐগী শরুক খায়দোকপীরক্তরে। ক্বাটর অসিনা অস্তুকী মতিক চীক্লিমখৈ ঐগী থম্মোয়দা ঙমখৈ নাইদনা মৈশাগী শরুক অস্তুম হেনগৎলকপগুম থোকই। খন্দুম খল্ল "ক্বাটর অসি নোংমা লোন্না, মৈতুম গ্রোং হেক থাদোক্লসিরা? ঐগী থম্মোয়সি অমুক্তং ইংবরা য়েংননবা ........ ... ... ... !"

"ছালিমা, নঙদি নোংমা শোয়দনা চৎখিনিদো  
ক্বাটর অসিবু থাদোক্তুনা,  
ঐগী থম্মোয় পুম্নী অসিবুস্তু থাদোক্লমহনা  
তামহৌরবা নয়ুম লমদমদা অমুক হন্দুনা—!!  
মতম অহুদা ঐনা করি ওইহৌগদৌরিবা  
নঙদি খঙলিরোইদো। ঐস্তু হায়ফম খঙদে!"

ঐগী চীনবু মখুবাকনা খূমজিল্লগা নোক্লম্বা মা’থা’থে. খঙহোদনা হুম্লকপা অমুবা নোংহোনা কূপশিনখিবগুম ইমক-মকশীনখি।

“নঙবু থাদোক্লমত্থনা ঐ কদাইদা চত্তোরিনো?”
“নযুমদা চৎখিনি। অত্থদগী নখোয়গী দাদানা প্যাম্বা,
মতিক চাবা, মীথোই মীহেনবা মীশক্তুদা
অওং-অউন তমত্থনা ... ... ... !”
“অত্থম্না থীৎ তৌশিল্লক্কহুসে। অত্থবুরো, ঐগী কবরদি
অশ্বাইদা নখোয়গা পূল্লমদ্রবস্থনে. ইয়ুমত্থ থাদোক্ননা
লম্লানবা কনাগী মকাদদি খক চৎলোইনে!!”

অমুক কুইরবগী তুংসিদা মাগী ব্রাহৈত্থ ঙসিদি কয়াদা মরীক চুম্না চান্নররিবা। হুমিৎ অঙগী মতূংদদি ইবান্নিমক নোংমতম্থ মায়গা-মায়গা ওনশিন্নত্থনা হুংওল ব্রারী শানবা ফংখিদ্রে। মী খরা ইবান্নিগী মরমদা খঙনা উনদ্রে। মত্থনা চাউরবা ব্রাকায় অমা ওইহখিবনি হায়বসি খঙলবস্থ খঙনা নোংমতা য়েনা ইবান্নিগী থম্মোয়গী লৈমায়দা তজ্বায় তানা চীজ্বায়খরিবা লৈক্রক অত্থমতং তাইশিন্নবা মেনশিনবা য়াদনা পুন্সিসিমগী ওইনা থাগ্তোকনবা তাখে।

নেম্লপ নেম্লপ পরেং শানা চগুংননা হৌরিবা জুবাকুশুমগী শংবান্নরবা শম্বল অত্থগী ব্রাংম-ব্রাংমদা—তাম্ন তাম্না ইবান্নিনা, মী কনা উদবা তাঞ্জাদা, মীরক-নারক য়েংলগা য়েংনখিবা মীৎ মরীগী মীৎয়েংত্থ—! মহাকস্থ খরাই-থোঙ্গাল ব্রাংমা লাম্বোরপপদি ঙমদ—সোমদা ঐস্থ মহৌশাগুম্না মখোয় ক্বাটরদা চঙশীল্লনবা মরম লৈখিদবনা; আহ, লাপ্না-লাপ্না চাকনখিদকো ব্রাজরবা থম্মোয় অনীসে! কল্লক চাউবা সমাজগী চীরোল ব্রাহৈনা মা-ঐবু ‘হুংশিনবা’ হায়বা সংসার অত্থদগী খায়দোকননবা তেমশীংখিবনি! ইবান্নিগী মরমদা ইমঙদফাওবা মঙখিদ্রিবা, ওইথোকহৈদ্রবা ব্রাফম কয়াবু হেনগৎ থোইগৎনা তমশীন-

বীরম্বদগী মবুং ডাক্তরগী কল্লক চৈরাক মীচৈনা ইবান্নিগী মরক্তা ব্লাংলবা চেকপল অমা থোনগৎখরে।

ইশামক কূপ্না খনবমখৈ খল্লগা, মীনোক মৈশা অসিদগী ইশাগী ইজ্জৎপু কঞ্জহৌননবা অত্তগা ঐহাকথক্তা চোপ্পা অমত্তুং অব্বা শরুকনা মোনখাংনরবী মীগী মচা লাইবক চাউবী অমবু মবুংগী আশা কায়-হন্দনা, অফ-সুংঙাই কনাগী মফমদা মতম চানা থাজখিবা য়ানবগী-দমক নৎত্রা—ঐনা হুমিং কয়ানীরোম ইয়ুম থাদোক্তুনা ঐগী মামাগী যুমদা তাম্না লৈরুবত্তবু—! আহ, ইশানা অরাপ্পদা মঙোন্দগী ফনমক তাম্না লৈজরবস্তূ ঐগী ব্লাখলনদি মাবু য়াম্না নকশীন্না লোইনরম্মী; লাপথোকখরগে য়াদনা! অহিং কয়া মিশেল খাঙত্নুা, খোম্লেন তূমখুন তানঙমদনা ওন্ন-থোইনা ওমচাকননা খায়না মৈচাক লেন-খিবত্ত!! খোম্লেন মঙলান কয়া কয়াদা, ফিভম কায়না, মশম মনা ইফা-ফানা:

"নহাক্তি নিপা নৎলমদ্রে। কবিগীদমক্তনো নঙনা ঐবু ··· ?
ওহ, অত্তবুদি খঙহৌরনি নহাকস্তু,
ঐগা উন্নবা ফংলরোইদবা হন্দক্কী মপোকসিদা ·· ··· !"

নিংশীংলুবদা তু-মান খ্যাউ-খ্যাউ চূংখে্রনেসে। অস্তুম্না খোঙফম অনীরক অহুম্লক শুজিল্লক্লবদা কনাগী থম্মোয়না খাঙবা ঙমখিগদগে? নোংমদি ঐস্তু অফিং-অফাং ওইনা যুমদা লাক্লে। সুংতিগী অকা-অকুমদা উত্থনতা লৈরবা মখোয়গী ক্বাটরসি অশিবগুম তুম্বক তাশিন্দুনা অচীকপদা তুমিন্না লৈবগুম উই। কাইনথংদা খঙলকই—"মখোয় ময়ুমদা চৎখে্র।" লোইবী চীংলোন মাপন লান্দুনা মীরমগা তাইনবা ঙমখৈত্নুদা! ডাক্তরগী পোষ্টিং লোইরত্নুনা হনখে্র। ঐ খুদক অত্তুদা কোক অসি উরু-রু ঙাওখরবগুম. মীত্তা তগুন পাইখরে। কনানা খঙবগে—মা-ঐ পুন্সিগী ওইনা ইউ-উনখিদবা য়াবগী ফ্রিভমদা অস্তুম্না থাপ্তোকনখিগনি হায়বসিবু – —। মহৌশাগুম্না হুমিদাং অথেঙবদা

হরা চাবা চৎপদা ডিস্পেন্সরীগী গেট ফাওবা চৎপসি [ইথন্তা ওইরবস্থু ইমান্নবশিং য়াওরবস্থু] হুংতিগী হৈনবী ওইখরে। অত্থবু, ছালিমানা মাগী কাদা লাইরিক পাবদা থোঙনাউগী অহোবদগী কাপথোরকপা মৈঙালগী মশেক্তি উবা ফংখিদ্রে। মৈঙালগী মশেক অহুমক য়াওনা পুহুনা চৎখরমাল্লে। ঙসিস্থু গেট, অসি হেক য়ৌরকপগা মাগী কা ওইরম্বসিদা ঐগী মীৎয়েং থম্মী, অত্থবু কদাই মৈঙালদি উত্রে।

থা অমরোম হৌখরগা মিনাগী মফমদগী চিঠি অমা ঐঙোন্দা থুংলৈ। করিবু হায়রক্কনি—মীরোল নিংথীনা শুদ্রিবী হুপীমচাহুগী ব্বাহৈ ব্বাতা নত্তে হায়বসিদি অহুম্ম খঙখি। মখোয়না চৎলমদাইগী মতমদা ঐনা য়ুমদা লৈতবগী ব্বারৌবা ফোঙদোকপা চিঠিনি। মমৈ তারকপদা মনেতোন ছালিমা হৌজিক নারি হায়বা ব্বাহৈসিনা চিঠিহু লোইশিল্লি ঐগী থম্মোয়সি—ইমানা পোকপদগী অমুক ফাওবা য়ৌরুক্সিবা, মখোয়গী ময়ুম জিরিবামগী বাবু পাড়া হায়বহু য়ৌনীংবসিনা খে্রা-খে্রা খোংখি। খুদোং থীরুনি খন্না চিংনবনা খোঙ থাংদোকপা ঙমখিদবনি। মতুংদা থা অমরোম হেল্লগা অরোইবা ওইনা ভাবী ছামিম অমস্থুং মচান্থুপী মিনাগী মফমদগী চিঠি অমগা ফংখি। চিঠিহু অস্থুক্কী মতিক তমথীখি। ঐগী থম্মোয়সি শেগাক কায়না মশূং কয়া থোকনা চিঙ্খায়খি। থোইনা দরকার লৈত্রবদৌনা মখোয়গী ইমুংগা ঐগা হান্নগী মনুং হুঞ্জিনবা মরীহু পূমতৎতৎনবগী ফিভম ওইনা নিংশীং মমিতমক ঙাইহৌরে।

থা কয়াগী তুংদা ঙসিফাওবা কাউবা লৈতনা খল্লিবা, অমুক নিংশীংলক্লিবসি - স্থপ্নগী অরোইবগী চিঠি অহুনা ব্বাখৈনখিবনা নৎত্রা? আহ! কাউগে হায়না হোৎনবা তৌইগুম্বস্থুং কাউবদি পাক-হেক ঙম্নরোইদোবা অদূগুম্বা মহু কল্লবা চৈনাখোল অদূঙম্নবা থনুং

ফুক্রবা নিংশীংবগী থাঙকম মমি অদূনা— ঙসিদি অরীবা অপাং-পদা মোরোক চাইশীনবগুম প্রোক-প্রোক চাকথেক্লরে থম্মোয়সে।

কয়া কুইনা পল্লুরবনো খঙদে, ঙসিস্থু মীৎলুদগী অশাবা পীরাং খরদি শীন্থরম্বা থঙহৌত্রে। ডিস্পেন্সরীগী গেট তুংওইনরমথুনা ঐগী চৎকদবা মাঙগী লম্বীদা মায় ওন্দুনা খোঙ থাংবা হৌরে। ইপুক-নিংদা লাংতক লাংফেন্নবা অমগা লোইননা মিহুল থাহুলসি অম্মুম্মক তুং-তুং লাউবঙম্বা অমা ফাওরে। মখোয়গী থোঙ্গাল্লোমদা নক-শিল্লিমথৈ —ঐগী মিহুলগী খোঙথাংস্থু হেন্ন-হেন্না কনখৎলক্লি। চহী অহুম্লোমগী তুংদা ঙসিদি অমুক হন্না মখোয়গী লৈরক মচীল অসিদা ঐহাক চংলকলে। মফম অসিদা খোঙদারখিদবা, মায় ওল্লকখিদবা কয়াদি কুইরবনো? লম্পাক্কা তাইনবা লমজীনসি মহৌশাদি অহিংদা হূই য়াম্না লৈগনখরবনিদা: ঙসিগী নিংজিং মাঙজিংনরবা অহিংসিদা অতুথৈ হৌখিবা থৌদোক অমগী অসি-গুম্নবা পূংফমসিমক্তদা লৈরম্বা হূই খুন্দিনগী হূইয়ামথু খঙনিং নিংশীংলকই। অদুবু, ঙসিদি হূই অমতফাওবা লৈবা থেংনদ্রে। মখোয়গী ইমুংগী হূই অনীথুবু লৈরমগদ্রা খঙদ্রি। মখোয়গী হূইনা ঐঙোন্দবু হে জিক চৌকখিগদ্রা? হোই, চৌকমক চৌক্তরবস্থু খোঙবদি য়া। চাক্লবদি অহল-লম্মনগী ব্রংযেন কায়রোইদৌরিব্রা?

চহী অহুম্লোমগী মমাঙদা লৈহৌবা য়ুম্লে-কৈরৈ অতুতা ঐগী ভাবতা উথুনা লাকখিবনি। থোঙ্গালসি য়োবদগীতা পুঙ্ক্লোং-হোং-বমক নৎত্রগস্থু খরমথৈদি হোংলম্লে হায়বসি উবা ফংলে! হৈপাল লৈপালদি হান্নদগী থোইনা তাদে। অরাংথংবদা শারিবা নোংপোক নোংচুপ ওনবা য়ুম মচাসিগী মমাঙদা, খা-অরাং ফৈথুনা পীক্তকপা শঙমচা অহনবা অমা হান্নগী য়ুমথুগা ফাওননা শারম্লে। মনীং-থংবদা লৈহৌবা হান্নগী অমনবা শঙকৈ অথুদি লৈরমদ্রে। ফনা কুইনা থোঙ্গালদা লেপ্পুনা লৈরে। খোঙ থাংজিনবা ঙমদনা

লেপ্লস্বনি। নুংশুক নুংজানবা ৱাখল অমনা ইশাসি খুৎম চনখরে। ইশাপূম্বা হুমাংনা চূপ লুপলুরে।

শূমাঙ ময়ায় তান্না নাশোল পীকনা চঙশীল্লগা লেপ্লে। থোঙ পূন্নমক লোন্সিল্লি! অদুবু, থাউমৈদি মুথৎনদ্রি হায়বসি খঙলে। মমাঙথংবা শঙফৈ মচা অহনবদুগী নোংচুপলোম থংবা ফক্লাংদা [ শূমাঙলোমদা ] ফাৎলিবা থোঙনাউ অদূদগী মশেক নাইনা কাপ-থোরকপা অঙানবা মৈরী অদুনা ছাইজিন ময়াদা হৌরিবা নাস্পতি পাম্বীদুগী জুম-জুম লাউনা পাল্লিবা অশংবা মনাশিং অদুদা ফিজং ওইনা মঙাল তারম্মী। য়াম্না কিথী-কিরুম্নমনা দারীদু কাখৎলগা থোঙনাউগী অহোবদগী ইমুং তম্না লোন্না য়েংশিনবা হৌরে। কা মনূংদুদা কোয়না লৈ-লৈদুনা য়েংলকপদা নিংথীনা তরু-তনান্না থারিবা ফমুং; অচম্বা মিংশেলচনবা উপু, লৈতাল হাইবা নাল্লবা ফক্লাং, নিংথীজনা পরেং শানা মফম চানা থল্লিবা লিক্লীগী গ্লাস-শিংদু য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে। অদুডৈ য়ুমদা লৈরিডৈদসু—পোৎ-চৈ খুদিংমক মফম চানা শীন্দোক্লুনা থম্বা উবদা লৈকাইগী লৈশাবী অমদি মৌনহাশিংনা মাগী মতৌবু তমজখিবনি। ফমুংদসু হিপ্তে। অনীশুবসু নত্তে। লৈমায় ওইরপ্না য়েংথখিবদা খঙউ-হেক উরে — জন্নটকী হুর নুপী অমনা ঙসি ইমুংসিদা খোঙদারকতুনা, মশা-পূম্বা চেকশীন্না, কুপশীল্লগা সুপ্নগী ফিজোলনূংদগী লীথোরকপদা ঙাইরিবী মায়থোঙ থম্বাল অমসুং খুজেং অনীদূনা খুকউ মথক্তা নিংথীনা থম, অদুগা মতম্পাক্তা মীৎয়েং থমদুনা তহযুদকী নমাজ শোল্লিবী কনাগুম্বী অমা …… !

OH. MANKIND DO NOT FORGET KALIMA
LOOK ! YOUR BODY IT SELF IS FORMED AS KALIMA

ফজবা খিবিকনা তিল্লবী হুর্ নুপীগুম্নবী অদুবু মীৎফম হোংদনা, মীৎ কুপ্তমথৈ য়েংঙনা লৈরে। ইলেকট্রিক থাউমৈগী মৈঙালনা নাক-চেৎননা য়ৈবদা নিংথীনা ঊরে—মাগী মায়থোঙ থম্বালতু হাম্নদগী করিমতা তাথদবগুম্না অস্মুম্মক ফজরম্লি। অতুবু, মশাদি হাম্নদগী হেন্না পাথনা অমদি চহী খরা বায়শীল্লপ উরে। ঐগী থম্মোয়সি ঙসিদি মাবু য়েংবগী পেনবা নাইখিদ্রে। য়েংনা-য়েংনা ঐগী থম্মোয়দা অপাম, কল্লক মীহোবগী ইথীল অমা ফুং লাউনা হকচাংগী কায়াৎ শীন-থুংনা কারক্লে। তৌইগুম্বস্নুং কয়া কুইনবু অসিগুম্বা ঈথীল অসিনা ইপূকনিংবু লাকশিনবা ঙমদনা লৈগদগে? পরৱরদিগার মপু মহাক্কী ইবাদত্ তৌজবতনা অথোইবা মচীঙ্গাক ওইজরিবা ফরিস্তা অমস্নুং হুরগুম্লবী তাইবঙ নুজা মঙোন্দা খল্লুরিবা বাখল অসিমক্তি ইশাগী নিকাহ মনুংদা লৈরিবী তালোইমক ওইরবস্নু তশেংনা অরালবা শাজৎনি হায়না হেক খল্লুবদগী ইশা-ইথন্তা লাঞ্জরে হায়দুনা মীত্তগী পী শীন্থরকখি। ইপূকনিংদা মওল-মওল মশাং নাইদনা হঙ্গৎ-হন্দা খল্লি:

"মহাক্তি লায়রঙনা নিপা ঐহাকপু ইপুন্সিসিদা
কয়ারক তহযুদ্কী নমাজ শোন্দুনা
অরাল-খুভম ফংননবগীদমক পরৱরদিগার মপু মহাক্কী
খুয়া-খাদা চঙজখরবগে? ঐগী কৈরোই-লৈকাইগী
করম্বা নুপীশিংনা অমদি অফাওবা আলিম-উল্মাশিংগী
তালোইনফাওবা অস্মুম্না তাংলো অথেঙবদা মপূগীদমক
খন্দুনা মথাগী মচাবু হুন্দোকতুনা করম্বা নীকুপ্তা
ইবুংঙো মাগীদমকনি খন্দুনা মতম কাইথোকপা য়াওরিগদগে??
মাগুম্বী অমবু লৈখা তারবা, মমল হন্থরবা ঐগী পুন্সিদা
তালোই ওইনা ফংজরুবা—ঐহৈোন্দগী হেন্না
লাইবক ফবা কনাবু মালেম-পৃথি-থর্কসিদা লৈরমগনি!!"

আলিম-উল্মাশিংনা তাকপীরি—"কনাগুম্বা নিপা অমনা লমচৎ-শাজৎ ফজবী, ইমান্ লৈবী, পাক-দামনি [ গুনাহগী লম্বীদগী হিংলবী ] ওইবা অমদি লৌশিং শিংবী মুপী অমগা য়ুম্বানমিন্নরবদি নিপা অতু দিন্-দুনিয়া অনীমক্তা মায় পাকনা হিংলবনি!"

অশেংবমকস্তুনি, [ পাঙনশিংগী ] হায়নবা রাফম অমা লৈ: "কনাগুম্বা বে-নমাজি অহল অমথক, মমৌ অনৌবী নমাজি ওইবী অমা ইমুং অদুদা নৌনা য়ুম্বাল্লকপদগী মৌ অনৌবীদুনা অয়ুক অঙনবদা মকুবেক্কী ফম্ফম ফমেলদা নমাজগী ফক থাবীরম, ফম্মাঙ-দনা রজুগী ঈশিং হেক থম্বীরম্বদগী-ইকাইখাঙদগী মকুবোক্তুসু মুংতিগা নমাজ শোনবা হৌখিবদগী মমৈথংদা নমাজি অমা ওইখি!"

ঙসিসু মযেক শেংনা নিংশীংলি, নোংমা ঐনা মঙোন্দা চেক-শীন্না হাযখিবদু—"মুপী হাযবসিদি মরা-মপুরোইবগী কোক্কী লুহুপনি! অদুনা ছালিমা নঙ, অফবা, ফিদমফম ওইবী মুপী অমা ওইনবা হেৎনকো ··· ··· ···!"

"ঐগী পুন্সিদা ফত্তবা থবক ঙাক তৌরমহনা, হয়েং হসরগী মুমিত্তা মিজান্গী খল্ ওলফমদা নেকীগী শরুকনা বডিগী শরুক্তগী রাৎকদবা লৈরম্লবসু মাগুম্বী অমগী মপান্দগী ঐগী লান্নফম মতেং খরদি ওইরবা য়াই" রাখল অসিমক্তনা ইমোনসিদা ঙমথৈ নাইদনা চাউ-থোকচরি।

"আহ, ঐঙোন্দগী হেম্না লাইবক ফবা কনাবু লৈরমগনি···!"

## ॥ ১৩

I always think of you and I have a thousand
things to say to you.
The most important is that I love to distraction,
my dear wife.
—HENNRICH HEINE.

ফা কুইনা লেপতুনা লৈরে। ঙসাই মখৈ ইকাউবু-কাউরুরে—ঐগী ইচাহু উখ্রি, লৈবস্থু উদে, কদাইদা লৈখিবনো? থোঙনাউগী অহোবদগী হুরালবদোনা ইমুংগী কাশিংদা মচেৎ অমতা লেমদনা লয়হুনা থুংনা য়েংলম্মী। অহুবু, ইথম্মোয়-সিনা খোরাংনা উনীংলিবা, লাংতকনরিবা ইচাগী শক্তমদি উবা ইফং ফংদ্রি। য়াম্নমক উনীংবগী ইথীলসিনা ইশাসে লৈতাফম খঙলক্তরে।

ঙসাইদগী মাগী মতৌ য়েংলি। নমাজ শোনবা লোইখিহুনা অমুক কুরআন্ শরীফ্ অহু লৌথরগা তিলাৱত্ তৌবা হৌখরে। ইপূকনিংসিদা ঙসাই মাবু থাগৎলম্বগী থাক অদূদগী হৌজিকনা অমুক্কা শরুক চামা হেন্না মাবু থাগৎচরে। থাগৎলিমখৈ ইমোন-সিদা পেনবা কৌবা নাইরক্তরে। ঐনা থাগৎপতনা ৱাংলদবোই মনীংডি। য়ুমদা স্থুপ্নগী থা ৭/৮ রোমদনি মহাকনা লৈরম্বসি। মতম অহুদা মথৱায় য়াওনা কুরআন্সি তমখিবনি। ঙসিদি তাম্লবা

মফম অসিদা মহাকনা, ইসলাম ধর্ম্মগী শেংখরবা অাস্মানী ল'ইরিক অসিবু তিলাৱত্ তৌবসি উবদ: ঐগী থম্মোয়দদি মহাকসি পুন্যাগী তূংনফম ওইরবী পঞ্চ [ পরি ] মুপী অমগী থাক্তগীমু হেনগৎ থোইগংনা থমনিংঙি। ঐহাক্কীদি চাউথোকচফম্নি।

ফনা কুইনা কুরআন্ শরীফ্ তিলাৱত্ তৌরবগী তূংদা মখূৎ অনীমকনা খূবাং-চাংজো তিংথোকতুনা, অৱাৎ-অপা লৈত্রবা, ওইয়ু হায়বদা—ওইবা ঙমখরবা মপূ মহাক্কী দরবারদা মমীত্তগী থিংঙম-ত্রবা পীগী ঈরা শীন্থ-শীন্থনা নিজবা হৌরক্লে। ইস: করিনো অমা তৌখরেনে—ঙসি ঐগী থম্মোয়সে! পাইমা-পীবুক অসিমু মওং অমা পূমওল-ওনখরেনে, ঈথক-ঈরাং ঈহৌরে!! মখোল হিকনা-হিকনাঃ

"হে পরৱর্দিগার! মপূ নহাক্তনি ননাই তোল্লবীনা কিজরিবা!
ননাইবু জহন্নম্গী লম্বীদগী থাপতোকহনবীয়ুনে।
ঙসি সমাজনা হন্থনা য়েংবীরবী ননাই ঐ অমসুং ইহাক্থক্তা
ৱাখলনা নম্বো পোত্তৌরবা অমতা ঙাইরবা ইপূরোইববু
পুন্সিগী খোঙথাং খুদিংদা অচুম্বা লম্বীদা
চৎপা ঙম্নবা পাঙ্গল শক্তি পীনবীয়ু।
ইপূরোইবগী সেবা থাদোক্লবী তোল্লবী ঐবু গুনাহদগী কাইবীয়ু!
ইপুন্সিগী অরোইবা মীকুপ্তা, মাগী পুন্যা চেল্লবা তম্পাক্তা,
ইকোক'সি থম্নগা ননাইগী পুন্সি লাম্বা ফংহনবীয়ু!"

ঙসাই মখৈ পূকনিং চঙনা সুম তারম্বনি। ঐসু অকোনবগী মতাংসি হেক য়ৌরকপদগী কদোমদগীনো খঙহৌদনা—মীৎলু নাপোম অনী-মক্তা থীংঙমদনা পীরাং-পীরোইনরকখি। মাগী তুৱাহ অতু লোই-ৱম-লোইফাৎত্রিঙৈনা, অৱাং থংবা য়ুম অদূদগী অঙাং কপ্লকপগী খোঞ্জেলনা ঐঙোন্দা থূক্কংপা মীপাইবা অমা পোকহন্দুনা খূৎলৈ থুনা মখারোমথংবা য়েন্নখারোমদা থোরক্লে। থোঙ হাংখিবগী 'গে-এ-এ'

লাউথিবা মখোল অমা তাখি। মতম কুইরবগী ভূংদা ঙসি অমুক হন্না ছালিমাগী খোঞ্জেলহ্ নাকোংসিদা তাবা ফংলে:

"ইমাগা নিংথেম! ইচাদি মরম ওকপনি ইমান্ন লোইরে।

লাক-ও লাক-ও নন্দোল-মচা তূম্নিংলম্ননি।"

অঙাংহ্ মমানা লৌখিবগুম্না তাই। ঐদি য়াম্না চিংনবা অমা ফাওবদগী ঐনা লেপ্লম্বা থোঙনাউ অহ্গী ম-পাদা অমুক হঞ্জিন্দুনা লেপলুবা ঙমত্রে। তম্বা ঙমদে, করিগুম্বা ইনাউ মুপীদ্দনা ছৎ হেক য়েং-থোরকপদা ঐবু উথোকখরো... ... ... ...॥ ইসঃ মচেগী মফমদা মখোয়না বিশ্বাস লৈখিগদ্রা ...?

ইমুংদা চঙশীল্লুবা য়াবগী তাঞ্জাহ্ থোক্তবনা কয়ারক হন্না মমৈ-মকোক ওন্না খল্লে। মহাকনা-মহাক্কী পুন্সিগী অঙনবা শরুক্তা, মথোং কারকপা যৌবলগী তাঙ্কক্কী অমকপা অয়াম্বদি মাগী হোৎনজমলনা চামথোকতুনা কাউহনখরে। ঙসিদি নাক-য়েক্তা মচিন-মপরাশিংনা—মমা, মপা শকনা, মঙোন্দা নাউথী শাহন্দুনা, মমা, মপা লৈতবগী অরাবা রাখল কাউনরি। মাগীতনি মমা, মপা লৈখিদবা; মনাউশিংগীদি মহাকনা মমা, মপাগী মহুৎ শিন্দুনা লৈত্রে হায়বগী অরাংপা মশক খঙহন্দে। অসিগুম্লবা মীনুংশিনা চোল্লবা. অঙকপা পুন্সি ঈপাক্তা মাবু থাজবগী তারিবা মমিগী শকলোন অসিদা লৈতূম মচা অমদং থাদহ্না ঈপোম হৌহল্লগা মাগী অশেংবা শক্তম মাঙহন্দুনা, ঐনা হিংথৎ-থৎতুনা পুথোরক্লগা, ইরন্নাইগী অরাং-অপা খরদং মেনশীন্নবগীদমক—পঞ্চিরমদাই, পোলোইগী খোঙফম-সিমক্তদা করন্না মুৎঙমত্রবা ময়েকনা ইহ্না থম্লন্নসিগে?

অসোমদা ইমুংদম্ন মচীন-মনাউ রারী শানরকই:

"ইচেহল হৌজিক ঐগী মঙদনে

ওন্থোকপা থৌদোক অমা থোকলুইদো !"

ইবেমনুংশিনি মচেদা রা হায়রিবসি। মচেনা তপ্পা হংখি:

"করি করি উরুবগে ?"

"ইতৈত্র লাক্লম্মী। অমাংগী ফি-রোলনচিংবা পুন্থনা !"

ঐহাক স্বাই লাউখি। ছালিমানা শোল্লপ্পা খুমখি :

"হেরা ওন্থোকপা মঙ হায়বগুনি।

তাইবঙদদি কদাইদগীবু লাক্কবনোদা ! করম্মা উরুবগে ?"

মহাকনা য়াম্না খঙনীংবগী মতৌদা হংলকপন্থদা ঐস্মু অনৌবা থৌনা অমগা লোইননা হান্না লেপ্পল্বা থোঙনাউ ম-পাহুদা অমুক হঞ্জিন্দুনা লেপ্পরে। ছালিমাহু ইবেমন্থংশিগী মঙ অহু য়াম্না মরীক চুম্না তানীংবগুম হংলম্মী। মচিন-মনাউ অনীমক মাগী ফমুংদা ফম্লি। মানা ফমুং মথক্তা খোঙ্গ্রাই চন্দুনা অঙাং অদু ফৈবন্নরি। ইবেমন্থংশিনা মচেদা য়েংলগা :

"ইতৈনা পুরকপা ফিরোলশিংহ্র

ইবুংঙোদা শেৎচীন ইন্সিনবীরগা মবুকনিং হুংশিনা পম্লম্মী।

নমা নচাবু য়ুমদা চৎলসি হায়তুনা থেম্লম্মী।"

ইশাশি লৈতাবা য়াশিল্লক্তরে। ঐঙোন্দা পুমঙক-ঙকপা অমা ফাও-খরে। নত্রগা ইবেমন্থংশিনা ঐবু উরতুনা চলাক ওঁনা মঙদা উই হায়শিন্নরিব্রা মত্থস্মু হেক য়াবদি নত্তে। করিগুম্বদা—অসিগুম্বা মঙ অমস্থং তাইবঙ অনীগী নকনবা থোদোক অসি ইথোক থোক্তবস্থ নত্তে ... ... ... ... !

"অদুদগী ইচেনা ঐ চৎপা ঙমখিরোই হায়রে।

নঙবু থেম্বা হোনবা থেম্লম্লগা, মথন্নায় য়াম্না হুংঙাইতনা,

অঙাংসি পুরগে হায়তুনা খোঙকাপ খরা থাংবা হোখরে।

ঐখোয় ময়াম্মক ন্না অমতা হায়বা ঙম্মদনা কপ্পরে।

ঐখোয়না কপ্পন্থদা স্মুল্টাননা ঙক্লতুনা চৎলোইদৌ তৌরে।

অদুবু, মপানা নমতুনা পুখরে। ইচেনা ইতৈগী মাঙদা থক্তুনা মথাংদা নথুং অনীনা চেংনা কোল্লগা—

'অঙাংসি মতম খরদংদি থম্মীরমথোনে।
পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই শিন্থা চৈরক্তা, অঙাংসিবু য়েংজরগা
নঙগী শক্তম্মু ৱাখন্না শাগৎচরগা ইরন্নাই থম্মোয়নুংদা
লাৎচরিবী ঐহাকনিনে' হায়না ইচেনা কপ্লবদা
ইথৈনা নোম্থরগা নঙবু য়েংলম্মী। ইতৈগী পীনা
নঙগী লাইবক্তা তারক্লম্মী স্নুন্টান হৌরকপদগী মঙফাওনরে।"
ঐগী ইশা অসি স্বাই লাউনা পাখৎখিবগা লোয়ননা হুমাংনা অমুক্তং চূপ লুপখে ! "ইসঃ হায়নরিবসিবু করিনো, মঙলা-তাইবঙলা" হায়না হেক খল্লুবদগী ইচা নুংশিবগী ৱাখলত্থু খঙমাঙ মাঙখরে। ইচাত্থু ইতম্পাত্তা অমুক্তফাওবা পম্বা ফংগনি থাজরক্তবে। হৌজিক তাঞ্জা অসিনক্তদা ঐনা ছালিমাগী মনাক্তা (নথন্তা লৈবা মতম ওইরবম্থু) করম্না চঙলুগনি ? ইবেমনুংশিগী মঙগী ৱারীত্থু খঙনিং নিংশীংলুবদা মপূকনিংদা করি ৱাফম্থু খল্লকপা হৌনবগে — ? ঙসাইমখৈ ইচাত্থু অমুক্তম্থু মুম্না য়েংদ্রি। মমায় অদূদি মমাগী মথাদা নপশীন্দুনা খোম্লাং মায়োকনরি। ঐগী খান্দানগী খোঙ্গুল ওইহৌগদৌরিবা ইচাত্থুনি হেক খঙ্থরুবদা মচিন মনাউনা শানরিবা ৱারীকাত্থ থোইনা থৌশারুদ্রে। অদূবু, ছালিমানা পীরাং চেল্লহনা :
"অদূবুদি—হৌজিক্তি চাউরক্লবনিনা
নোংমদি শোয়দনা লোবা লাক্লগনি নীংঙি।
খঙদ্রে, ঐবু নখোয় ময়ামসিগী লোইদ্রিঙৈদা ..... !"
ৱাহৈ খবসি হিকনা-হিকনা হায়খিবদি নাশোল ওইনা তাহৌই। হায়বা লোইরম লোইফাৎত্রিঙৈনা কপথোকখরে। ঐগী থম্মোয়সে পুবা যারক্তরে। করিগীদমক্তা অসিগুম্বা পুংফম ক্ষেনফমদা লাক্লুনা অৱা-মৈশা মখল কয়াসি ঐঙোন্দম্থু অমুক হঞ্জিন্দুনা শরুক থুংহল্লিবা ? ইবেমনুংশিম্থু মচেগী মওং মতৌহ্নদা হিক হিক কপ্পি। ফনা কুইনা ৱাহৈ অমফাওবা ঙাংনদে। ইপূকনিংসি অৱাবা ৱাখল কয়ানা

কাফোই অমুনবগুম মশূং-মশূং তানা চিঞ্চায়রে। মাগী মপূকনিংদা ঐগী রাখলসি ইখলমক থন্দ্রব্রা হায়বস্থু নংলমত্রি। মশামকনা খঙজে— ঐগী নাক্তগী লাপ্পা লৈরিবসি মঙোন্দদি অচোবা গুনাহ অমনি হায়বসি। অদূমকপু মহাকনা হোংনজরিবা অসিস্থু হেক খঙলু উরুরবা অসিদদি মঙোন্দা করিগুম্বা মখলগী গুনাহ অমতনা নকশীল্লুবা ঙল্লোই। পূন্নমক অসিবু মশানা য়ানা য়ানা, মচিন মনাউ ময়ামসিগী তেংবাংনবগীদমক খন্দুনা থৌরবা কবো তিঞ্চংনা মশাগী মপোঙদা মশীং নাইদনা চেংনা য়েংশীনহঞ্জখরবনি। মনাউ ময়াম অসিগী খন্দুনা— ঐ, ইশামকসি মপুরোইবা ওইর-ফাওবদা, হৌজিক্তি মহাকপু ঐনা ইকাইথুন্নবা উত্তবা য়াত্রবনি!

আহ ইবেম্মা, ঐগী শোক্ল-থম্মোয় কায়াৎ-কাথূপনূংসিদা মুশি-মুশি তারিবা নিংশীংবগী লেমহৌরিবা দাগফম থরসি নঙোন্দা খঙহন-উহনগে খন্না চেকশীন্না য়োমহুনা পুজরকপনি। অদূননি, ঙসি ইপুন্সিগী থেঙলবা তাঞ্জাসিমক্তদা তহা-তহানা অরোইবা ওইনা নহাক্কা অমুক্তং শকথেংননীংলিবসি! অস্থুক য়াম্না হেক শকথেংননীংলিবা, উননীং-লিবা নহাক নশামকনদি—নোংমতস্থু ইনাক তম্না হরাউ মথোই য়াকা-তন্নীংবগী ইন্দ্রিগী ঈখৌলাংবা ঈনোৎকা ঈরোইননা খক ঈতিল্লররোই!

অমাঙ-অতা য়াওত্রিবা ইচাগী মুংশিরবা শকফম্থু ইমীৎ পেন্না অমুক্তং য়েংজ্রন্নগা ইথাদা পম্লিংবনি। ঐগী পুন্সিগী কয়াদা মুংঙাই-রবা, চিরবা মীকুপ অমা ওইরমগদবা? ঙরাংগী হৌখিবা পুন্সিগী অন্নাবা, চৈনা চৈথেং চৈনল্লম্বা কয়াহ্ন করি'মতা থোকখিদবগুম, ঈশিংদা থাঙনা য়ানূবগা মান্ননা কাউরমগদবনি॥

ইবেমমুংশি থোকখিরম্লে! মমা মচাতা ঙাইহৌরে। ঐগী থম্মোয়গী মৈচাক্তি হেন্ন-হেন্না ওমচাকনখৎলকই। মহাকস্থু সুনতরংদা য়েংবগুম মরু লুকথত্না য়াম্না লুবা রাখল অমা খনবগুম উই। খঙদে করিবু

খল্লমগদবনো ? নূংশুক-নূংজান্নবা মাগী মওং অদূ উরুবদগী ঐহাকস্থ ৱাখল থোনা অপূম্বা অস্থুম অস্থুম শোন্থরক্লে।

ঙসাইদগী লেপ্লকপনি, কপ্লাক অসি চোকশীল্লক্লে। চঙশীল্লগা ঙাইহাক্তং অৱা পোথাবমগদবতু হৌজিক্তি মদূগী তাঞ্জা ইথোক থোক্তরে। ইথা থাজদনা মমাঙদা ঐনা হেক লেপ্লুবদা মহাক করি ওইখিবা য়াই—? ইচা অদূতবু পন্নিংবগী ঈখৌলাংবনা ঙাও-রবা ইথম্মোয়সি ইদোম ফাথজবা নত্তনা উপায় অতৈ লৈত্রবগুন্লে। তৌইগুম্বস্থুং মহাকপু ঙসিদগী ইপূকনিংসিদা অমকপা মচেৎ খজিক্ত-ফাওবা পক্তরে। ঙসি মনাক্তা লোন্না লাক্লম্বসিদা মফমসিদগী মমল নাইত্রবা কবিগুম্বা লন অমদি খূন্দুনা পুরক্লে। অদূম ওই-নমক, থেঙলবা অহিং তাংলৌসিদা মহাক্কী মনাক্তস্থ ঐগী ওইবা লেঙদ্রবা পোৎশক কযাতং চাইথোক্কুনা থম্লম্লবগে হায়বসি মাদি করিস্থ খঙহৌদ্রেদো .. ... ... !!

নোং ঙানগদবা পংকুই কুইরম্লরোই। কৈরোই লৈকাইগী য়াহৌ ঙনবা কনাগুম্বশিংনা অসিগুম্বা থোদোকসি করিগুম্বা থেংনখিবা থোক্লবদি ফত্তবা বদনাম ফংবা নত্তনা মা-ঐগী লমচত্তা লৌখৎনিং-ঙাই শরুক লৈররোই। ফরে, চৎলগে !! অদূম ওইনমক মমা মচাগীদমক তমতুনা পুঁরকপা পোৎশক খরসিদি থম্বীরম্লগে, লোই-ননা ৱাহৈ খরদংগা অরোইবা ওইনা মাগী মফমদা লোম্না খঙহল-লম্লবদি ইমোননূংসিদা নুংঙাইবমক নৎত্রগস্থ হায়দোকপদা ইনূং-নুংঙাইতবা মতৌতুদি খরা ৱাইশংবা য়াই। ঙসি থেঙলবা অহিং তাংলৌ অসিদা ফূরিৎখাউদগী অহাঙবা চে অমা লৌথোক্লগা থূকউদা থম্লগা অদূঙৈগী ইবান্নীনা খঙনবা খুৎই অদূমক্তদা ইরে :

"ছালিমা—!

ঐহাক মতম অস্থুক কুইখরবগী তূংদা ঙসি অহিং ননাক্তা লাক্লম্মী। নমা, নচা অনীনদি ঐহাকপু উহৌদ্রে। য়েম্লখা পাউ-তাবা

মীশক অমদোনা, লোম্না হুরানবগুম নচিন ননাউগী মঙগী বান্নীহু তারুবদগী থোঙজিন নাতৈ কাঙবা ঙম্নমদনা হল্লক্লে॥ ইচাহু, সুংশি-জরবা ইচাহু অমুক্তদি ইথাদা চেৎনা কোন্দুনা পমজগে থম্না লাকপনি, লাইবকসিদা তম্নমক্তে। নহাকনা পম্বহুদা ঐগী শরুকম্নু য়াওনা পম্লিবনি হায়না থল্লোকো!

নঙোন্দা থম্নম্বা চিংন-পরৈশিং—ঙসিগী থেঙলবা অহিংসিদগী কিশি অপূম্বা থাদোক্লমহুনা হৌজিক ইয়াং-য়াংনা হল্লবনি! নহাক্লম্বী অমবু ঐগী তালোই ওইনা ফংজবা অসিদি ঙসিগী মীনোক চাউবা সমাজদা ইকাইবনা ফিরুক খুমহুনা ইবান্নিগী মায়থোঙদা অমুবা কালিনা শীন-থুংনা তৈশীনখরবম্নু হয়েং হসরগী হুমিত্তদি শোয়দনমক নঙগী পুন্যাগী মপান্না নঙ ঐগী মায়থোঙদা অরং'মঙালনা লৈতেংলগনি! বারুগম্নু ইবেম্মা, নচাবু সমাজদা অচৌবা থৌদাং অমা য়ারকপা ঙম্নবা লমজিং কৈরাক থানবা নঙনা কন্না হোৎনরকউ। ঙসাই যুমদগী থোরকপদা খল্লকপা বাখল পুম্নমক অদূ মফম অসি য়োরকপদা লোইনা মফম খঙদনা মাঙহোরে। পুন্সি অসিমক অর্থ লৈত্রবদোনা থল্লম্বনি! অদূবু, নোংদম্বগী খুজিন্নি । নমা নচাগীদমকনি খন্দুনা তাম্নবম্নু তাম্না ঐহাক হিংলুদবা য়াদে হায়বা থৌনা অসিনা পুন্সি চেংজেল ওইনহুনা হল্লে। তৌইগুম্বম্নুং ঐহাক করম্না হিংলুগদৌরিবনো হায়বদি নোংদম্বা মাতনা খঙভি ……… !

নহাক্কী

নপূরোইবা"

চিঠি অসিগা ফিরোলশিংহুগা, অঙাংগী চোক্লোট অদুগা থোঙনাউ মনাক্তা লৈরিবা ছাইড, টেবল অদুগী মথক্তা নাশোল পীকনা লোম্না থম্নম্নগা, মমা, মচাবু মতম কুইনগীদমক অমুক্তং নিংঙমদবা মীৎয়েংগা লোইননা য়েংলম্নগা তূং-হন্দুনা মফম অদূদগী থোরক্লে।

লমজাউ য়োরবদা অম্নাং নোংপোকথংবা আস্মানলোমদা য়েংখৎ-লুবদদি নোংঙাল্লমদাই শজিকনা তগুপ-তরেংনা চীকনা নাইতোম ঙাল্লম্বহু ঐগী মীৎসিনা খঙউ উরুরে ……… ……!!

* "ফরে, ঐম্নু ঙসি অসিমদি চীকনা পোথারুরগে!"*